


# হীয়াং-হিরেন,

## কংলা-শা, অমসুং কংলা

(অসিনচিংবা মনিপুরগী সংস্কৃতিগা মরি লৈনবা হিবমশিংগী খোমজিনবা ৱাবেং)



সমরেন্দ্র চোংথাম



# হীয়াং-হিরেন,
# কংলা-শা, অমসুং কংলা

(অসিনচিংবা মনিপুরগী সংস্কৃতিগা মরি লৈনবা হিরমশিংগী খোমজিনবা ব্রারেং)



— সমরেন্দ্র চোংথাম —

অহানবা খুৎনম : ২০০৭

© কপীরাইট : অইবা

অফোঙবা : রজিব গান্ধী সেন্তর ফোর কলচর
মনিপুর।



কোপী মশিং : ৬০০

লাইরিক ফংফম : ১) রাজেস বুক ষ্টোর, গর্ভনর রোড, ইম্ফাল।

২) অইবগী য়ুম, কৈশামথোং তোপ লৈরক, ইম্ফাল।





মমল : লুপা ৯৫/-

# ৱাহৌদোক

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারেংগী অয়াম্বা শরূক্তি ঐনা সেমিনার, লেকচর অমসুং খবর কাগজশিংদা হান্না ইখিবশিংদগী লৌখৎচবনি। চে মচেৎ ওইনা লৈরবদি চোইজাইননা মাঙখিবা তারে হায়দুনা লাইরিক অমা ওইনা খোমজিনগে খনখি। অনিশুবদা, ৱারেংশিং অসি মনিপুরগী সংস্কৃতি ১সুং সমাজগা মরি লৈনবা ওইবা মরম্না নৌনা হৌরক্লিবা চারোন্দা মনিপুরবু শক তাকপদা খবদং মতেং ওইগদ্রা নিংজখিবনি। মমা-মপা ওইবা অমনা থীখ্রবা মচা অদুনা পৃথিৱীগী অঙাং পূম্নমক্তগী খ্বাইদগী মশক ফজবা হেল্লি খঞ্জবগুম, অইবনা পূম্নমক্কী মফমদদি মানা ৱানা হোৎনদুনা, হৈত-হৈত ইজবশিং অদু মমল নাইদ্রবা ৱারেংনি খঞ্জে। অদুগী পাংখকনি হায়বা য়াই মরমদি ঐগী ৱারেংশিং অসি মপুং ফাবা বিসার্চ পেপর অমা নচ্চদে, মীমাঙদা পুথোকপা মতীক চাবা নত্তে; ঐতনা পাম্মুজবনি। মরমদি লাইরিক অসি ইনবা হোৎনবদা অৱাবা কয়া মায়োক্নবা তাখি, বিশার্চ কয়া তৌবা চঙখি; পণ্ডিত কয়া তান্নখি। পূম্নমক্কী বুদ্ধিদগী ইনিংতৌনা লৌজরগা, ৱারেংশিংসি লেংখি।

মক্ক ওইনা কংলা য়েংবা লাকপশিংনা কংলা মনুংদা লৈরিবা ইতিহাসগা শাগোন্নরকপা মফমশিং অমসুং লাইফম কয়া মশক খঙবা ঙমদ্রে। মশক উবা ফংলিবা খরসু, করিনো চুম্না তাকপীনিংঙাই লৈতে। মরম অসিনা লাইরিক অসিনা কংলাগী গাইড বুক ওইনা খবদংসু মতেং ওইগনি নীংজৈ। খুদম ওইনা হিংচাবী ননবা নূংনি হায়দুনা ঙসি ফাওবা হায়নদুনা লাক্লি। অইবনা অচুম্বা শক্তমদি করিনো খঙহন্নবা হোৎনজরি। কংলাদা শুরুং লৈ হায়নৈ; কদাইদা লৈবনো হায়বদি ভিজিটরশিংনা খঙনদে ...... অসিনচিংবা। লাইরিক অসিদা মফম তাকচরি।

লাইরিক অসিগী অরোইবা শরুক্তা পাফলগী মরমদা খরদং ইজরিবা অসি পাখংবগী থৌজাল লৈরবদি পাফল ৩৬৫ মক্কী মরমদা মপুং ফাবা লাইরিক অমা পুথোকপা ঙম্বা ওইজগে। পাফলগী শক্তম খরদং লাইরিক অসিদা হাপচরিবসি ইনাউ চনম হেমচন্দ্র 'খাবা' দগী ফংজবনি। ঐগী লাইরিক্তা হাপকে হায়জরুবদা মানা করি খুন্নকই ? "পোৎশকসি ঐগী নত্তে, লৈপাক্কী লননি। হাপ্পীয়ু কায়দে।" হরাও হরাও য়াবিরকখি। কয়াদা ফজখ্রবা ৱাখল্লোলনো; ইবুংঙো 'খাবা' দা শিংবা ঙম্নরোইদৌবা লম্মন তোনশিঞ্জরে ।

পাঙদ্রবা অইবদি কবিসু খঙজবা নত্তে; লৈবাক্কী সেবা মখল অমনি হায়না খঞ্জদুনা ইজবনি। লাইরিক অসিগী মনুংদা অরান-অহুই য়াওবা পূম্নমক পাবিরিবা পূকচেল চাউরবা ইবুংঙো-ইবেম্মশিংনা তাকপীয়ু; মথংগী খুৎনমদা চুমথোক্ক বা হোৎনজগে।

ইম্ফাল
জুন ১৪, ২০০৭ ইং

*অইবা*



# য়াওরিবশিং

# হীয়াং হিরেন
# অমসুং হীয়াং তান্নবা

হীয়াং হিরেন থাদদুনা হীয়াং তান্নবা হায়বা ধর্ম্মগী ওইবা অমসুং কুম্মৈগী ওইবা থৌদোক অসি ঙসি চহি ৫০ গী মখাদা লৈবা মনিপুরী মচা অমত্তনা উহৌদ্রবনি মরমদি - ইকোন কোনবা ওইনা নিংথৌনা হীয়াং নেৎখিবা অসি মহারাজ বুদ্ধচন্দ্র সিংহনা - মতমদুগী ব্রহ্মদেশগী প্রধান মন্ত্রী উনু না মনিপুরদা লাকখিবা এপ্রিল ১৪, ১৯৫২ ইংদা কোনুংগী থাঙ্গপাৎত্তা হীযাং-হিরেন থাদদুনা তান্নখিবা অদুনা মনিপুরগী অবোইবা হীযাং কুম্মৈনি। তুংদা হৌরক্লিবা চাবোন্না অমুক হন্না উবা ফংলবোই। মহারাজ বুদ্ধচন্দ্রনা খোঙনেৎখিবা হীয়াং-হিরেন অদু, ইংশোক ১৯৩৩দা মহারাজ চুড়াচান্দ সিংহনা পাল্লিঙৈদা শাখিবা ‘পামেল্লক্সী ঈশম চাইবা ব্রাকয়ৈ খল্লাং পমশাবা’ মিংথোনবা অদুনি। নিংথৌ কয়ানা মতম মতমগী ওইনা মশাগী হীযাং-হিরেন শারম্বগী ইতিহাস লৈখি। খুদম ওইনা মহারাজ



হীয়াং হিরেল

গরীবনিৱাজগী 'ঈশম চাইবা' নরসিংহ মহারাজগী 'শ্রী চৈতন্যদাস'...... অসিনচিংবা। মহাবাজ বুদ্ধচন্দ্রনা মশাগী ওইবা হীযাং-হিরেন শাখিদে। ইংশোক ১৯৫২ না মহাক্না তোংখিবা হীয়াং-হিরেন অদু মপা ইবুংঙো মহাবাজ সাব চুডাচান্দগী মতমদা শারম্বনি। অরোইবা ওইনা ১৯৫২দা তান্নখিবা হীযাং কুম্মৈ অদুগী মতুংদা চহি ৩০ হেন্না হীয়াং হিরেন অসি লমহাংদা হুন্দোক্লুনা তাদুনা লৈবদগী ইংশোক ১৯৮৮দা মনিপুব ষ্টেট ম্যুজিযমনা খূঞ্জীল্লগা মহৌশাগী শক্তমগা মান্ননা নৌনা শেমজীনখি। নৌনা শেমজীল্লবা হীয়াং-হিরেন অসি, মীযাম্না য়েংবা যানবা মনিপুর ষ্টেট ম্যুজিয়মগী কম্পাউণ্ডদা খিল্লি। ৱা ঙাঙদবা ইতিহাসগী শাক্ষী অসিনা মনিপুরগী সভ্যতাগী ৱারী, য়েংবা লাকপা মীপূম খূদিংদা

সার চুডাচান্দ মহারাজগী হীয়াং-হিরেন অসি শাখিবগী ৱারী নৌনা অমুকহন্না হৌবক্লিবা চাবোলদা খঙহনবা য়াম্নমক তঙাইফদবনি নীংঙৈ। চৈথাবোল কুম্বাবদা অসুম্না লাচল্লম্বা থেংনৈ :- 'শকাব্দ ১৮৫২ লাংবন ১৪নি থাংজদা হীযাং-হিবেন য়ানবগী অৱাংলমদা অমাকচাম্বা হঙবনচিংবা লাই খুরুম্বা চৎলে (সেপ্তম্বর ১৯৩০ ইং) ২৫নি শগোলশেন্দা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। অদু নুমিত্তা কমশোন্দা হীয়াং-হিবেন যানবা থুংলৈত্র'। কুম্বাবদা 'কমশোন' হায়না ইরম্লিবা অসি অচুম্বা মমিং 'খমসোম'

হায়গদবনি। সনাকোনুং লোমগী পাউ মতুং ইন্না - হীয়াং-হিরেন শানবা উ য়ানবা চৎপা অসি ক্ষেত্রিময়ুম শেঙ্গোইজাম্বা অমসুং মাগী মনাও নিপা গুলামজাৎ সিংহ অমসুং থোকচোম কহ্নাই লম্বুনা লুচিংবা মীওই তরা খমশোম খুন্দা উ য়ানবা অমসুং হি শাবা চৎলমই। হীয়াং-হিরেন শাবগী মকোক থোংবা মিস্ত্রিদী কৈশামথোং এলাংবম লৈকায়দগী শোরেনশংবম ইবোমচা সিংহ ওর্ফে কেবলরাম সিংহ অমসুং মোইরাংখোম শৌগাইজম লৈরক্তগী খুমন্থেম মধুমঙ্গল সিংহনি। হীয়াং-হিরেন শানবা উনিংথৌ অসি যানবদা শরূক য়াখিবা ওক্রম লৈবাকমচা অমসুং ক্ষেত্রিময়ুম শেঙ্গোইজাওবা হৌজিক হিংলি (Source : হীয়াং-হিবেন: Published by Manipur State Museum)

হীয়াং-হিরেন য়ানবা চৎপা মতমদা ইম্ফাললোমদগী মাইবা মাইবী অমসুং পণ্ডিত কয়া চত্তুনা উনিংথৌ অসি য়ান্দ্রিঙৈদা সনা কোনয়াই হুন্দুনা ঈরাৎ পুজা পাঙথোক্লবা মতুংদা উদা শীংজং থারমই।

মথক্তা পঞ্ঝিবা ৱাফম অসি হীয়াং-হিরেন শানবা হোৎনরকপদা লৌখিবা থৌদাংশিংনি। তৌইগুম্বসুং খমসোম খুন্দা চীংমীশিংনা লৌখিবা থৌদাংশিংদি ঙসি ফাওবা পাউদম অমত্তা লৈখিদ্রি। অইবনা খমসোম খুলদা ইংশোক ১৯৬০ দা চৎতুনা থিজিল্লুবদা ফংজরকপা ৱারী-ৱাখোং খরদং মীয়ামদা লান্থোকচরি।

খুল অসিদা থায়নগী ৱারী অমা লৈরি। হৌজিক মনিপুব ষ্টেট ম্যুজিয়মদা খিল্লিবা হীয়াং-হিরেন অসি ইংশোক ১৯৩০দা সার চুড়াচান্দ মহারাজগী খোঙনেৎ হি ওইনবা মতৌ কবম্না শাখিবগে হায়বদুগী ৱারীনি। হি হায়বসি লাবা-অমোম হায়না অনি থোকই। খুনগী খুল্লাকপা দুচাউগী মোত মতুং ইন্না, চুড়াচান্দ মহারাজগী মতমদা শাখিবা হীযাং-হিরেন অসি অমোমনি- লৈশাবীনি, ময়ুম পান্দ্রিবীনি হায়রি। ঙসি ফাওবা খুল অসিদা

চীংন্থাং ৱারীওইনা লীনরি মদুদি হীয়াং-হিরেন লাবা অমগা শারগা-লাবা অমোম অনি পূন্না থম্মিন্নরবা মতমঅদুদা লৈবাক্তা চাহোং-ঙাহোংবা, খুঞ্জাউ-লৈচাউনা অমসুং প্রজাশিংনা ঈংনা তপ্লা পুন্সি লেনবা ঙমগনি। মরম অসিনা, মনিপুর সরকারনা হীয়াং-হিরেন অমা শারগনি হায়বা ৱাফম অসি খমসোম খুনগী প্রজা পুম্নমক্না তরাম্না ওকপগা লোয়ননা ঙমখৈ লৈতনা হরাউনৈ। মৈতৈ ঐখোয়না থোইনা হেন্না হরাউজৈ। করি অমুক হায়গনি - হীয়াং-হিরেন শানবা, মী মঙানা কোনবা থুংদবা উনিংথৌ পাম্বী অসি খুলগী মীশিংনা, উগী মমল লৌদনা লেম্না দানওইনা তৌজরগে হায়না হায়রি। উ য়ানবা, হি শাবা, হি অদু উনুংদগী ঈবিল তুরেল তানা চিংথরকপা-মদুগী খরচনা তোঙানবনি। মতাং অসিদা খমসোম অমসুং খমাসোম-হেক তাবদা মমিং অনিসি হায়রপ মান্নবা - খুল অনিসিগী মরমদা খরদং শেংদোকচগে। খমসোম খুলনা মাও সবদিবিজনগী মনুংদা লৈবা পৌমায় কাঙলুপ্না খুন্দাবা লমনি; খমাসোম হায়বসিনা উখ্রুল সব দিবিজনগী মনুং চনবা তাংখুলশিংনা খুন্দাবা লমনি। অনি অসি তোঙান-তোঙানবনি।

চুড়াচান্দ মহারাজগী হীয়াং-হিরেন শানবা উ য়ানবা, উনুংদা হি শাখিবা, লোইরবা তুংদা মতৌ করম্না হি অদু চীংখাদা চিংথরকপা অমসুং করি উপাই তৌদুনা মদুবু ইম্ফাল তান্না পুরকখিবগী ৱারী অসি অইবনা ঙসিদগী চহি ৫০ রোমগী মমাঙদা খমসোম খুন্দা চৎলুবা মতমদা, মতমদুদা খুল্লাকপা ওইরম্বা রাইচাউদগী (ঙসি খুল্লাকপা ওইরিবা আর:এল: দুচাউগী অপোকপনি) তাবা ফংখি। হীয়াং হিরেন শাবগী ৱারী অসি মতমদুদা ঐগী থম্মোয়দা পঙকন-কন্বা শাফু পীখিদে মরমদি ঐহাক, এস:দি:ও: অমা ওইনা সরকারনা শিন্নবা থৌদাং কয়া পাঙথোকপা নত্তনা মনিপুরগী ইতিহাস অমসুং কলচরদা থৱায় লূপ্লা মীশক অমা ওইরমদে। মতৌকরম্না ঐহাক্না ইংশোক ১৯৬০দা খমসোম খুন্দা চৎলুবগে হায়বদু মতাঙ-মতাঙ ওইনা শমলপ্না পঞ্জগে।

ইংশোক ১৯৫৯-৬০দা অইবনা মতমদুগী অপূনবা 'মাও-মরাম সদর-হিলস্ সব দিবিজন' গী এস:দি:ও: ওইনা থবক পুজরমই। মতম অদুদা মনিপুর অসি সিংগল-ডিষ্ট্রক ষ্টেট-হায়বদি শুপ্লতগী ডিষ্ট্রিক অমখক্তা ওইরমই অমসুং মনিপুরগী চীংগী লম পূম্নমক অসিদা-শুপ্লগী সব দিবিজন মরিখক্তা থোক্লা খায়দোক্লমই-উখ্রুল, চুড়াচান্দপুর, তেংনৌপল অমসুং মাও-মরাম সদর হায়না। এস:দি:ও: অমা ওইনা খুল খূদিংদা চত্তুনা চীংমীশিংগী লম্বী-থোং, ঈথৈ-লৌখোং অমসুং অৱাৎ অপা কয়া য়েংশিনবা অমসুং সব দিবিজনেল মেজিস্ত্রেত ফার্ষ্ট ক্লাস ওইনা খুঞ্জাশিংনা খৎনবদা বিচার তৌবা অসিনা মপূং ওইবা ইথৌ ওইরম্মী। মনিপুরগী কলচর অমসুং ত্রেদিসন্দা কূপ্লা থিজিনবা মীশক অমা ওইদ্রি। ঙসিদগী চহি ৫০/৬০ গী মমাঙদা খমসোম তানা চৎপা তাববদি, ইম্ফালদগী বস তোংদুনা ডিমাপুর লম্বীদা ময়াঙখাঙ ফাওবা চৎলগা, মফমদুদগী খোঙনা চীংগী লম্বীদা ঙাতান হাযবা খুল অদু তারগা-ঙাতানদগী খমসোম চৎকদবনি। ময়াঙখাঙদগী খমসোম য়ৌবসী পু ১০ রোমগী লম্বীনি। ময়াঙখাঙ লোমদগী নত্তবা অতোপ্লা লম্বী অমসু মীয়াম্না চৎনবদি সাইকুল লোমদগীনি। সাইকুলদগী খোঙনা মোলকোন, খোনোমফাই, ঈহঙ-কারোঙ, য়াংনোই, থীংফাই ফাওরগা খমসোম য়ৌনবা খোঙনা চৎনরমই। হৌজিক্তি নিংথম থার্দদি - শক্তিমান গাড়িনা খমসোম খুল য়ৌবা য়ারে ; খোঙ্না কনাসু চৎনদ্রে।

## খমসোমগী খোঙচৎ :

মাওদগী মবাম ফাওবা জীপনা লাক্লগা, জীপ্তু ইম্ফাল লোমদা থাদোকখিরমই - ঐবু ওক্লম্লবা; মরামদগী খোঙনা বরাক তুরেল লান্দুনা কোইদে খুন্দা থুংখি। (ঙসিদি মরামদগী কোইদে তাবা লম্বীদা বরাক তুবেল মথক্তা থোং শারে) মফম অদুদা অহিং অমা পল্লগা খোঙনা অমুক মথংগী খুল পুরুল তানা চৎলমই। গাড়ী চৎপা য়াবা লম্বী (জিপেবল রোদ) লৈতবা

মরমদগীনি খোঙনা চৎলিবা। মতৌ অসুম্না খুল খূদিং, হায়বদি পুরুল, ওইনাম, থীঙবা খুলেন/খূনৌ, সোরবুং অমসুং ঙাতানদা অহিং অমমম লেক্লগা খুঞ্জাশিংগা হকথেংননা ৰারী শাদুনা মখোয়গী অৰাৎ-অপা কয়া খঙনবগী খুদোংচাবা ফংখি। দিসেম্বরগী তাং ১৫/১৬, ইং ১৯৬০ দা খমসোমদা থুংখি ; অহিং অনি লৈরকখি, হীয়াং হিরেনগী তাঙলবা ৱারী কয়া তাবা ফংলকখি। খমসোমদগী হল্লকপা মতমদদি হান্না লাকখিবা লম্বী মবাম লোমদা থোক্লক্তরে। খমসোমদগী তিনসোং তারগা মথংগী খুল থেৰাদা অহিং অমা লেকই। থেৰা হায়বা খুল অসিনা মাও-মরাম সব দিবিজনগী অরোইবা খুঙ্গংনি। থেৰাগী মথংদগীদি উখ্রুল সব দিবিজনগী লম ওইখরে। মথংগী নুমিত্তা থেৰা খুঙ্গং থাদোক্লুনা ঈরিল তুরেল খোঙনা লাল্লগা উখ্রুলগী মনুং চনবা কচায়/কচাই খুন্দা থুংলমই। কচাইগী চম্প্রা মনিপুরগী মনুংদা থোইদোক হেন্দোক্লা মমিং চৎলি। কচাইদগী হুইমি য়ৌই; হুইমিদগী তোল্লোই য়ৌবদু খোঙনা ওন্থোক্লা ৰানা লাকপদা, মাঙজৌননা থৌরাঙ তৌখিবগী মতুংইন্না, ঐগী ওফিসকী জীপ অমসুং ড্রাইভরনা তোল্লাইদা ঐবু ঙাইদুনা লৈরম্বা অদু উবদা, শিরুবদগী মপোক অমা পোকপগুম ফাওখি। তোল্লোইদগী জীপনা উখ্রুল অমসুং উখ্রুলদগী ইম্ফাল তম্না থোরকখি। মদুগী খোঙচৎ অদু ঐগী ৰাখন্না হঙ্গৎনা য়েংলুবদা ইথন্তা জ্ঞান মম্মী;পুন্সিদা অমুক হন্না ওইথোক্লরোই।

**খমসোম :**

য়াম্না চাউবা খুলনি - অপ্পর খমসোম অমসুং লাৰর খমসোম হায়দনা শরূক অনি থোক্লা খায়দোকই। চীংগী খুল অয়াম্বা মতৌ অসুম্না অনি-অনি থোকপনা অয়াম্বনি। খুলশিং অসি অহানবদা নন-খৃষ্টান ওইনা হায়বদি মপা মপুগী ওইবা নাৎকী ধৰ্ম্ম চৎলম্বদগী য়ুম্নাক খরনা খৃষ্টান ধৰ্ম্ম লৌরকপদগী পূন্না লৈমিন্নবা নুঙাইরক্তুদুনা মখোয় মখৈ তোঙান্না

চোংথোক্তুনা লৈবা হৌনরকই। শম্মা হায়রবদা ঙসি ফাওবা চীংগী খুল অয়াম্বা - খৃষ্টান অমসুং নন-খৃষ্টান (মখোয়দি য়ু থকই) হায়দুনা অনি থোক্লা খুন্দাদুনা লৈরি। খমসোমদা হৌজিক য়ুম্নাক ২৫০ রোম লৈ, মীশিংনা লীশিং অনিরোম হেনগনি। মসি চাউরবা খুল অমনি হায়বদি চিংগী খুল অয়াম্বা য়ুম্নাক চাম্মা শুবা পঙয়াও য়াওদে। খমসোম খুলদা লৈরিবা পৌমায় কাঙলুপ অসি অহানবদা পুরুলদা খুন্দাদুনা লৈরম্বনি। মমৈথঙদা, ঈশিং ফবা অমসুং পামলৌ উবা খুদোংচাবা মফম থিরকপদগী থীঙবা, খাবুং অমসুং সোরবুংদা মথং -মথং খুল হোংলক্তুনা মমৈথঙদা খমসোমগী হৌজিক লৈবিবা মফমসিদা খুন্দা লৈতাদুনা পানখিবনি। খমসোমগী মরমদা পঙশাং শাংনা ইজদ্রে মরমদি ঐনা ঙসি ময়ামদা পাউদমজগদৌরিবা অসিদি হীয়াং হীরেন শাবা অমসুং খুল অসিনা লৌখিবা থৌদাংশিংগী মরমদনি। চহি চা কয়াগী মমাঙদগী হৌনা, খমসোম খুলদগী হীয়াং হিরেন শানবা উনিংথৌ যান্দুনা লাকখি। মতাং অসিদা ৱাফম অমা চোংথোরকই-খমসোমদগী নত্রবদি মনিপুরগী চীংগী খুল অতৈদগী য়ানবা য়াদব্রা ? খমসোমদগী ঙাক্তো লৌবিবসিগী থোইদোকপা করি মরম অমা লৈবগে ? মনিপুরগী চীংগী মফম খরদসু উনিংথৌ হৌই, তৌইগুম্বসুং হীয়াং হিরেন শাবা য়ানা মতীক চানা চাউবা উনিংথৌদি খমসোমদা নত্তনা অতৈদা ফংদে। মাও-মরামগা তাইনবা তমেংলোংগী চীংশাং খরদা উনিংথৌ হৌই। তৌইগুম্বসুং মদুবু য়াল্লগা, চীংনুংদা হীয়াং হিবেন শারগা ইম্ফাল তানা পুরক্লবা উপাই লৈতে, লম্বী লৈতে। ঈশিংগী লম্বীদা পুরক্নদবনি, ঈশিংগী লম্বী লৈবা মফম থিবা তঙাইফদে। মনিপুরগী খা থংবদা লৈবিবা চীংশাংশিং -- চুড়াচান্দপুব রোমদা উনিংথৌ হৌদে -উচান ঙাক্লি। মনিপুরগী খা নোংপোক থংবা শরুক ম্যানমারগা তাইনবা তেংনৌপল লোমদসু, তন, তোলহাও, খাঙ্গ্রা, উচান অমসুং চীংশুগুম্বা নত্তনা উনিংথৌ হৌদে। মরম অসিনা খমসোমদগী উনিংথৌ য়াল্লগা হীয়াং হিরেন শাবা তাবনি। মফম অদুগীদি ঈরিল তুরেলগী

মরিলদা হি অদু চিংলক্লগা লিলোং য়ৌরকপদা ইম্ফাল তুরেলগী মরিলদা হঙ্গৎনা অমুক চিংলক্কুনা মনিপুরগী সনা কোনুং য়ৌরকপদা লায়না থোকই। মতম অমদা খমসোম ঙাক্তা নত্তনা মনিপুরগী অৱাংলমগী চীংশাং অতৈদসু উনিংথৌ মরাং কায়না হৌরমই। চীংশাং অসিদা লৈরিবা খুল অতৈ হায়বদি ঙাতান, সোরবুং, তিনসোং, থিংবা খুলেন/খুনৌ, ঙারি খুলেন/খুনৌ, লখামৈ, শিরোং, কোদোমনচিংবা মফমদসু, খমসোমগুম্না - চাউর-চাউববা উনীংথৌ মশীং লাকঙমদনা হৌরম্বনি। অদুবু পঙকুই কুইদ্রি চহি ১০/২০ অসিগী মনুংদা উনিংথৌ পূম্বা তুম্না য়ানখরে। সেনপতিগী লম্বীদা মনিপুরগী মপান্দা লোইনা থাম্রে। শুপ্নগী খমসোম খুলখক্তা ঙায়হৌরে - উনিংথৌ কনবা ঙমহৌরিবা। মসিগী মরুওইবা মরমদি ইংশোক ১৯৭৬ তগী খমসোমগী খুল্লাকপনা - উনিংথৌ যাল্লগা পুথোকপা থিংখিবদগীনি। মসিগীদমক খুল্লাকপবু থৱায় হকচাং য়াওনা থাগৎপদা মতীক চায় মরমদি মনিপুরগী এনভাইরনমেন্ট অমসুং চীংগী উ কন্নবা হোৎনবদা মহাক্লা লৌরিবা চাউরবা থৌদাং অসি জাতিগী অমসুং অন্তরজাতিগী থাক্তা শকখঙহনবদা মতিক চারবনি। ঙসিদি খুঞ্জা অমনা মশাগী যুম শানবা ওইরবদি উমংদগী মাগী চঙগদবা অপাম্বা উনিংথৌ য়ানবা অথিংবা লৈতে; মপান্দা পুরগা য়োনবদি অমুক হন্না য়াদ্রে। উনিংথৌ য়োনবতা নত্তে; উনিংথৌ য়াল্লগা হি শাবসু অথিংবা থমখরে মরমদি হি অমা শানবা হোৎনরকপদা উ অদুগী অয়াম্বা শরুক্তি হাঙমৈনা/শীংজংনা মচেৎ-মচেৎ শোয়দৎতুনা অবেম্বদা মাঙহল্লি। অদুগা হি অমনা শীৎকে হায়না শীৎলবদা লুপা লিশিং অনি/অহুমদগী হেনদে; অয়াম্বা শরুক্তি মাঙদুনা তোকই।

ঐখোযনা ঙসি ফাওবদা ঈম্ফালদা ফংলিবা হীয়াং হিরেন শাবগী ৱারোলশিংসি চৈথারোল কুম্বাবদা পল্লম্বা খরা অমসুং মতমদুদা হিংলম্বা মীওই খরনা পাউদম্বা খরমখৈ অদুতনি। খমসোমদগী ফংলকপা ৱারোলদি ঙসি ফাওবা কনানসু তানদ্রিবনা অয়াম্বনি। মহারাজ সার চুড়াচান্দগী সনা

হাক্তক্তা শ্রীযুৎকা মরূপ শান্নখিবা খমসোম খুলগী খুল্লাকপগী মমিং খোলু কৌই। ঙসিমক খুল অসিগী খুল্লাকপা ওইরিবা শ্রী আর:এল: দুচাউগী অপোকপা রাইচাউ, বাইচাউগী অপোকপা ঙৌলু অমসুং ঙৌলুবু অপোকপনা খোলুনি। শম্না হায়ববদা খোলু হায়বসি হৌজিক খুল্লাকপা ওইরিবা দুচাউগী মবুধৌ পুবেননি; ইংশোক ১৯৩০ গী ৱারিনি। হৌজিক ম্যুজিয়মদা খিল্লিবা সার চুড়াচান্দগী খোঙনেৎ হি অসি (মমিংনা 'পামেল্লক্কী ঈশম চাইবা, ৱাকয়ে খন্নাং পমশাবা থোল্লি) শাদ্রিঙৈ মমাঙদসু মতম-মতমগী ওইনা খমসোমগী উনিংথৌ য়াল্লগা হি শানবা পুখিবগী পাও ফংঙি। ইংশোক ১৯০৬ অমসুং ১৯০৭ তসু হি শানবা উ য়ানখিবগী মরমদা চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না লাচল্লি - 'শকাব্দ ১৮২৮ সেকমাই হেমোসিংগী কুম শজিবুগী ৪নি য়ুমশকৈশদা অৱাংলমদগী তান্নহি য়াল্লুবা থুংলৈএ'। ' শকাব্দ ১৮২৯ সেকমাই লৈতোনগী কুম লাংবনগী ১১নি য়ুমশকৈশদা তান্ন হি য়াল্লুবা থুংলৈএ'........ অসিনচিংবা।

হৌজিক খুল্লাকপা ওইরিবা দুচাউগী মপা পোকপা মপুবোক, ঙৌলুনা পাখং ওইরিঙৈদা (মাগী অপোকপা খোলুনা খুল্লাকপা ওইরিঙৈ), অঙাং ওইনা হীয়াং হিরেন শাবা য়াওরকখ্রে। মহাক্না মশুনুপা দুচাওদা হীয়াং হিরেন শাবগী অরিবা ৱাবী কয়া লীবীরমই। মহারাজ সার চুড়াচান্দনা খোলু খুল্লাকপবু কয়াগী মতীক লুনা তৌবা অমসুং ইকায়খুম্নবগে হায়ববুঁ - মহাক্না চীংদগী শ্রীযুৎ খুরুম্বা লাক্লে খঙবদা মহাবাজনা মচা মনাই অমসুং সিফাই সন্ত্রী থাদোক্তুনা সনথোঙদগী থাংদুনা সনা-মাঙ তানা পুশিল্লকই হাযনা ঙসি ফাওবা খমসোম খুন্দা ৱারীনরি। সার চুড়াচান্দ মহারাজ য়াম্না লৌশিং লৈবা অমসুং রাজনিতি হৈবা নিংথৌ অমা ওইবমই। খুল অসি মহাক মশামক্কী খুলনি অমসুং খুঞ্জাশিং অদু মহাক্কী মচা-মশুমকনি হায়দুনা খমসোম খুল অসি খাজনা কোকপিরমই।

সার চুড়াচান্দ মহারাজগী হীয়াং হিরেন শাখিবা উ অদু হৌরম্বা মফম অদু মৈতৈশিংনা উনিংথৌ পোকপী হায়না খঙনৈ। তৌইগুম্বসুং খমসোম অমসুং অকোযবগী খুলশিংনা মফম অদু 'বনাইজাই' হায়না খঙনৈ। 'বনাইজাই'দগী উনিংথৌ অদু যাল্লবা মতুংদা মফম অদুমক্তদা উনিংথৌ পাম্বী অনি থারমই। খুনগী মীশিংনা তল্লকপা পাউদমগী মতুং ইন্না-উনিংথৌ পাম্বী অনি অদু ঙসিদি উরেপ ফাদুনা মতীক চানা চাওরে;হি শানবা য়ানবা য়ারে হাযনা তমই। 'বনাইজাই' হায়বসিগী অর্থ করিনো হায়বা মীপুম খূদিংনা খঙনীংগনি নীংই। পৌমাই লোন্দা মসিগী ৰাহন্থোক্তি 'বনাই' গী পূখ্রি হায়বনি। ঙসি কৌব্রু চীংদোন্দা পূখ্রি অমা লৈরিবসিগুম্না, খমসোমগী চীংথক্তা পূখ্রি অমা লৈ। করি মবমদগী 'বনাইজাই' হাযনা কৌনখিবনো ? থায়না মমাংঙৈদগী হৌনা খুল অসিদা মীযাম্না থাজনবা, খুন্নুং ৰারী ওইনা লীনবা, মীওই-লাইওইতৌবা নুপী অমগী মমিংনি - 'বনাই' হায়বসি। লাইরেম্বী ওইনা তৌবা 'বনাই' হাযবীসি লৈশাবী অমনি; মহাক্না অকোয়বদা শন্দোক্তুনা লৈখ্রিবা চীংশাংনাপোমশিং অসিদা থাপ্না-থাপ্না কোয়চৎ চৎতুনা লৈ হায়না থাজনৈ। চীংদা চৎপগী চোকথরবা মতমদা মহাক্না পুখ্রি অসিদগী ঈশিং থকই অমসুং ঈরুজৈ। অসিনা মরম ওইদূনা, পুখ্রি অসিবু বনাইগী পুখ্রি হায়বদি বনাইজাই হায়না খঙনৈ।

## উ য়ানবগী তঙাইফদবা হৌনবী :

উজাউ অমা ইরায় লায়না হেক্তো য়ানবা য়াদে; মাঙজৌননা, নীংশীংবা থোক্ত্রবা মতমদগী লৈরক্লবা চৎনবী মতুং ইন্না, অরুবা ঈরাৎ পুজা পাঙথোকপা তঙাইফদে। মরমদি, খুঞ্জাশিংনা উনিংথৌবু লাইনি হায়না লৌই। খ্বায়দগী অহানবদা, খুঞ্জাশিংনা উনুংদা চঙদুনা হীয়াং হিরেন শাবা য়াবা মতীক চানা চাউববা, তীঞ্জং-কাযজঙদবা উ থিবা চৎকনি।

চপচাবা উ অদু ফংলগা, মদুবু য়ান্নবা হৌনবী মতুংইন্না ঈরাৎ-পুজা তৌরগনি। সনা কোনুংলোমদগী লাকখিবা অমাইবা পণ্ডিতশিংনা মৈতৈগী চৎনবী মতুংইন্না সনা কোনয়াই লূপা কোনয়াই হুন্দুনা পুজা তৌই। খমসোমগী খুঞ্জাশিংনসু চীংমীশিংগী চৎনবী মতুং ইন্না - উ অদুগী মমাঙদা য়েনবা অমা য়েহ্লিং থাগনি। অদুগী তুংদা উজাউ অদুগী মমাঙদা লশিং মপোপ অহুম থমগনি অমসুং মদুগী মথক্তা য়োৎ মতেক অমমম্ হাপকনি। লশিং মপোপ অহুম অদুগী মমাঙদা য়েরুম অমা থমদুনা ঈরাৎকনি। মথংদা, শিং (Ginger) মচেৎ অহুম লশিং মথক্তা হাপকনি; য়ুসু খরা হৈগনি অদুগা উগী লাইদগী থৌনিজগনি - "নচা নশু ওইবা ঐখোয়না কৎচরিবা পোৎলমশিং অসি হরাও-হরাও লৌশিনবিবো অমসুং উজাও অদু পীরো" হায়না নিগনি। মসিনা ঈরাৎ পুজাগী অহানবা তাংককনি অমসুং উনুংদা পাঙথোকপনি

অসিগী তুংদা মীয়ামদু খুন্দা হল্লক্লগনি। ঈরাৎপগী থৌরম পাঙথোক্লিবা খুলগী মাইবা অদুগী মঙদা ফাওগনি - উ য়ানবা য়ানি য়ারোই হায়বদু। মহাক্না মঙ্ তমগনি অমসুং মঙ্দা য়ারে হায়রবদি ঈরাৎ থৌনিগী অনিশুবা শরুক অমুক পাঙথোক্কনি। মথং পাঙথোক্কদৌরিবা ঈরাৎপগী মওংদি - ওক লাবা অমা পুরগা উ অদুগী মখোঙদা শরেল চনগনি - চৈ অমা মচীন তুম্না ঈৎলগা মদুনা ওক অদুগী থম্মোইদা (Heart) থিন্দুনা শিরবা তুংদা, ওক্কী ঈ অদু উ অদুদা তৈশীনগনি অমসুং লাইদা থৌনিজগনি। উনুংদা অসুম্না পুজা তৌরিঙৈদা, খুল মনুংদসু অতোপ্পা ঈরাৎ-থৌনিগী থৌরম অমা পাঙথোকই।

খুন্দা ইরোই অমা, মঙক্তা নৌনা তাবা থৌরী অহনবা অমা

হুকচিনবীরে। থৌরী অদু ইরোই মঙক্তগী অমুক হুক্তোক্লগা, মদু উমং তান্না পুদুনা চৎলগনি অমসুং য়ানগদৌরিবা উনিংথৌ অদুদা কৎকনি। নুংদা ফুমলিবা ৱাখল্লোনদি - থৌরি অদনা ইরোইগী মহুৎশিল্লিবনি; ইরোই অমসু লাইদা কৎলে হায়রিবনি। লাইদা কৎলবা ইরোই অদু উ য়ানবা নুমিত্তা - খুল অদুগী য়ুম্নাক খুদিংদা মতম অমমম য়েনগনি। মকোক অদুনা খুল্লাকপগীদমক্নি; খ্বায়দগী হেন্না ইকায়খুম্নবা উৎপনি। মহাক্না ইরোই মকোক অদু মাগীময়ুমদা থেৎলি। চীংনুংদা চঙদুনা-উ মখোঙদা ঈরাৎ পুজা তৌবা লোইরগা খুঞ্জাশিংদু ময়ুম ময়ুমদা হন্নবক্লে। অমসুং মী পুম্নমক মাইবনা মঙ তম্বা ঙাইদুনা অহিং অদু লেল্লমই। মাইবগী মঙ নুংঙাইত্রিবমখৈ উ য়ানবা য়াদে; মঙ তম্বা অসি চীংমীশিংগী অচেৎপা থাজবা অমা ওইনা লৈবনি - হৌজিকসু লৈরি। মাইবনা মঙ্ ফরে, লাইনা উ য়ানবা য়ারে হায়বে হায়না পাউদম্লবতদা খুল হৌনা চত্তুনা, মখুত্তা শীংজং পায়দুনা উনুংদা উ য়ানবা চৎকনি। খুলগী মাইবনা উগী মশাদা ইহান হান্না শীংজং থাবা হৌগনি।

**উনীংথৌ য়ানবগী মওং :**

হৌজিক ম্যুজিয়মদা খিল্লিবা হীয়াং হিরেন অসিগী অশাংবা ফুট ৮০ খর হেল্লি; পাকপনা ফুট ৪নি। মসি তানবা শারকপদা শীজীন্নরমগদা উনিংথৌ পাম্বী অদু কয়া য়াম্না ৱাং-চাউরমগদগে হায়বদু মীৎ উইশিন্দুনা য়েংবদা উবিরমগনি। উ অদু য়ামদ্রবদা ফুট ১০০গী মথক্তা শোয়দনা ৱাংলমগনি। অসিগুম্বা ৱাংথোইবা উনিংথৌ অমা য়ানবা হায়বসি অরায়বা থবক নত্তে। মী তরা/কুন না য়ানবা ঙম্বা উ নত্তে। মী চামা/চনিগী মথক্তা, খুল হৌদুনা চৎলগা, ইহান হানবা তঙাইফদবা থবক অমা ওইনা, উজাউ অদুগী নাকল য়েৎ-ওইদা লৈরিবা লৈপাক পূম্বা য়োৎপাক্না মাঙজৌননা লোইনা কোৎথোক্কনি অদুগা উ অদুগী মরা অমসুং মরু থিদোক্কনি। অদুগী

তুংদা পান্নীগী মরাশিং অদু মতেক মতেক কক্তুনা লৌথোক্কনি। মতৌ অসুম্না উজাউদুগী অকোয়বদা ফাঙৌল্লিবা মরা ময়াম অদু ককপা লোইরকপগা লোয়ননা উ অদু মথন্তা তপ্না-তপ্না তুথহনগনি; মদু ফাওবা খুঞ্জাশিংনা ঙাইগনি। উনিংথৌগী মশাদা শীংজংনা কক্তুনা য়ানবা নত্তে; য়ানবা য়াদবগী চাউরবা মরম অমা লৈবি। অদুক ৱাং-চাউবা উজাও অমনা খঙহৌদনা তুরকপা মতমদা, অরূম্বা ভাগ অমসুং অকনবা শাফূগা লোয়ননা নুঙগায়দা য়ৈবা তারবদি উ অদু পোপকনি; পোপ্লবদি হীয়াং-হিরেন শাবা য়াবোই। অনিশুবদা, উজাও অদুনা খংতু-তুবক্লবদি, য়াল্লিবা মী কয়াগী খুদোংথীনিংঙাইনি; শোকপা পনবা অমসুং শিবা ফাওবা য়াই কিনবদগী, মবা কক্লগা তপ্না তুথহনবা অসি মমাংঙৈদগী হৌনা খুঞ্জাশিংনা শীজীন্নরক্লবা পাম্বৈনি।

## হি শাবা হৌবা :

উজাউ অদু তুরবা মতুংদা নিংথৌনা স্নাকোনুংদগী থারকপা মৈতৈ খুৎহৈবশিংনা উ অদু মৃক কাপ্লে, চাউবা-শাংবগী নাপ পীরে অদুগী তুংদা খমসোমগী খুঞ্জাশিংনা হি শাবা হৌই। হীয়াং হিরেন অসি উ য়ানফম, শুক্লবা চীংগী লোকচপ অদুমক্তদা থা কয়ামরুম চঙনা শাখিবনি। খমসোম খুল অসি থায়না মমাঙঙৈদগী হৌনা হি শারকপা খুলনি অমসুং হি শাবদা থোইদোক্লা হৈথোই-শিংথোইবগীদমক মমিং চৎলি। মনিপুবগী তম্পাক্পী লমদা, মরুওইনা লোক্তাক অমসুং মনিপুরগী খা বোমদা লৈরিবা পাৎ ময়াম অসিদা শীজিন্নরিবা হি অয়াম্বা খমসোমদগী শাখিবনি। চহি অমগী মনুংদা হি যঙ্খেদগী চামা ফাওবা শাবা কুম য়াওই। অশাবা হিশিং অদু মৈতৈ ললোনবশিংনা, ঈরিল তুরেলগী মবিলদা পুথরক্তুনা মনিপুরগী মফম কয়াদা য়োনবগী কারবার চত্থরমই। হিগী চাউবা শাংবা সাইজ অসি ফুট অশুক

শাংবা হায়বা চৎনদে। অদুগী মহুক্তা - খুনীং তাবা, তু তাবা, খোম তাবা, থগাই তাবা হায়না হিগী সাইজ ওল্লি। খুনীং তাবা হি হায়বদি খুনীং ১২ শাংবা হি খঙনগনি; থগাই তাবা হাযরগা থগায় ১২ শাংগনি। শম্না হায়রবদা, হি অদুগী অপাকপগী শরুক ১২ না হিগি অশাংবা ওইগদবনি। চহি খূদিংগী তম্পাক্কী লমদগি হি ললোনবা মৈতৈ কয়া খমসোমদা হি লৈবা লাক্লমই; হৌজিক্তি লেপখ্রে। মতমদুদা হিগি কারবাব কন্না চৎথবম্বা খরগী মমিং খুল্লাকপা দুচাউনা নীংশীংলি। মমিংতনি নীংশীংলিবা - অকুপ্পা য়ুম্নাক শাগৈদি মুন্না খঙদ্রে হায়না পাউদমলকই। মক ওইনা খুঞ্জাশিংগা তোয়না শম্নখিবা হি কারবার তৌবশিংদি-পুখাউ তোম্বা, ব্রজামোহন, শীংজমৈগী বাবুধনগা অঙাংহলগা, ক্কাকৈথেলগী মেরা অমসুং কোইঙৌগনি (মকোয়দু পুমঙৌ - ঙৌই হায়বগী, খুঞ্জাশিংনা মহাকপু কোইঙৌ হায়না কৌনৈ; অশেংবা মমিংদি খঙবা ঙমদ্রে)। ঙসিদি খমসোমদা হি শাবা লেপখ্রে; ইংশোক ১৯৭৮দগী হৌনা খুল্লাকপনা হি শাবদা অথিংবা থমখ্রে মরমদি হি অমা শানবা হোৎনবদা, উগী অয়াম্বা শরুক্তি, শীংজংনা ককপদা হাঙমৈ ওইদুনা অরেম্বদা মাঙহল্লি হায়বদগীনি। হীয়াং-হিরেন শাবা মতমদা শুপ্নগী খমসোমগী খুঞ্জাশিং ঙাক্তনা শাখিবা নত্তে। মহারাজগী সনা যাথং মতুংইন্না মনিপুবগী মচি-মচিদা লৈবা চীংগী জাতিশিং-তাংখুল, মরিং অমসুং কুকিশিংসু শারুক যাখি। মী পুম্নমক অদু উনুংদা লৈদুনা থা কয়ামুক চঙনা শাখিবা হীয়াংনি। হি শারিবশিং অদুনা চানবা ইম্ফালদগী ঙারি-ফাবৌ লেংকোটতা হাপ্পুনা মৈতৈ শিংনা খুল তানা থিল্লক্লমই। হি শাবা লোইরকপা মতমদা, হি অদু লোকচপতগী চিংখৎলগা অমুক চীংখা তানা, ঈরিল তুরেন মপান্দা চিংথবা মতম য়ৌরক্লে।

## চীনুংদগী হীয়াং-হিরেন চিংথরকপা :

হীয়াং অদু শাবনা খরবু ল'যনা থোকই; মদুবু চীংখা তানা চিংথবসি খ্বাইদগী লুবা, মী অশোক- অপন নংবা, শিবা ফাওবা য়াবগী খুদোংথিবা লৈবা থবক অমা ওইরমই। হি অদুগী অরূম্বা অদু মন কয়া তোন কয়া ওাইরমগদবনো হায়বদু - মীৎ উইশীন্দুনা অমুক্তা খন্থবীয়ু। মসিবু মতৌকবম্না চীংমীশিংনা য়াম্না হৈ শিংনা চীংখা তানা পুথরকপগে ? অহানবদা, জঙ্গল কক্লুনা মাইল মরি/মঙা শাংবা লম্বী অমা শেম্বা তাবমই মরমদি হীযাং অদু চিংথনবা লম্বী লৈতে। অদুগী তুংদা, হি অদু নাকল অনিদা নাবেং হুংলগা য়াম্না উইবা মপোপ চাউবা উরি মখল অমনা, নাক-যেৎতা চেৎনা পুল্লমই। উবি অদু মনাক্তা হৌবা অচৌবা উপাল অমদা কোয়না যেৎশিল্লগা উবি মতোন অদু মীওই চামা/চনিনা পায়বগা খাঙদুনা লৈবমই। শম্না হায়ববদা, হি চিংথবা মতমদা হি অদুগা চিংলিবশিং অদুগা হকথেংনহন্দে; মরক্তা উজাউ অচৌবা অমনা খল্লগা হি অদু পুল্লিবা থৌরি (উবি) অদু খজিক-খজিক, ঈঞ্চি ঈঞ্চি থাদবনি। চিংথদ্রিবৈ মমাঙদা, হিনা লাক্কদবা লম্বীদা লফৃ মতৃপ-মতৃপ ঠালু ওইনা, পরেং ওইনা থাদুনা থমই। মসি হিদু চিংবদা কোম্না চৎপা য়ানবা অমসুং হিগী মথা অদু নুঙ্গায়দা চিংবদা শোক্তনবনি।

চিংবা হৌবসু অরায়বা থবক নত্তে। অহানবদা হিদু খজিক্তবু লেঙবা ঙমখ্রবদি অদুম চিংবা চৎলি। মবম অসীনা অহানবা ফৃকপা অসি অকনবা শাফৃ/পাঙ্গল অমা চঙই। মীয়াম্না মতম অমত্তদা চপ মান্ননা মপাঙ্গল পুথোক্লুনা শাফৃ পীগনি। মদুগীদমক, খুল্লকপনা লুচিংদুনা 'হোই' লাউবা চঙই। খমসোম্না হীয়াং চিংথবদা হোই লাওবা মরোলদি :

***'হো খাঙ্ লোই'***

মীয়াম্না খুমই - 'হোই'

অমুক লাউরকই - 'ও হায়য়ো'

মীয়াম্না খুমই -'হোই', অকনবা শাফ্ পীরকই, হি অদু খজিক-খজিক লেঙলে অমসুং চৎপা হৌরক্লে। মতমদুদা মীয়াম্না - হো-হো-হো হায়না চিংখরে। হিগী অরূম্বা ভার অদুনা তকথরক্তুনা অঙম্বা লোক্তা পাইথখিদনবা, মী কাঙলুপ অমনা হিগী নারেংদা পুল্লিবা ঊরি অদুদা কন্না য়ান্দুনা ব্রেক ওইনা খর-খর ফারমই। মতৌ অসুম্না হীয়াং অদুনা ফুট চামা/চনি মখা ইন্থরক্লবদা, নারেংদা পুল্লিবা অনিশুবা ঊরি অদুনা অমুক মনাক নকপা উপাল অমদা য়েৎশীল্লগা, অহানবগী ঊবি অদু অমুক থাদোক্লগনি। অসুম্না নাক য়েত্তা হৌরিবা উজাউশিংদা ঊরিনা য়েৎ-য়েৎতূনা, মখাদা পাইথখিদনবা, ব্রানা নুমিৎ কয়ানি চঙনা হীয়াং অদু খজিক খজিক পুথরকপনা চীংখোঙদা চেল্লিবা ঈরিল তুরেলগী মপান তানা পুরমই অমসুং মফমদুদা থমদুনা ঈরিন তুরেননা চাংজৌপানা চেনবা মতম ঙাইদুনা লৈরমই। ঈরিন তুরেলনা নোংজু থাগী মতমদা চাংজৌ পানা চেল্লকপা মতমদা, হীয়াং অদু তুবেলদা চিংথরগা ঈশিং লম্বীদা লিলোং তানা পুরকখি। খমসোমদগী লিলোং ফাওবা ঈবিল তুরেলগী তুরীল মতুংইন্না পুরকপদা, নুমিৎ কয়ামরক্ম চুপ্না অব্রাবা কয়া মাযোক্লদুনা, মৈতৈ অমসুং চীংমীশিংনা পূন্না শরুক য়াখি। লিলোংদগী ইম্ফাল তুরেল মরীলদা হঙ্গৎনা হোনগৎতুনা মোইরাংখোম ফাওবা পুরমই। মোইরাংখোমদগী কোনুংগী থাঙ্গপাৎ তানা চিংদুনা পুবগা হিজগাংদা থমখিবনি। মদু ইংশোক ১৯৩১দনি।

সার চুড়াচান্দ মহাবাজনা হীযাং হিরেন অমা শাগে নীংলকপদি মতম শাংনগী মমাঙদগীনি হায়বসি চৈথারোল কুম্বাবদগী খঙ্‌বা ঙমই। মদুগী প্রমানদি, হীয়াং-হিরেন্না স্নাকেন্নুংদা থুংলবদি ইংশোক ১৯৩১দনি হি থম্নবা হিজগাংদি ১৯২৩ দা শাখ্রবনি।

'ককচিং ফোলসিংগী কুম শক ১৮৪৫-ফাইরেনগী ১০নি ঈবাইদা থাঙ্গবাৎ মপান্দা হিজগাং হৌএ' (চৈথারোল কুম্বাবা)



**১৯৩৩ ইং - হীয়াং হিরেনগী মমিং থোনবা :**

"শকাব্দ ১৮৫৫ লাংবন ৩নি শগোলশেন্দা মহারাজগী স্না খোঙনেৎ হিগী মমিং থোল্লি। অৰাং ফাৎলৌ লাইমকোন্দগী শমু খোঙনা চৎনা ইনদাল্লকপা মৈদিংঙু তুবী ঈশম থৌবা স্না খোঙনেৎ হি পামেল্লক্নী ঈশম চাইবা ৰাকয়ৈ খল্লাং পামশাবা কোলৌ মিংবু চুনৈএ"। (চৈথারোল কুম্বাবা)

ঙসি ম্যুজিয়মদা নৌনা শেমজীল্লগা থিল্লিবা হি অসি শ্রীযুৎ মহারাজ সাব চুড়াচন্দগী " পামেল্লক্নী ঈশম চাইবা" হায়বা হীয়াং হিবেন অদুমকনি। মমিং অসি মহারাজ চুড়াচান্দগী ফম্বাল মিংলেন 'তুবী ঈশম থৌবা' হায়বা অসিদগী লৌদুনা থোনখিবনি।

**অহানবা হীয়াং হিরেন শাবা হৌদোকখিবা :**

লুৰাংশিংনা ইহান হান্না মনিপুরদা হি শাবা হৌদোকখিবনি। খৃষ্টগী তরেৎশুবা শতাব্দীদা লুৰাং নিংথৌ পুন্সিবনা পানবা মতমদা হীয়াং হিরেন শাবা হৌখি। লুৰাং নিংথৌ পুন্সিবা লুৰাং শলাইগী নিংথৌ অমনি অমসুং মহাক্না মনিপুরগী নোংচুপ চীংশাংদা লৈবা লোইজিংগী (মকুবি চীং হায়নসু খঙনৈ) কংলা হৈতুপপোক হায়বা মফমদা পাল্লমই। হীয়াং হিরেন শাখিবগী ৰাবী অসি 'হিজিং-হিবাউ' অমসুং 'হিরেল' কৌবা মৈতৈগী অরিবা পুয়াশিংদা মবীক চুন্না ইরি।

লুৰাং নিংথৌ পুন্সিবনা নোংমা সিংদা তুরেল মপালদা কোয়থোক্লমই। নোংজু থা ওইবা মবম্না তুরেল ইহৌরক্লুনা চাংজৌ পানা চেল্লমই মবম অসিনা মহাক্না তুরেল অদু লানবা ঙম্লমদে। মতমদুদা - মঙোন্দা য়াম্না ঙক্না থোকপা দৃশ্য অমা উরমই। লাংবন কৌজেং চোংবিচা (ফন-ফন চোংবা কৌজেং মচা অমা) মচীন্দা খীকলোই (চরোৎ মখল অমা) অকংবা অমা চীল্লগা, ঈচেল কল্লবা পাক্লবা তুরেল অদু ইরাই-লায়না লাম্থোকখিরমই। দৃশ্য অসিনা লুৰাং নিংথৌ পুন্সিবগী থম্মোইদা

অকনবা ইথিন অমা ফাওহনখি। মতীকচানা চাউবা অকংবা উ অমগী মতেংনা তাইবং মীসু তুরেল অসি ইরায় লায়না লান্থোকপা ঙমগনি হায়বা ৱাখল্লোন অসিনি।

নিংথৌনা কোনুংদা হল্লকলে; অঙম-অথৌ তান্নরে। মাগী মনাই, নুংবান ৱাংমীৎখু খুৎহৈবা - অমসুং লুৱাং ৱাংমনাউ শিনহৈবা অনিদা হি শাবা য়াবা মতীকচানা চাউবা উনিংথৌ থিরুনবা থৌদাং শিন্নরমই। মখুত্তা শীংজং পায়দুনা মীয়াম হৌনা নোংচুপ চীংশাং থুংনা উ থিরপদা কৌবা ইঙেলচীংদা[১] চপচাবা উনিংথৌ অমা থেংনখি। উ অদু য়াল্লগা মফম অদুদা হি শাবমই অমসুং মদুনা মনিপুরগী অহানবা হীয়াং হিরেননি। তলা পামেল ৱাংথোইবা উনিংথৌ অদু মতৌ করম্না য়ানখিবা, য়াল্লবা মতুংদা, উ অদু চিংবা য়াদদুনা লৈববা মতমদা, মতৌ কবম্না চিংলকপা... অসিনচিংবা ৱারী অসি হিজিং-হিরাউ হায়বা পুয়া অদুদা কুপ্না ইদুনা থম্লমই । হিজিং-হিরাউদা ইরি - হীয়াং হিরেন অদু শাবা লোইরবদা, লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবনা হি অদুদা কনাবু ইহান-হান্না তোংহনসিগে হায়না খন্নরমই। মমৈথংদা, মাগী ময়াম্বা পুদাংকোক্ খুৎকোইবনা ওনখিবা শঙাইগী মকোক্ অকংবা অদুবু, ময়াম্বা মকনি শক্লা, হীয়াং হিরেনদা তোংহনখি। শঙাই হায়বা শা অসি পুদাংকোকনা ওনখিবগী শমলপ্পা ৱারিদি - নোংমা পুদাংকোকনা মখুত্তা শঙাই (পযা শিনবা, মখোক শাংবা অথৌবা থাঙ-অতেনবা মখল অমনি) অমা পাযদুনা শুমাঙদা পয়া শিদুনা লৈরিঙৈদা মাগী নুপীনা পাঙদবা নুপানি হায়না থীনা চৈবদা ইকায়মনখ্রদুনা পায়রিবা শঙাই অদুনা মথন্তা মশাগী মঙক ককথৎতুনা শিজরমই অমসুং শঙাই ওন্দুনা



হীয়াং হিরেন্দা থেৎলিবা শঙাই মকোক
*-ফোটো : অইবা*

১। চীং অসি ফৈদিংগা অমসুং তেংদোং যানগী মবক্তা লৈবনি।

চেনখিরমই। পুদাংকোল্লা ওনবা শঙাই অদুনা শিরবা মতমদা, মাগী মকোক অদু নিংথৌনা লৌশীন্দুনা থমখি। মদুগী শঙাই মকোক অকংবা অদুমকনি লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবনা হীয়াং-হিরেনগী হীরুদা থেত্তুনা হীয়াং তান্নখিবা।

হীয়াং-হিরেনগী মকোক্তা থেৎলীবা শা অসি সাধরন প্রজাশিংনা মুন্না খঙদবদগী, 'চীংলাই মকোক' হায়না অদুম কৌনখ্রে। ইংরেজী হৈবা 'পণ্ডিত' খরনা অমুক 'দ্রেগোন' হায়নসু ইবা থেংনৈ। তশেংবদি অনিমক অমত্তা চুমদবা ঙাক্তনি। অচুম্বদি, থেৎলিবসি শঙাই মকোক্কী শক্তমনি। পুয়াগী ৱারি মথক্তা শমল্লনা পঞ্জখ্রে । 'চীংলাই' কৌবা শাসু লৈতে। মনিপুরগী ইতিহাসদা 'দ্রোগোন' গী ৱাখল্লোল লামশিল্লুবা অসি য়াম্না চূনদবা খোঙথাং অমনি। কংলা শাবুসু 'দ্রেগোন' হীয়াং-হিবেনগী মকোকপুসু 'দ্রেগোন' হায়বসি সাহেবশিংনা (বৃটিশগী অইবশিংনা) পোৎশক অসি করিনো মুন্না খঙদবদগী পঙহায় হায়জিল্লম্বনি। তুংদা লাক্কদবা চারোলগীদমক্ রেকোর্দ চুম্না থম্লম্বা তঙায়ফদে।

## খ্বায়দগী অহানবা হীয়াং তান্নখিবা :

পুয়াগী মতুংইন্না মৈত্রবাক্তা ইহান-হান্না লৈবাক হৌনা হীয়াং তান্নখিবা অসি লুৱাংলৈ[২] তুরেলদনি; লুৱাংশিংনা শীনবা কুম্মৈনি। মতম অদুদগী হৌরদুনা অসুম চত্থরকপনা মনিপুরগী নীংথৌশিংগী হীয়াং-হিরেন শাবা মতমদা মচি অনি লোঙবা শঙাই মকোক্লা লৈতেংদুনা লাকখি। হীয়াং হিরেনগী হিনাওগী শরুক্তনা খুমন ক্লাকপা লৈতোমপাম্বগী মকোক থেৎলী। মসিগী মরমদি - মৈতৈ নিংথৌ থৱান থাবগী মতমদা (১১৯৫-১২৩১ ইং) থোকখিবা ইতিহাসিক ওইবা থৌদোক অমগা মরী লৈনৈ। 'থৱান থাবা হিরান' কৌবা পুয়াদা অসুম্না ইরি:- মৈতৈ নিংথৌ থৱান থাবনা পানবা মতমদা মৈতৈশিংগা খুমনশিংগা য়েংথিনবা হৌরকই। থৱানথাবনা

২ তুবেল অসি নোংচুপলোমগী লুৱাংগী লমদগী লমদেং ফাওদুনা চেল্লক্লগা ইবোইশোম্বদা নম্বুল তুবেলদা তাই। তুবেলগী ইতিনফম ঈরোং অসি অশেংবা তীর্থনি হায়না মীয়াম্না ঙসিফাওবা ঈকপ্পবি।





মাগী মচানুপী কায়নৌ চীংখৈথানবীবু, খুমন নিংথৌদা থাজরমই-লৈবাক অনিগী মরক্তা অফবা মরী থম্নবা থৌরাং অমা ওইনা। অদুবু থোইনা কান্নবা লৈখিদে; অহোয়নদুম খুমনশিংনা মৈতৈ নিংথৌবু হাৎনবা থৌরাং তৌরমই। লোন্না ৱা তান্নরবা মতুংদা, খুমন নিংথৌনা মৈতৈ নিংথৌ থৱানথাবদা হৈরেম খুঞ্জানশিংনা য়াম্না ওৎ-নৈবা তৌরে, মখোয়গী মথক্তা লান্দাবীয়ু অমসুং লান ঙমদুনা হল্লকপা মতমদা খুমনগী লমদা পোথাদুনা মতম খরা লৈবিয়ু হায়জরমই। তৌইগুম্বসুং মনুংদা লোন্না-মৈতৈশিংনা হৈরেম খুঞ্জান্দগী হল্লকপদা, খুমনশিংনা লুমদুনা লৈরগা মখোয়গী মথক্তা লান্দাদুনা মৈতৈশিংবু হাৎনবা শরৌ শীল্লমই। মৈতৈশিংনা হৈরেন খুঞ্জানবু ঙমদুনা হল্লকপদা খুমনগী লম য়ৌশিল্লকপদা-থৱানথাবগী মচানুপী, খুমন নিংথৌগী তালোয়না মৈতৈশিংদা চেনখ্রো হায়দুনা মখুৎ খৎত্তুনা ঈঙ্গিৎ তৌরমই। ইঙ্গিৎ ফংবদা মৈতৈশিংনা খোঙলৈ থুনা হি মমায় ওন্দুনা খুমন লমদমগী ময়ুম মায়কৈ পাংলমই। তৌইগুম্বসুং মাঙজৌননা শীন্নখ্রবা লাল্লোং অমগী মতুং ইন্না, খুমনগী অথৌবা ক্বাকপা লৈতোমপাম্বনা থৱানথাবগী হীয়াং অদুগী হীরু পায়দুনা হি ফারমই। মৈতৈগী অথৌবা তাউরিয়া এলাংবনা ক্বাকপনা তৌরিবদু উরদুনা, মহাকপু হি মথক্তা চিংখৎলগা মখুত্তা পায়রিবা নৌ অদুনা মঙক কক্তুনা হাৎলম্মী। অদুগী তুংদা ক্বাকপগী অককপা মকোক অদু হি মায়দা থেৎলগা, মৈতৈনা খুমনবু মায়থীবা পীরে হায়বা উৎপা ওইনা, হি হোল্লগা লাক্লমই; মরৈবাক মৈতৈ লমদম পাংলকখি।

মৈতৈগী ইতিহাসগী থৌদোক অসি নীংশিংনবা মশক ওইনা, হীয়াং হিরেনগী হিনাউদা মী মকোক অমা উনা শারগা থেৎপা অসি মতুংদা চৎনদুনা লাকখি। মতৌ অসুম্না হীয়াং হিরেন অমা শাবদা তঙাইফদনা য়াওগদবসি হিগী হীরুদা শঙাইগী মকোক অমসুং হিনাউদা খুমন ক্বাকপগী মহুৎশিন্দুনা, উনা শাবা মী মকোক অমা থেৎপা অসিনি।

## হীয়াং হিরেন করিনো ?

থায়না মমাংঙৈদা মনিপুরগী মফম অমদগী অমদা চৎনবা অমসুং পোৎচৈ পুথোক পুশিন তৌনবা লম্বী লৈরমদে; ঈশিং লম্বীদা হি তোংদুনা চৎপা/ পুবা নত্তনা অতৈ পাম্বে লৈতে। মরম অসিনা হি অমগী কান্নবা থাদুনা লোইবা নাইদে। লানগী মতমদসু হিনা অচৌবা থৌদাং লৌরমই। মোইরাং অমসুং খুমনশিংনা লোক্তাক মপান্দা খুন্দাবা মরম্না হি হোনবা য়াম্না হৈরমই অমসুং ঈশিংগী লাল মতমদা মখোয়না মৈতৈশিংবু তত্তনা মায়থীবা পীরমই। মরম অসিনা মৈতৈশিংসু হি শীজীন্নবা খুৎলোয়নবা, হীয়াং তান্নবা অসি শান্নবা মখল অমা অমসুং হৈশিংবা তান্নবা অমা ওইনা পূক্লিং থৌগৎলমই। অসিগী মথক্তা, মৈতৈশিংনা হীয়াং হিরেন অসি ধর্ম্মগা মরী লৈনবা থৌরম কয়াদা শীজীন্নরমই হায়বসি 'থাবোই নোংখাইরোন' অমসুং



**লোক্তাক্তা পাখংবা ওন্দুনা লুপ্তুনা লৈরিবা মহারাজ গরিবনিৱাজগী হীয়াং হিরেন।**

'চেংলৈরোন্নচিংবা' অবিবা পুয়াশিংদগী খঙবা ঙমই। মৈতৈ নীংথৌশিংনা হীয়াং হিরেন তোংদুনা হিয়াংগৈ কুম্বাবা অমসুং লাংবন লাইশা তানবা হায়বা কুম্মৈ কয়া পাংথোক্লরমই। নীংথৌনা হীয়াং কুম্মৈ তৌদুনা লৈবাক্কী খুঙ্গাউ লৈচাওনবা চহি খুদিংগী হিয়াংগৈ অমসুং লাংবন থাদা হীয়াং তান্নরমই।

মৈতৈশিংগী থাজবা মতুং ইন্না, মহারাজ গরিবনিৱাজগী সনা

খুনেৎ হীয়াং হিরেন অদুনা তাওদিং স্না পাখংবা ঈশম চাইবা হিরেন হায়বা পাখংবগী শাইওন লৌরগা কারাং লোক্তাক কফুৎ ইরেন্দা তুবি পাখংবা চিংলাই পাখংবগা তিন্নদুনা, তাওদিং স্না পাখংবা ইশম চাইবা হিরেনস্না কৌদুনা হৌজিক ফাওবা লোক্তাক্কী কারাং চীংলক্তা লৈবনি। শমলপ্পা ৱাবীদা - গরিবনিৱাজ নিংথৌগী সনা খুৎনেৎ হিনি। পিশুম চিংদা হৌবা লৌযাম্বা লৈনা শাবা হিয়াং হিরেন্নি। পিশুম চিংয়া, মোংবা কংলা য়াথোকফম ইরেন মপান্দা হৌবা উনা হীয়াং হিরেন শাবনি। থাঙ্গ করাং চিং য়ৌরুবগা হিগারকপদা হিয়াংথাং য়ৌরগা কোনুং য়ৌবা য়াদ্রে, চরাং শগুপ শাইরক্লদুনা তন্না করাং লোক্তাক কফুৎ ইরেন্দা তুবি পাখংবা চিংলাই পাখংবগা তিন্নদুনা লোক্তাক ইরোংন্নুংদা লুপ্তুনা লৈখি[৩]।

হীয়াং হিবেনবু মৈতৈশিংনা পাখংবমক্লি হায়না লুনা খল্লি: ইবাৎনৈ। হীয়াং তান্নবা হৌদ্রিডৈ মমাঙদা মাইবা মাইবীনা হীয়াং হিরেন অদুগী মমাঙদা ইবাৎ পুজা তৌদুনা পাখংবগী শক্তি চেন্নবা লাইবোন কযা



**লোক্তাক্তা লুপ্তুনা লৈরিবা মহারাজ গরিবনিৱাজগী স্না খোঙনেৎ হিং**

শোল্লি। হীয়াং তান্নবা লোইরগা হিজগাংদা থম্বা মতমদসু লাইনীং লাইশোনগা লোয়ননা য়াম্না কিনা লুনা থমই -হীয়াং -হিবেন নঙনা ঈংনা

৩ শলাই শকোক্

চীক্লা হীজগাংদা চহি চূপ্পা পোত্থাদুনা লৈবগুম লৈবাক অসি ঈংনা চীক্লা পানবা ওইহনবীয়ু হায়না থৌনিজৈ। মরম অসিনা হীয়াং হায়বসি অচম্বা হি নত্তে; মৈতৈশিংনা মসিবু লাইমক্লি খন্না কিনৈ। মৈতৈশিংগী থাজবা মতুং ইন্না-নোংচুদবা মরম্না কুম কাংবা মতমদা হীয়াং হিরেন থাঙ্গপাত্তা থাদরবদি নোং চুগনি হায়না থাজনৈ। (সোর্স : মনিপুর ষ্টেট ম্যুজিয়মনা ফোংবা 'হীয়াং হিরেন')

মৈতৈশিংনা থাজনবা ৱারী লৈ, গারিবনিৱাজ স্না খুৎনেৎহি তোংলোংঙম্বা হি মতৈ-মনাউ হি অনি লোক্তাক খোংজিন্দা হৌজিক ইকা-ইকুম শান্নদনা লৈরিএ। গরিবনিৱাজ শামশাই খুরাই লাকপনা নোঙ্গাখ্রবা মতুংদা স্না কোনুং হিজগাংদগী লোক্তাক খোংজিন য়ৌনা মতোমতা কুমথখিদনা হৌজিক ফাওবা লৈরিএ।

অঙকপনি, মৈতৈশিংনা হীয়াং-হিরেনবু লুনা খঞ্জবা অসিদি।



**খুমন নিংথৌগী হীয়াং**

মতমগী মতুংইন্না হীয়াং-হিরেন পূন্বা পাখংবগী শকলোন লৌরকখি। ঐখোয়গী থাজবা মতুংইন্না হীয়াং হিরেন কয়া লাইওইদুনা লোক্তাক্তা লুপ্তুনা লৈরি। (শলাই শকোক পুরান)

পাখংবনা মনিপুরগী নিংথৌরেন পিগে হায়দুনা শলাই ৭কী নিংথৌশিংদা নোংমদা জীব ৫ পীয়ু হায়রুবদা ঙমদ্রবদা খুমন নিংথৌদা

হায়রুবদা খুমন নিংথৌনা থৌওইদনা তৌরকপদা পাখংবনা শাউদুনা তেরা মরুবু পান্নি হায়না পিজদুনা ঙাওরদুনা হীয়াং হিরেন তোংদুনা খুমন নিংথৌ কারকপদা নোংপোক চিংদা য়েশিন্দুনা হিনা নুং ওইখ্রে মশানা শিখ্রে। হৈপোক চিংয়া তময়াদা ৱাকয়ৈ হিরাওখোল তানৈএ। চৎলি শান্নেএ খুমন পোকপনি। খুমন নিংথৌগী নুংগী হিনি খংও। লোক্তোক হিগারকপনা হিয়াংথাং মমাংগী হৈপোক চিংদা হিথাংখিএ। হৌজিক ফাওবা খুমনগী নুংনি উপতুনা লৈরিএ চিংয়া নোংপোক থংবদা-উনরগা লাইচুইএ[৪]।

হীয়াং তান্নবা হায়বা অসিনা মৈতৈশিংগী খ্বায়দগী চাউবা মীয়াম তিনবা অমসুং মীয়াম্না পাম্নবা কুম্মৈ অমা ওইরমই। হীয়াং তান্নবসি তুরেনদা তান্নদে নীংথৌনা মাগী কোনুংগী অকোয়বদা থাঙ্গপাৎ চাউনা তৌদুনা হীয়াং তান্ননবা শেম্লমই। হীয়াংদা তিনবা মীয়াম অমসুং মীয়ামগী ইরাং অঙকপনি। করি অমুক হায়গনি হীয়াং তান্নবা হায়বা কুম্মৈ অসিদগী মনিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা ৱাহৈ কয়া, প্রমান-পান্থৈ কয়া শীজীন্নবা হৌরকখি। খুদম ওইনা - মতাং চাদনা মী অমনা শম্নদবা ৱা অমা ঙাংলকপদা 'হীয়াং তান্নরিঙৈদা তুম্বাগী শেল থৌবা' হায়না প্রমান তৌনৈ। মতৌ অদুগুম্না মী যাম্না তিনবা কুম্মৈবু 'হীয়াং কুম্মৈদু' মঙায়রে। হীয়াংদা তিনবা মীয়াম অসি মনিপুরগী লৈজবা মী পুম্বা লোইনা থোরক্কুনা হীয়াং য়েংবগুম্না তৌই। মরম অসিদগী 'মী অসি হীয়াংদা ফাওবা উদ্রি' হায়বা প্রমান অসি মৈতৈরোলগী সাহিত্যদা থোরকখি মরমদি হীয়াংদদি মী পুম্নমক লোইনা অমগা-অমগা উন্নবগী তাঞ্জা ফংই। হীয়াং নুমিত্তা উদ্রবা মী অদুদি স্বাইগী মীওই ওইরম্লরোই নত্রগা অমুক্তা উদ্রি হায়বগী অর্থনি। হীয়াং তান্নবদগী মৈতৈগী থাবান্দা হিয়াংঙ্গৈ হায়বা ৱাহৈ অসি থোরকখি মরমদি হীয়াঙ্গৈ থা অসিদা, চহি খুদিংগী হীয়াং তান্নবগী কুম্মৈ পাঙথোকই।



৪ শলাই শকোক্

# কংলা

ভারতগী প্রধান মন্ত্রীনা নভেম্বর ২০০৪ ইংদা মনিপুরদা লাক্কুনা চহি ১০০ হেন্না মতমশাংনা আসাম রাইফলগী মখুত্তা লৈরুরবা ইতিহাসিক ওইরবা মনিপুরগী কংলাবু, প্রজাদা খুৎশিন্নবিরমই। মহাক্না শিন্নরম্বা কংলাগী লমদি শুপ্নগী একর ২৩৬.৮৪ খক্তনি। তৌইগুম্বসুং বৃটিসশিংনা কংলা চঙদ্রিঙৈ মমাঙদদি কংলাগী পাকচাউবসি মাইল ৪ না কোয়বা ওইরমই। প্রধান মন্ত্রীনা শিন্নরম্লিবা একর ২৩৬.৮৪ অসিদি ফোর আসাম রাইফলগী সিমানা হায়বনা চূনগনি। মসিবু কংলাগী ঙমখৈনি হায়রবদি তুংদা লাক্কদবা চারোলনা লান্না লৌখিবা য়াবগী অকিবা লৈরে অমসুং অশেংবা রেকোর্দশিং মীমাঙদা নৌহৌননা উৎপা মথৌ তারে।

এংলো-মনিপুর ৱার ১৮৯১দা ইংরেজশিংনা মায় পাক্কুনা, এপ্রিল ২৭দা কংলা চঙখি। মনীং তম্বা মনিপুরগী পাখংবগী পাফল-য়েকপা ফিরালদু চিংথরগা, বৃটিশগী ইউনিয়ন জেক পাইবা হৌখি। ইংরেজ





অফিসার মঙা শা মমাঙদা মৈতৈশিংনা মঙক কক্তুনা হাৎখিবগী মলোম অমা মপূক্তা ফুম্লগা মায়থীরবা মৈতৈশিংগী মথক্তা বৃটিশশিংনা প্যানিতিব ফাইন তৌবমই। নিংথৌগী পুক্কে লনগৈদা ফাইন অসি পীনিংঙাই মতীক চাবা শেল লৈতবদগী, মনিপুর সনা কোনুংগী মাল-চাং পুম্বা নিলাম তৌদুনা যোল্লমই। নিলাম তৌখিবা পোৎ ময়ামগী মনুংদা - শ্রীগোবিন্দগী মন্দিরদা কৃপ্লম্বা তবোপ্লী সনা মপাক অমসুং মন্দিরদা থারম্বা জয়পুরগী মার্বল (নুংঙৌ মপাক) ময়াম অদু ফক্তোক্লগা ইংশোক ১৮৯৭, হিয়াংঙৈগী ২১নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিত্তা নিলাম তৌদুনা যোনখি (চৈথারোল কুম্বাবা)। মার্বল মপাকশিং অদু চন্দ্রকির্তি মহারাজগী সনা হাকতক্তা, জয়পুরদগী পুরক্লগা, তোংজৈ মবীলদা কোকথোংদা মনিপুর য়ৌশিল্লকখিবনি। (নিলাম অদুদা বাবু রামলাল পালনা জয়পুর মার্বলশিং অমসুং সনা তবোপ্লী মপাক মখৈ নিলাম ওকখি। ঙসি কৈশামথোংদা লৈরিবা রামলাল পালগী মন্দিরসিদা কুপ্লিবা সনা মপাকশিং অমসুং থারিবা নুঙৌ মপাকশিং অসি বৃটিশ সরকারদগী নিলামদা ওকহৌবনি)।

মসিনসু লোইদ্রি। মায়থীরবা মৈতৈগী মথক্তা বৃটিশিংনা পীখিবা দণ্ডি। মতমশাংনা মৈতৈ জাতি অসি তোপ্থনা লৈহন্নবা অমসুং মপুক্লিংদা অকিবা পোকহন্নবা অমসুং সাম্রাজ্যবাদীগী মঙক কনবা কা-হেনবা শক্তি ফৃদোক্লবা থৌরাং ওইনা, বড়লাটকী (ভাইসরোই) হুকুম লাকখি: কংলাগী শরুক খরা থুগাইদুনা মাঙহল্ল (Destroy part of the Palace) হায়না। কংলা হায়বদি কোনুংবু খঙনৈ - মোইরাং কংলা, খুমন



**থুগাইরবা কংলাগী চেকপলগী শরুক খরা**

*ফোটো : অইবা*

কংলা, মৈতৈ কংলা.... অসিনচিংবা। হুকুম অদুগী মতুংইন্না কংলাগী অকোয়বদা খারম্বা চেকপন পূম্বা থুগাইদুনা মাঙহনখি; কংলাগী শরুক পিশক-পীক্লা থমখি। কংলা মনুংদা লৈরম্বা ফুরা দলাল কয়াসু থুগাইখি তৌইগুম্বসুং শ্রীগোবিন্দগী মন্দিরদি থুগাইখিদে। মসিগী য়াম্না নুঙাইবা মরম অমা লৈরি; মন্দিরনি হায়বগী থুগাইদবা নত্তে। বৃটিশশিংনা মন্দির অসি লাইব্রেরী ওইরবোই নীংলমই মরমদি মন্দির মনুংদা হিন্দু ধর্ম্মগী মরি লৈনবা বেদ-বেদান্ত, শ্রীমদ ভাগবত নচিংবা লাইরিক ময়াম অমা লৈবা উবদগী মখোয়না শঙ্ অদু লাইব্রেরী ওইববোই নীংখি। বৃটিশগী বেকোর্দ মতুং ইন্না - শঙ্ অতৈ লোইনা থুগাইবগা লাইব্রেরী ওইরবোই নীংদুনা, শ্রীগোবিন্দগী মন্দিবদি থুগাইখিদে। মসিমক বৃটিশশিংনা লাইবিক অমসুং লাইব্রেরীবু লুনা নুংশিনা খনবগে হাযবদুগী লাবব৷ খুদমনি অমসুং মখোযগী লমচৎ অসি লাইব্রেবী মৈ থাবা ঙম্বা মৈতৈশিংদুনা তমজনিংঙাই মশক ওই। মতমদুদা কংলাগী শক্তমদি বৃটিশগী রেকৌর্দ মতুংইন্না,



কংলাদা লৈরিবা গোবীন্দগী মন্দির

*ফোটো : অইবা*

চেকপন্না মায়কৈ মবি পূমকোয়-কোয়শীল্লমই অমসুং নাকল অমমমগী অশাংবনা মাইল অমমমনি। মদুগী অকোয়বদনা অমুক থাঙ্গপাৎ তৌদুনা থম্লমই। "The Pat or enclosure consists of a masonry wall enclosing a square of a mile on each side"(Gazeteer of Manipur by Capt. Dun) মতমদুগী কংলাগী ঙমখৈ কদাই য়ৌরম্বগে হায়বদু হঙ্গৎনা অমুক্তং য়েংসি; নোংচুপ থোঙ্, হৌজিক গান্ধী মেমোবিয়েল হোলগী মায়োক্লবদা লৈরিবা, অসিদগী মখা পাংনা নিত্যাইপাৎ চুথেক্

ফাওবা চৎলগা অমুক নোংপোক পাংনা হাইগৎখিদুনা ইম্ফাল তুরেল (শঞ্জেনথোং) লাল্লগা অসুম-অসুম অফিসার কোলোনিগী মমাঙ্ চুড়াচান্দ হায়স্কুল অমসুং অফিসার কোলোনিগী মমাঙ্ চৎখিবনা রাজা ডুম্ব্রা হায়স্কুল অমসুং নাম্বম চুথেক্কী মনাক য়ৌবমই। নোংমৈবুংদগী কংলাগী বাউন্দরী অদুনা অৱাং পাংনা অমকু হাইগৎখিবনা খুবাই সোইবম লৈকায়গী মনীং, হৌজিক কৌনা হৌরিবা অকূৎপা থাঙ্গপাৎ মরিলদু লাল্লগা লাকপনা মিনুথোং হাট্রা য়ৌরগা অমুক মমায নোংচুপ ওন্দুনা লাকপনা ইম্ফাল তুরেল অমসুং কেক্রু পাৎ লাল্লগা। হৌজিক্কি পি:দব্লিউ:দি: মমাঙ য়ৌরকখি। মফমদুদা থেকচিন্দুনা মমায় মখা পাংনা লাকপনা নোংচুপ থোঙ্ য়ৌবা ফাওবসি কংলাগী ঙমখৈ ওইরমই। অকোয়বদা তৌরম্বা থাঙ্গপাৎ লৈরম্বগী খুদম ঙসি ফাওবা মীয়াম্না উবা ফংলি। চেকপনদি থুগাইখ্রে অদুবু চেকপন খারমই হায়বগী চপচাবা প্রমান ফংনবা, ইংশোক ১৯৯০দা,ঙসি মিনুংথোংগী মুশ্লিম ৱার সীমিত্রি লৈরিবা অসিগী শম্বল ময়াদা লৈপাক তৌদুনা (excavation ) য়েংবদা, চেকপনগী ফাউন্দেশন লৈরম্বা থেংনখি।

কংলাগী চেকপন থুগাইখ্রবা তুংদদি অহাঙবা মফমশিং পুম্নমক অদু ঙসিদি লোইনা মী তাশিনখ্রে। অরিবা থাঙ্গপাৎকী খোংলমদা ফুনজিল্লগা লম খোপ্পা হৌনখ্রে। মনিপুরগী কংলাগী অবিবা শক্তম হঞ্জিনহনসি হায়রবদি মহৌশানা লৈজরম্বা ঙমখৈ অদুমক্ অথুবা মতমদা চেকপন খাজিল্লগা অকোয়বগী থাঙ্গপাৎ অদু অমুক হন্না তৌথোক্লুনা থম্বনা-ইতিহসগী শক্তম কনবগী অচুম্বা খোঙথাং ওইগনি।

## কংলাগী য়েন্থৌঙৈগী শক্তম : নুংজেং

ইতিহাসকী অঙনবা মতম, খৃষ্টনা পোক্ত্রিঙৈ চহি লীশিং অনিগী মমাঙদা কংলানা লৈরিবা মফম অসি চীংনি - পুরুম খোঙনেম চীং



**নুংজেং পুখ্রিগী হৌজিক ওইরিবা শক্তম।**

*ফোটো : অইবা*

কৌরমই। 'খোঙনেম' হায়না কৌরল্লিবসিগী মরমদি পঙৱাং-ৱাংদবা চীং ওইরম্বা তাই। কংলৈপাক অসি ঈশিংনা চোন্না লৈরম্বদগী ইহান-হান্না কংবা মফমনি হায়দনা কংলা হায়না কৌখি। কংলাগী অতোপ্পা মমিংশিংদি কংলৈ ময়াই সুপতোং পাল, চাইবী পুং, চাইবী খুলতা পৃং নত্রগা লাংকোই শারোক পৃং হায়নসু কৌই।

কংলাগী ঙমখৈনুংদা লৈখ্রিবা লাইফম ময়াম অসিগী মনুংদা থোইদোক্লা শীংথানীংঙাই ওইবদি নুংজেং হায়রিবা লাইফম অসিনি হায়না লৌবা য়াই। অরিবা পুয়াশিংদা নুংজেং পাৎ হায়না ইরমই; পুখ্রি কৌবসিদি অথেঙ্বা মতমদনি। পাৎ অসিনা মতমগী মতুং ইন্না পীকশল্লকপদগী নুংজেং পুখ্রি হায়না খঙনখ্রে। পাখংবনা নুংজেং মনুংদা লৈ হায়না মৈতৈশিংনা চেৎনা থাজনবগী মবম্না, লাইফম অসিবু থোইদোক্লা অশেংবা অমসুং মতিক ময়াই লৈবনি হায়না লৌনরি। কংলাদা মনিপুরগী কোনুং ওইরিঙৈ মতমদা পাখংবগী লাইশংদি নুংজেং মনাক্তা লৈরমই। চপচাবা মফম মক্তি খঙবা ঙমদরে, তৌইগুম্বসুং বৃটিশশিংগী রেকোর্দ মতুংইন্না কংলা শাদগী নুংজেং লোমদা গজ ৪০ চৎলগা পাখঙবগী ফুরা লৈবমই হায়না ইদুনা থম্লমই। য়েহ্লৌঙৈগী মতমদা নুংজেং অসি পাৎ অমা ওইনা লৈরমই। চীংগী মনাক্তা পাৎ লৈবা হায়বসি হৌনশানি। কংলাগী চীংশাংনাপোম ৭(তরেৎ)তগী ঈরম তবেৎ খোংলম ৯ (মাপল)চেন্থরমই হায়না পুয়াদা ইরি; খাখোং,

লাইখোং, মরাঙ খোং, লিলহাখোং, ফিশুখোং, চরোইখোং অমসুং য়াম্বীখোং কৌই। খোংশিং অসিগী ঈশিংনা নুংজেং পাৎত্তা তারমই। কংলাদগী চেন্থরকপা খোংলম মবীন অমদি হৌজিক ইম্ফাল জেলগী নোংচুপ্তগী চেন্থরকপনা কৈশামথোং, লাইশোম লৈরক-অহৈবম লৈরক অসিগী ময়াইদা চেল্লক্তুনা মথং-মথং ব্রাইশেল মরিলগা শম্নখিদুনা - লোক্তাক য়ৌখিরমই। ঙসিদি খোং অসিগী ঈচেল নম্বুল তুরেলনা থৎখ্রে। তৌইগুম্বসুং নম্বুল তুরেলনা ঙসি কৈশামপাৎ, কৈশামথোং , চীংঙা পিশুম চীংখোংদা ঙাথু-থেংথুদুনা চেল্লবসি মমাঙঙৈগী মতমদা মফম অসিদা চেল্লম্বা নত্তে-কাইনথঙদা তৌবা খুৎশেমগী তুরেল খোংলমনি। কংলাগা নক্লবা ঈশিং লম্বী অমগী তঙাইফদবা অমা লৈবকপদগী, নম্বুল তুবেল অসি তাকয়েলদগী কংলাগী মনাক, হৌজিক্কি থোং নম্বোনবী অসি তানা থৈরকপনি। ঙসিসু মীয়াম্না থোং নম্বোনবী মথক্তা লেপ্লগা মায়ওন মখা পাংনা য়েংখিবা মতমদা নম্বুল তুরেল অসি থৌরি লীশাং তাবগুম্না চুমদ্রিংনা চেনবা উবিগনি। খুৎশেমগী খোংলমনি হায়বদুক ময়েক লানা পুক্লিংদা শোয়দনা ফাওগনি। নম্বুল তুরেলনা মতৌঅসুম্না চৎথোক চৎশিনগী য়াম্না মরূ ওইবা ঈশিং-লম্বী ওইদুনা লাকখি। চাউর-চাউরবা হি কয়ানা নম্বুলদা হোন্থরগা ময়াং ইম্ফালদা তাদুনা লোক্তাক্ য়ৌরমই; মোইরাং ফাওবা চৎলমই। অমুক ময়াং ইম্ফাল লোমদগী শীংঙুৎ, ই অমসুং চফু নচিংবা ললোনপোৎ কযানা হিমাই চোন্না হাপ্লবা হিজাও কয়া ইম্ফালগী খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল য়ৌনা লাক্লমই; কুইদ্রি। ঙসিদি অদুগুম্বা শক্তম অদু পুম্মাঙ মাঙখ্রে।

কংলানা ময়ায়দা চীং ওইনা লৈরগা অকোয়বা অসি পাৎকী-

পাৎ ঙাক্তা লৈরমই - নুংজেং পাৎ, কেক্রুপাৎ, পোরোমপাৎ, হীচম যাইচম পাৎ, য়ারল পাৎ, সনাপাৎ, তাকয়েল পাৎ, লম্ফেল পাৎ, লাইরেন পাৎ, অকাম পাৎ, কৈশামপাৎ,ঊফোঙ পাৎ, (হৌজিক্কী কৈশামথোং).. অসিনচিংবা। চহি ১০০ ফাদ্রিবা ৱারিনি - কৈশামথোং তোপ লৈরক্তা লৈরিবা পাৎথবী অসি(ঙসিদি মমিংতা ঙাইরে)। ঊফোং পাৎকা নম্বুলগা শম্নরগা ৱায়শেল মরীন্দা চেনখিদুনা লোক্তাক য়ৌবম্বনি। মতমদুদা পাৎথবী অসিদা ঈন চিংবদা শরেং, ঙানোয়, থরাক, খাবক্, পেঙবানচিংবা ঙা লক্লমই হাযনা অহল লম্মনশিংনা ৱাবি তৌবীরমই। মসিনি কংলাগী য়েলহৌঙৈগী শক্তমদি।

পাখংবনা পৃথ্রি অসিগী লাইজ ঈরোন নুংদা লেঙদনা লৈ থাজনবদগী, নুংজেং অসিনা খ্বাযদগী অকুবা অসুং মীয়াম্না খ্বায়দগী কিনবা লাইফম ওইবি। থাজবা অসি অসুক্কী মতীক্ হকচীন্না থাজখ্রে - চহি লিশিং কয়া লীশাং-শিংনা মৈতৈশিংগী ঈ অমসুং লুতোংদা চঙখ্রবা থাজবনি। কৈদৌনুংদা মুথৎপা ঙম্লবোই। নুংজেং পুথ্রি অসি কয়াগী মতীক্ কিনবগে হায়বদুগী খুদম - মাইবা-মাইবী থবা নত্তনা মীচম প্রজা অমত্তনা পুখ্রি ময়ায যৌনা কুমদে; কুম্বা ঙমদে; কিনৈ।কবিনো কিরিবা পোৎ অদু হাযবসু খঙদে-পঙকিদা কি! মসিনি নুংজেংগী মগুন ! ঙসি ফাওবা নিংথৌজা শলাইগী অপোকপা খুকুম্বদা নুংজেংগী শেংলবা ঈশিং অসি য়াওদবা যাদে। লাই হরাউবা মতমদসু, নুংজেংদগী লাই-ঈকৌবগী ঈবাৎ-থৌনিগী হৌনবী পূম্বা পাঙথোক্লরি। নুংগী অর্থদি - নুংজেং মনুংদা পাখংবা লৈ থাজবদগীনি। পুখ্রি অসিদগী ঈরাৎ থৌনিগীদমক ঈশিং শোকপা তারগসু -মপান্দগী লাম্লগা শোকনৈ; কনাসু পুখ্রি কুম্নদে।

নিংথৌনা পাখংবা থৌনিবা অমসুং ঈরাৎ পুজা তৌবা মতমদা নুংজেংদা পাঙথোক্লরমই। নিংথৌশিংতনা পাঙথোকপা য়াবা, মীচম প্রজা অতৈদদি অথিংবা থম্বা, 'পাখংবা ফুহিং' লাকপা হায়বা পাখংবা ঈরাৎনবা পুজা মখল অমা লৈ। মসিবু পাঙথোক্লবদি অপাম্বা বড় নিজবদা শোয়দনা ফংই হায়না মৈতৈশিংনা চেৎনা থাজনৈ। কনাগুম্বা মীচম প্রজা অমনা লোন্না পাঙথোক্লম্বা থেংনরবদি নিংথৌশেম্বগী মরান্দা অহকপা দণ্ডি ফংই। 'ফুহিং' হায়বদি মৈ ঈক্রিবা চফু অহিংববু খণ্ডনৈ। মাইবশিংনা মীচীক মীরাউখোন তাখিদ্রবা থেঙলবা অহিং নোংযাইদা নুংজেং পুখ্রি মযায় তানা চৎলগা, ঈশিং-মনুংদা লূপ্লগা, নুংজেংদা লৈবিবা পাখংবা অদুদা ফুহিং কৎত্তুনা ঈরাৎ পুজা তৌববু ফুহিং লাকপা কৌই। নুংদা মবম অসি লৈবগীদমক্ চফূ অহিংবা অসি কৈথেন্দা ফোংনা য়োনবা য়াদে; নিংথৌগী যাথংনা অথিংবা থমই। লোন্না-লোন্না হুরান্দুনা পাঙথোক্লবা ঙাকনি। ফুহিং লাকপগা খয়োম লাকপগা খেন্নে। খযোমদি পুখ্রি মপান্দা লাকপনি। ফুহিং লাকপনা পুখ্রি ময়ায়দা, ঈশিং মনুংদা লুপ্লগা পাঙথোকপা পাখংববু থৌনিজবা ঈরাৎ পুজা মখল অমনি। নুংজেংদা পাখংবদা ফুহিং লাকপগী থৌরম অসি ইকুই-কুইদনা সার চুড়াচান্দ মহাবাজগী সনা হাক্তক ফাওবা চৎথরম্বগী ব্লারোল, চৈথাবোল কুম্বাবদা থেংনৈ।

কংলা অমসুং নুংজেং পাৎনা লৈরক্লিবসি চাউরাক্লা চহি কয়ারোম শুরবগে ? ব্রাহং অসিগী পাউখুম ওইনা-চহি লিশিং অনিরোমগী মমাঙদগীনি হায়বদা কায়দে। খৃষ্টনা পোক্ত্রিঙৈ চহি চা কয়াগী মমাঙদগী লৈরক্লে হায়বসি মৈতৈগী পুয়াশিংনা শাক্ষিনি। নিংথৌজা শলাইনা পান্দ্রিঙৈ মমাঙদা কংলাদা খাবশিংনা হান্না পাল্লমই। নোংদা লাইরেন

পাখংবনা খাবা নোংজেনবগা লান শোক্লবদা খাবনা ঙমদুনা পাখংবনা মোইরাংদা চেনখি। মফম অদুদা লৈরিঙৈদা মহাক্না নুপী অমা লৌদুনা মচা নুপা অনি পোক্লমই। ঙসি ফাওবা মহাক্কী চাবোল-শুরোল মোইরাংদা লৈরি (মখোয়দি মোইবাং ওইজরবশু, নিংথৌজা সলাইগা চারৌ-মৌরৌনবা য়াদে) পাখংবনা লাঞ্জেন্দুনা লৈরগা, মফমদুগী মী খোম্লগা অমুক হন্না খাবা নোংজেনবগী মথক্তা কংলাদা লান্দারমই। লান অদুদা মোইরাং নুপা অমনা তেন্না থাদুনা খাবা নোংজেনববু হাৎলগা নোংদা লাইরেন পাখংবনা অমুক হন্না কংলাদা নিংথৌ ওইখি। ইতিহাসকারশিংগী মতুং ইন্না পাখংবনা ফম্বাল তোংবা অসি খৃষ্টগী চিহ ৩৩ শুবা (থার্তি থ্রী এ: দি: হায়না মীযাম্না অদু শীজীন্নখ্রে) দনি হায়না লৌনরি। খাবশিংনা কংলাদা পাল্লম্বদি ৩৩ এ:দি:গী মমাঙদনি। "খাবা সনসেনবগা ঙানবা নহা সনঙাকপগনা শীংনাংনা থোংখোঙ ওই, খীকলোয়না থোংপাক ওইনা-থোং শাইএ। খাবা সোকচ্রোংবা কংলৈ লৈবাক মপানা, পামেলনা থোংখোঙ ওই তমসু চানেৎনা থোংশাই খাবা সনসেনথোং-ও কৌএ"। (তোবৈরোল লম্বুবা)। খাবশিংনা-খাবা নুংজেং ইকোন (নুংজেং পাৎ) মথক্তা হি তোংদুনা লাল্লমই হাযবা ব্রারোল পুযাদা থেংনৈ।

খাবশিংনা কংলাদা পান্দ্রিবঙৈদা নিথৌজাশিংনা মতেক-মতেক ওইনা মতম খরা পানখিরমই। পানখিবশিং পুন্নমক্ লোইনা পাখংবা কৌই মরমদি পাখংবা হাযবসি মী মমিং নত্তে - শায়োন ওইনা লৌনরমই। নিংথৌরোল লম্বুবদা ইরি - পাখংবা হায়বসি মরি শুই। কংলাদা খ্বায়দগী ইহান হান্না পানখিবা পাখংবদি লৈনুং লোঞ্জা অরিবা কৌই; মহাক্কী তালোয়না হৈওইনুনি। অনিশুবা পাখংবনা লোলাং পাখংবা হায়না খঙনৈ;

মহাক্কী তালোয়না য়াইবী লৈমনি। অহুমশুবা পাখংবগী মমিংনা তাঙজা লিলহা পাখংবা কৌই; মহাক্কী তালোয়না হঙোই কোন্দেং নূরাবীনি। মরিশুবা পাখংবদি নোংদা লাইরেন পাখংবা কৌই। মহাক্কা মৈতৈ চনু লাইশ্রা (লাইস্না) পান্নদুনা খুয়োই তোম্পোক পোকই। ঙসিগী নিংথৌজা শলাই অসি মহাক্কী ধারা-নালানি। মতৌ অসুম্না শাংলবা কংলাগী ইতিহাসগা শাগোন্নদুনা লাক্লবা নুংজেং পাৎনি।

নুংজেং পাৎপু লাইশ্রা লোংখোন পাৎ হায়নসু কৌই। মতাংসিদা য়াম্না নুংশিখ্রবা লিরবা পুয়াগী ৱারি অমা লৈখ্রি। ঙসি মৈতৈ পুন্নমক্কা নুংজেং পুখ্রি হেক উবমক্তদা লাইশ্রানা নুংজেং পাৎতা লোংখোনবগী পুৱারীবু খঙহৌদনা নীংশীংহল্লি। কংলৈরোলগা তৎন থানবা য়াদনা, মৈনাৱায তাংনা শম, লাইশ্রানা লোংখোনবগী ৱারিনা কংলৈ হরাউবগী মপূং ওইবা থৌরম ওইদুনা লাক্লি। লাইহরাউবা লোইশিল্লকপদা মাইবীশিংনা লোংখোনবগী জগোই অসি নুমিৎ খূদিং য়াওদবা য়াদবা, তঙাই ফদবা শরূক অমা ওইনা লৈরি। মাইবীশিংনা লায়নীংথৌ লাইরেম্মগী থৱাই-মিবু লোংনা খোঞ্জিল্লগা নুমিৎ খূদিং লাইনুংদা পুশিনবগী থৌরম অসি তঙাই ফদনা যাওদবা য়াদবা শরূক অমনি। পুয়াগী ৱাবিদি-লাইশ্রানা ফৌ ফৌরম্নগা থবক ঈনখাং অতৈ-অতৈ নোম্বা চৎখিরমই। পাখংবনা তাঙজা লিনগী শক্তম লৌরগা লাইশ্রানা ফৌরম্বা ফৌ অদু ওৎলমই। ইবুংঙো মহাক্তি খোইযুম লাইগী গুন চেনবা, অচিং মীওইবা, নুংথিল খোইযুম লাই ওইবনি। লাক্লিবা লিন অদু পাখংবনি হায়বসি লাইশ্রাব পোকপা মপা খাবদি খংই। মহাক্কা মশুনূপা খুয়িদা (খুয়োই তোম্পোক) ইনশীল্লমই - 'নমানা ফৌরিবা ফৌ অসি লিন অসিনা চাইখাইবে; লিন অসি হাৎত্তোকউ'।

মশুনূপানা তৌ অমনা কনবদা লিন অদু শিরে; কোৎলগা, পাখংবনা ওনবা লিন অদু, নুংজেং পাত্তা থাদখিরমই। (পাখংবা ইরাৎ পুজা তৌবা মতমদা ঙসি ফাওবা তৌ য়াওদবা য়াদে )। মমা হল্লকপদা মচা নীপা খুয়িনা থোকখ্রিবা থৌদোক পূম্বা চিত্থদনা তল্লমই। অদু তাবদা লাইশ্রানা 'মাঙলে, মাঙলে, ইমাগী ইবুংঙো; করি মতৌনো তৌরিবসি' হায়দুনা য়াম্না পাখৎনা মাগী মতারোই ৭ (তরেত) (লাইম্নাগী হেলোয় ৭ হায়না খঙনৈ - মমিংনা চীৎনু, খম্নু, অরৈনু, অহুমনু, তেৎনু তাইনু, তোনথাংনু, থেরে লোংবম চনুনি (নুংলোন অচৌবা) লোয়নরগা পাখংবা থিবা নুংজেং পাত্তা লোং খোল্লমই। কংলাগী ঈরম ৭ খোংলম ৯ অদু মথং-মথং খোন্দুনা লাকপদা ইহান হানবদা ঙা মুক্লাং অমা লকই। 'লেম্লৈ নঙবু খোনবা নত্তে-য়ে, লায়নিংথৌবু খোনবনি' হায়দুনা লাইশ্রানা ঙা অদু ঈশিংদা থাদখিরমই। অমুক্কা খোল্লি; হুরুবী হায়বা ঙাদু লকই। মদুসু লংথোকখিরমই। অসুম্না মথং-মথং লোং খোল্লকপদা শরেং,পেঙবা, থরাক্লচিংবা ঙা মখল-মখল লকপশিং পুম্নমক 'লেম্লৈ নংবু খোনবা নত্তে; লাইয়িংথৌবু খোনবনি' হায় হায়দুনা লোইনা লংথোকখিবমই। মমৈ থংদা ঙচিং অমা লক্লমই। ঙচিংনা লাইশ্রাবু চিংদুনা নুংজেং তানা পুবগা, পাখংবা লংথখিবা মফমদু তাকপীরমই। মফম অদুমক্তদা লোং খোল্লগা লাইশ্রানা পাখংবনা ওনখিবা লিল অদু লৌখৎখি। লাইশ্রানা পেনমনখ্রদুনা, মহাক্কা শিরিবা খুꣻদোপ অদু হুক্তোক্লগা ঙচিংদা খুদোলপোৎ ওইনা পীখি। ঙসি ঐখোয়না উরিবা ঙচিং মকোক্তা য়োমশিল্লিবা অকনবা মকু (স্কেল Scale) অসি লাইশ্রাগী খুদোপনি। ৱারি অসিবু থাজসিরা থাজগনুসিরা ? মসি হংবা য়াবা অমসুং নৈনবা য়াবা ৱাফম অমা থোক্ত্রে। চহি লীশিং কয়াগী মমাঙদগী মৈতৈশিংগী

 ➲

লূদা-তাংদা চঙশ্লবা ঐখোয়গী মিথ্নি, লিজেগুনি; ঐখোয়গী থাজবনি। অসিগুম্বা মমল নাইদ্রবা লিজেগু কয়ানা য়ুম্ফম ওইরগা চহি লীশিং কয়া চংনা শাগৎতুনা লাক্লবা মৈতৈ জাতিগী সভ্যতানি। অসিগুম্বা থাজবা, চীম্থাং ৱারি কয়ামরূম অসিনা য়ুম্ফম ওইবদগী মৈতৈ হায়বসি অৱাংবা সংস্কৃতি লৈবা জাতিনি হায়না শীংথানরিবনি। ঐখোয় মৈতৈ খুদিংমক্লা চাউথোকচনীংঙাইনি।

ঙচিংগী মকোক্কী শক্তমদু লেরিগা - হৌজিক ঐখোয়না লাই হরাউবদা শেৎলীবা - 'শমজিন' হায়বা পোৎশক অদু শেমখি। পাখংবগী মমৈগী শরুক অদু তংখাই খায়দোক্লগা - মদুগী শক্তম লৌরগা 'নীংখম' শেমখি। পাখংবগী মরাং-মরাংবা মচু অদুদগী 'খামেন চপ্পা' ওইরকখি।



# কংলা - শুরুং অমসুং লূফৌনুং

কংলা উত্রা মমাঙদগী গজ ১০/২০ লাপ্লা মখারোম থংবা মায়কৈদা অচৌবা নূংপাক অমা লৈরি। নূংপাক অসিগী মরমদা থিজিনবা অমসুং অচুম্বদু মুন্না খঙবা মীওই তাঙই। মী অয়াম্বনা লান্না তারিবা ৱারীদি - মোংয়াম্বা নিথৌগী মতমদা খাগী লৈপাক্তগী লাকপা হিংচাবা অমা নিংথৌনা হাৎলগা নূংপাক অসিনা নন্দুনা থমখি। মৈতৈশিংগী থাজখিবা মতুংইন্না - নূং অসি মচেৎ অমা তক্লগা তৈরবদি কোক চীকপগী অনাবা ফৈ হায়না থাজনৈ। মসিগুম্বা য়ুম্ফম যাওদবা, ওইদবা ৱরী কয়া অসিনা চহি ১০০ অসি - ঙাঙনদুনা লাকপনা নূং অসিগী অচুম্বা শক্তম খঙবা য়াওশীল্লক্রে। কংলা য়েংবা লাকপশিংনা নূং মচা অমনা নূংপাক্ অসিগী মপান্দা কন্না-কন্না শুদুনা নূং মচেৎ ফকপদা ঙসিদি নূংপাক অসিগী মচি-মচি শীৎ নাল্লে - মীয়াম্না শুবদা, হিদাক তৌনবা নূং মচেৎ লৌনবা হোৎনবদা। পুম্নমক

অন্ধবিশ্বাসনি - নূং মচেৎ তৈরগা ফবা অনাবা পৃথিবিসিদা লৈতে।

নূংপাক অসিগী মখাদা ময়াদ্রা কৌবা হিংচাবা অমা ফুমখি হায়বসিদি, অদুক ৱারী হায়বদুনি - লিজেণ্ডনি। অইবা ওইনদি ঙসি ফাওবা থেংনদে; কুম্বাবদসু পল্লমদে। নূং অসিগী অশেংবা ৱারিদি ইংশোক ১৯৩৩দা মনিপুব ষ্টেট দরবারগী প্রেসিদেন্ট ওইরম্বা (রড় সাহেব), জে:সি: হিগিন্স্, আ:সি:এস:না ইরম্বা অমসুং দা: জোন পেরেতনা সম্পাদন তৌরগা, মনিপুব ষ্টেট আর্কাইভস্না ফোঙবা 'নোটস ওন মৈতৈ (মনিপুরি) বিলিফস এণ্ড কষ্টমস' হায়বা লাইরিক্তা শুগাইনা ইরি। (Notes on Meitei Beliefs and customs' by J.C. Higgins,I.C.S. President Manipur State Durbar. Edited by Dr. John Parratt; and Published by the Manipur State Archives) জে: সি: হিগিন্সনা মতমদুদা লৈরম্বা পণ্ডিৎ মায়চৌশিং কৌখৎত্তুনা মৈতৈশিংগী থাজবা অমসুং চৎনবী কয়া হংলমই। অখঙ-অহৈশিংনা হায়রম্বাশিং অদু মহাক্তা ইরগা (বেকোর্দ তৌরগা) থম্লম্বনি।

কংলা মনুংদা তাদুনা লৈরিবা নূংপাক অসিগী মমিং 'লূ-ফৌ-নূং' কৌই। শিখিবা নিংথৌশিংগী মকোক - ফৌনবা নূংনি। কোকপু অরিবা মৈতৈ লোন্দা 'লূ' কৌই। 'লূ' ফৌনবা নূংনি হায়বগী 'লূফৌনূং হায়না খঙনৈ। মতাং অসিৱাইদা, মৈতৈশিংগী শিবা মতমদা চৎনরম্বা নিতি-নিয়মশিংগী



লূফৌ নূংগী ফোটো অমা

*ফোটো : অইন্ম্ব*

মরমদা খরদং মরীক চূম্না ইবা মথৌ তারব্রা খঞ্জে। মৈতৈশিংনা শিরবা মতুংদা অশিবা হকচাংবু মৈ থাদুনা পোৎলোইবগী চৎনবী অসিদি কুইদ্রি। অসিগী মমাঙদদি, অশিবা হকচাংদু লৈনূংদা লৈরোন চল্লমই। অদুগী মমাঙদনা অমুক অশিবা হকচাং অদু ঈশিংদা থাদদুনা পোৎলোইবা চৎনরমই। অদুগীসু অমুক মমাঙদনা, অশিবা হকচাংদু লমহাংদা লংথোক্কুনা নুংশিৎত্তা পোৎলোইবা চৎনরমই। শম্না হায়রবদা, মৈতৈশিংগী পোৎলোইবা মখল মরি চৎনরমই - ঈশিংগী পোৎলোই, নুংশিৎকী পোৎলোই, লৈবাক্কী পোৎলোই অমসুং মৈগী পোৎলোই। মৈতৈশিংনা শিবা মতুং চহি ওল্লকপদা - 'লূ কাইবা' হায়বা থৌরম অমা পাঙথোক্লরমই। লৈবাক তৌথোক্কুনা, অশিবগী হকচাং পোলাং অদু লৌথোক্লগা - হকচাংগী পোলাংদুদগী কোক্কী শরুক মখৈ তোঙান্না লৌথোক্লগা চফূ অচৌবা অমদা হাপ্লগা, লিক-কোল চানা থক্লবা পোৎলম কয়ামরুম হাপ্লগা, অনিরক শুবা ওইনা অমুকহন্না ইনৌ-নৌনা ফুম্নরমই। মৈতৈগী অরিবা চৎনবী অসিগী চপচাবা শক্তম উগে হায়রবদি, পুঙদোংবম শেক্তাদা হৌজিক লৈরিবা লিবিং ম্যুজিয়ম অসিদা উবা ফংবিগনি। মনুংদা মী মকোক্ য়াওবা খরুং কয়ামরূম মহৌশাগী অরিবা শক্তম ইকায-কায়হন্দনা, মীযাম্না য়েংবা য়ানবা ম্যুজিয়ম অসিদা থল্লি।

নিংথৌগী অশিবা হকচাং অদু লৈনুংদগী অমুক হন্না লৌথোক্লগা শরূ পোলাং অদু লোংদা হাপ্পুনা চামই। থবক অসিগী থৌদাং শিন্নবা য়েক শলাই অদুবু লোংজম হাযনা কৌখি-এ। তোঙান্না লৌথোক্লগা কোক্কী শরূ তুম্বা অদু 'লূ-ফৌ-নূংদা' নুমিৎ মঙানি চূপ্না ফৌরমই। নিংথৌগী মকোক অদু লংজা,উমাইবী-ক্বাকনা চেনখিদনবা মখুক্তা তেন পায়দুনা ঙাকপগী থৌদাং অসি নোংমৈকাপ্পম অমসুং অমাকচম শাগৈদা শিন্নরমই। নিংথৌশিংগী অশিবা মকোক ফৌনবা নূংপাক-লূফৌ নূংবু, হিংচাবী নল্লিবা নূংপাকনি হায়না নৌনা হৌরক্লিবা চারোলদা তম্বিদা তারবদি কংলা য়েংবগী অর্থ লৈত্রে।

কংলা মনুংদা য়েংবা য়াবা ইতিহাসগা শাগোন্নরক্কবা মরু ওইবা মফম অমদি - শ্রী বৃনামচন্দ্র মন্দিব (যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎকী মন্দির হায়না মীয়াম্না খঙনৈ) অসিনি। ইংশোক ১৮৯১, মার্চগী তাং ২২দা আসামগী চিফ কমিশ্নর মিস্তর কুইন্তন্না দরবাব তৌসি হায়না হন্না-হন্না কৌবদা যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ বীর সিংহ, মশা ঙমদে হাযনা, লাকউ য়াখিদ্রে। (যুবরাজগী মমিংদি টিকেন্দ্রজিৎ নত্তে, অচুম্বদি টেকেন্দ্রজিৎনি; মহাক মশানা সহি তৌবদা টেকেন্দ্রজিৎ হাযনা ইরমই। মপূং ফাবা মমিংদি 'টেকেন্দ্রজিৎ বীর সিংহ' হায়বনি; মনীং মমাঙ্ ওস্থোক্লগা "বীব টিকেন্দ্রজিৎ" হায়না ক্রিয়েটিব প্লে-রাহট অমনা শেমদোক্লগা ইবকপদগী 'বীব টিকেন্দ্রজিৎ' ওইখিবনি)। মি:কুইন্টন্না যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎপু অফোংবা দববাবদগী ফাগে হোৎনরম্বা থৌরাঙ অদু মায় পাক্রবদা নমদুনা ফাবগে হায়না মার্চ ২৩গী অহিংদা লোন্না কংলাদা লান্দারমই। যুববাজ টেকেন্দ্রজিৎকী শঙ্গাই অসি কংলাগী অব্রাথংবা শরুক বৃনামচন্দ্রগী মন্দির লৈবিবা অসিগী নোংচুপ লোমদনি। বৃটিশশিংনা কংলাদা লান্দাবকপসু অব্রাং থংবা হায়বদি হৌজিক্কী অব্রাং বি:ও:সি রোম থংবদগীনি। মসিগী মবমদি অব্রাংলোমদগী ফৃজিল্লকপনা টেকেন্দ্রজিৎকী শঙ্গাই তম্লকপদা খ্বাইদগী নকপা জাগানি। অহিং চুপ্পা কাপ্পরে-নাকল্ অনিমক্কী মী য়াম্না শিনরে। তৌইগুম্বসুং যুববাজ টেকেন্দ্রজিৎ বৃটিশশিংনা ফাবা ঙমহৌদ্রে-নাস্থোকখ্রে। বৃটিশনা মহাক্কী শঙ্গাই কোযশীল্লবা মতমদা টেকেন্দ্রজিৎতি লৈরমদ্রে।

কোয়রেং যুবাবজ বৃটিশশিংনা ফাবা ঙমদনা নাস্থোকখ্রে হাযবা পাউ অসি তারকপা মতমদা মনিপূরগী প্রজা পুম্নমক হরাউবগী ঙমখৈ লৈখিদে। য়াম্না অঙকপা তোকঙা অমা মতমদুদা কন্না শন্দোকখিবদি - 'কোয়রেং যুবরাজদি পাইবা ঙমই; মাঙবা ঙমই। হেক্তা মাঙবা ঙম্বা অদুনবু ইংরেজশিংনা মাবু ফাবা ঙমখিদবনি'.... অসিনচিংবা। ব্রাফম অসি কদায়



যুবারাজ টেকেন্দ্রজিৎকী মন্দির; অসিগী মনুংদা শুরুং লৈ

*ফোটো : অইবা*

ফাওবা চুম্বনো হায়বা চপচাবা প্রমান ফংবা ঙমদে। ঙম্লম্বসু য়াই তোইগুম্বসুং ওইবা যাবা মরম অমদি যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ শুরুংগী লম্বীদা লোন্না লিৎথোক্তুনা চেনখিবরা হায়বসিনি। মরমদি বৃনামচন্দ্র মন্দিব অসিগী মনুংদা শুরুং অমা লৈ- মসি ঙসিফাওবা মীযাম্না উবা ফংবিগনি।

**কংলাগী শুরুং :**

মন্দিবগী থোঙ মমায় নোংপোক ওন্না ফাৎলি। থোঙজাউ অসি হেক হাংদোকপদা, অৰাং লোমদা লৈবিবা শুরুংগী চঙফম অদু থোঙদুনা খুদক্তা খুমজিনখি মবম অসিনা উবা ফংদে। মন্দির মনুংদা শুরুং লৈ হায়বা হান্না খঙদবা মী অমনদি, শুরুং অসিগী চঙফম খঙলোই; অসুক্কী মতীক হৈ শিংনা শেম্লম্বা শুরুংনি।শুরুং অসি য়ামদ্রবদা ফুট ৪/৫, চেকনা নিংথিনা চল্লগা, মনুংদা মী অমা লেপ্পা চন্না ৰাং-চাউই। শুরুং অসিনা অসুম চৎখিদুনা হান্নগী আসাম বাইফলগী কমাণ্ডেন্টগী বাংলা মনাক্ য়ৌবক্লগা, মপান থাঙ্গপাৎ (কংলা পাৎ)তানা ফাওদোকপা যানবা থৌরাং শেমদুনা থল্লমই। বৃটিশশিংনা যুববাজ টেকেন্দ্রজিৎকী শঙ্গাই কোযশীনখ্রবসু শুরুংগী লম্বীদা কংলাগী মপান্দা চেন্থোবকপদা কনাসু খঙবা ঙম্লোই অমসুং য়াম্না লায়নসু পাঙথোকপা ঙম্লমগনি। শুরুং অসি অনিশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাউ মনুংদা মিলিটবিশিংনা ফুনজিল্লমবদগী, ইংশোক ১৯৯০দা অমূক হন্না তৌথোক্লুনা মীযাম্না য়েংবা খুদোংচানবা শেমদুনা থল্লে।

## কংলা মনুং ঙাকশেনবগী চেকশীন-থৌরাং :

বৃনামচন্দ্র মন্দির অসি শুপ্নগী মমিংতং মন্দির হায়জরবসু, শাখিবা মতমদদি য়েক্লবা চঙবা ঙমদনবা লানবন অমগুম্না থৌরাং তৌরগা চেকশীন্না শাখিবনি। য়েক্লবা মশিং য়াম্বা কোয়রেং যুবরাজনি - খঙহৌদনা য়েক্লবনা লান্দারক্তুনা মন্দির অসি কোয়শিনখ্রবদি করম্না ঙাকথোক্কনি, করম্না মশাবু কঞ্জন্নবা হোৎনগনি '' পুম্নমক অসিগী থৌরাং মন্দির অসি শাবদা মাঙজৌননা হাপখ্রবনি। মন্দির অসিগী চেক্কী ফল্লাং অসি মরোল অনি থোক্লা খাবনি - মনুংগী ফল্লাং অমা মপান্দা অমা। ফল্লাং অনিদুগী মরক্তা, পরিক্রমা চৎনবা ফুট মরি পাকপা চৎফম অমা শেমদুনা থম্লি। মপানথংবা ফুট অনি থাবা চেক্কী ফল্লাং অসি তোপনা কাপখাযখ্রবসু মনুংদা ফুট অনি থাবা অতোপ্পা ফল্লাং অমগসু খারি। মরম অসিনা কোযরেং যুবরাজনা মন্দির মনুংদা বৃনামচন্দ্রগী সেবা চৎলিঙৈদা খঙহৌদনা নোংমৈ তোপ কাপশীল্লক্লবসু মঙোন্দা অমাঙ-অতা থোকহনবা ঙম্লোই।

মন্দির অসিগী মনুংদা হাপ্লিবা ঙাকথোক্লবা পাম্বৈদি অসিনসু লোইদ্রি। মন্দির অসিগী মতোন্দা কানবা চপ ঙম্বা,য়াম্ন খুবা অমুক্তা মী অমদগী হেন্না কাবা চন্দবা সিড়ি অমা হাপ্লি। করিগুম্বা য়েক্লবনা মন্দির মনুং য়ৌশীল্লক্লবসু সিড়ি অসিগী মতেংনা মন্দিব মতোন্দা চেনখৎত্তুনা মশা কঞ্জনবা শেম শাবা য়াই। সিড়ি মতোন্দা থূপ্তুনা লৈবা মতমদা য়েক্লবনা সিড়ি মথক্তা কারকপা ওইথোক্লোই; অদুক চেকশীন্না শারম্বনি। ফীভমসিনা চান্ননা লুশিল্লক্তুনা খুদোংথীবা থোকপা তারগদি - মন্দির মনুংদা লৈরিবা শুরুংগী লম্বী অদুদা লোন্না ফাওদোকখ্রগা কংলাদগী মপান থোরকপদা য়াম্না লায়না ওইথোকই। মতৌ অসুম্না থায়নগী ঐখোয়গী ইপা-ইপুশিংনা

মশাবু য়েক্লবদগী ঙাকথোক্লবা লৌখৎলম্লিবা সিক্যুরিটিগী চেকশিন-থৌরাং ময়াম অসি উরুবদা মৈতৈ পুম্নগী থম্মোযদা চাউথোকচবা পোক্লি। কংলা অসিমক লান্দারকপদগী ঙাকথোক্লবা (দিফেন্স) অমসুং কংলা মনুংদা লৈরিবা মীশিংগী শোয়দঙামদনবা (সিক্যুরিটিগী) লৌখৎলম্লিবা মৈতৈ নিংথৌশিংবু হন্না-হন্না ইকোক্ নোঙ্ঙনিংই। শুপ্নগী দিফেন্স অমসুং সিক্যুরিটিগী মীৎয়েংদগী ঙাক্ নত্তনা; ফজবদসু কংলা হায়নীংঙাই মপা লৈরমদে; অকোয়বগী লৈবাকশিংগী ফিদম্লিংঙাই ওইরমই। চীন্থাঙদা লীনবা ব্বারী লৈরি। অব্বানা (ব্রহ্মানা) মনিপুরদা লান্দারক্তুনা চহি ৭ খুন্তাকপা মতমদুদা (১৮১৯-২৫) মখোয়না মৈতৈ কংলাগী পুক্লিংহুনা নীংথিরবা শক্তম মুন্না উখি; মখোয় শুমহৎখি। ব্রহ্মদেশতা হনখ্রগা মগুলেদা শেমগৎলিবা মখোয়গী কোনুংদুসু, ঐখোয়গী কংলা গুম্না, মাইল ৪না কোয়শিনবা চেকপন্নি অমসুং মদুগী মনুংদা শারিবা ফুরা দলান অমসুং লাইশঙ্ পুম্নগী প্লান অমসুং লে-আউট মনিপুবগী কংলাগা চপ মান্নে। পাউ অসি হন্দক ইকুই-কুইদনা মগুলে চৎলুবা লোকেল স্কোলার অমনা অইবদা তাকপীবকপনি।

কংলা মনুংদা পাল্লিবা মৈতৈ নিংথৌ অমগী মথক্তা লান্দাবা হায়বসি অরায়বা থবক নত্তে। কংলাবু য়েক্লবনা লান্দরকপা মতমদা ঙাকথোক্লবা কয়া য়াম্না চেকশীন-থৌবাঙ লৌখৎলম্বগে হায়বদ্ হঙ্গৎনা য়েংলুবদা মৈতৈ পুন্নমক্কী থম্মোয়দা চাউথোকচবা পোকপদা নত্তনা অঙকপা তুজুংবা ফাওবি। মৈতৈগী নিংথৌদি - চেকপন মঙানা মরোল -মরোল কোয়শীল্লগা মদুদা থোঙ্ মঙা না থৎত্তুনা, থোঙ খুদিং সন্ত্রিনা কন্না ঙাক্তুনা পাল্লম্বনি। কংলাগী মযায়দা ইম্ফাল তুরেলনা ফাওদুনা চেল্লম্মী। মিনুথোংদগী শঙ্গেনথোং ফাওবগী ইম্ফাল তুরেলগী শরুক অসি কংলাগী





মনুং চল্লম্বনি। কংলাগী অকোয়বা অসি গজ ২০ পাকপা (হায়বদি ফুট ৬০ পাকপা), ফুট ৬ লুবা থাঙ্গপাৎনা পুমকোয় কোয়শিল্লি। থাঙ্গপাৎ অসি য়েক্লবনা কংলা তম্লকপদা অপনবা পীনবা ঈশিংনা থন্না থাজীন্দুদা থম্লমই। চহি খূদিংগী নিংথৌনা থাঙ্গপাৎ অসিদা হীয়াং তান্নফম ওইনসু শীজীন্নরমই। থাঙ্গপাৎ অসি তৌবগী লৈপাক ময়াম অদুনা ফুট ১৩/১৪ ৱাংবা, ফুট ১২ পাকপা লৈপন অমনা থাঙ্গপাৎ মপান অসি পুমকোয় কোয়শীল্লমই। লৈপন অসি য়েৎলোম মায়রোম, নাকল অনিমক্তা চেক চনশিল্লমই। বৃটিশনা ইরম্বা রেকোর্দিতা, মখোয়না বেমপার্ট (Rampart) হায়না পল্লমলিবদু , লৈপন অসিবুনি। লৈপন অসিগী মথক্তনি, মার্চ ২৩ গী অহিংগী লান্দা, তোপ খিল্লগা মৈতৈ লান্মীশিংনা বৃটিশ রেসিদেন্সি (বড় সাহেবকী বাংলা) তম্না নোংমৈ কাপশিন্দুনা বাংলাদু মৈ থাখি। মদুনা মরম ওইদুনা মিসেজ গ্রিমউদ অমসুং বড় সাহেবকী বাংলা মনুংদা লৈরম্বা বৃটিশকী সিপাহী পুম্বা, রেসিদেন্সী থাদোক্লুনা কাছাড় তানা মখোঙনা অহিংদা চেনখি।

মপালগী থাঙ্গপাৎ অসিদা নত্তনা, মনুং থাঙ্গপাৎ অমসু লৈরমই; কংলাগী ময়োন্দা তৌদুনা য়েক্লবদগী ঙাকথোক্লবা পাম্বৈ ওইনা থৌরাঙলমই । ঙসিসু মনুং থাঙ্গপাৎকী শক্তম কায়দ্রি। থাঙ্গপাৎ অসি লানশীল্লক্লগা, চেকপল মঙা না মরোল-মরোল খারগা কংলাগী ময়োন্দা নিংথৌগী শঙ্গায় য়ুম্ফম লৈরমই। কংলাগী চঙথোক চঙশিনগী ম্নথোঙ্ মরি পাল্লমই - নোংচুপ ম্নথোঙ, নোংপোক্ থোঙ, অৱাং থোঙ্ অমসুং মখা থংবদা চীংচগু থোঙ্ (মনাক নক্লা চীংশু পাম্বী অমা হৌরমই হায়বগী চীংশুউ থোঙদগী থৈথরকপনা ' চীংচগু থোঙ)'। থোঙ মরি অসিগী মনুংদগী খ্বায়দগী চাউবা অমসুং চীং-লেম্বদি নোংচুপ ম্নথোঙ্ অসিনা ওইরম্মী ; অথোইবা থোংনি হায়বগী থোঙলেন হায়না খঙনৈ (কুম্বাবা)।

নিংথৌনা শাগী-লানগী নত্রগা লৈপাক্কী অচৌবা কুম্মৈ হ্রাউগী যাত্রা তৌরকপা মতমদা নোংচুপ স্নথোঙদগী মরু ওইনা চৎনরমই। নোংচুপ স্নথোঙদগীনা নিংথৌনা লৈরিবা কংলাগী খ্বায়দগী ৱাংবা মফম (বৃটিশশিংনা 'সিতাদেল' কৌরমই) শঙ্গায় যুম্ফম ফাওবা য়ৌশিল্লক্লবা হোৎনবদা, সন্ত্রীনা চেকশীন্না ঙাক্লবা থোঙ্ মঙানা মথং-মথং ঙাক্লুনা লৈখি। থোঙ মঙা অসি নমখায়দুনা য়েক্লবনা নিংথৌগী লৈফম শঙ্গাই যুম্ফম য়ৌশিল্লকপা অসি অরায়বা থবক্ নত্তে। নোংচুপ থোঙদগী নোংপোক পাংনা উত্রা শঙলেন তম্না চুমদ্রিং চংলগা মনুং থাঙ্গপাৎ লৈবে। মফমদুদা থোঙ্ অমা-লৈরম্মী-মমিং চিরাই থোঙ্ কৌই। চিরাই থোঙ্দগী খরদং অমুক চঙশীল্লগা চেকপলগা কোন্ননা হোগায়বী থোঙ্ লৈরে। হোগায়বী থোঙ্দগী মথংদা উত্রা মমাঙ্দা থোঙ্ অমমুক লৈরম্মী। উত্রা তম্না চঙ্শীল্লকলিবা লম্বী অসিগী নাকন অনিমক্তা চাইনীজশিংনা শারম্বা চেকপন্না খাজিল্লমই। মরম অসিনা বৃটিশশিংনা চেকপল অসিবু চাইনিজ গেট্ হায়না ইরম্মী। উত্রাগী খা-নোংচুপ, দরবার শঙ্সু য়ৌদ্রিঙৈ, কংলা শাদগী গজ ৫০ লাপ্না লাকতোন থোঙ্ লৈরম্মী। থোঙ্ অসি য়ৌরকপদদি উরিক লুগুন থাংদবা মী অমত্তা ৱাংমা লানবা য়ারমদে, মরমদি শ্রী-গোবিন্দগী মন্দির মনাক নকশীল্লকপগীনি। থোঙ্ অসি ইংশোক ১৮৯১দা থোইদোক হেন্দোক্লা মমিং চৎখি, মরমদি কংলা মনুংদা দরবার তৌবা চঙলকপা সাহেব মঙা অদুনা কংলাগী মপান্দা থোক্লকপা ঙমখিদবদু, লালহৌবা প্রজাশিংনা লাকতোন থোঙ থিংখিবননি। লাকতোন থোঙ্ লানশীল্লবদি নিংথৌনা লৈরিবা সিতাদেল হায়না খঙনবা মফমদু য়ৌরে। মফমদুদা অমুক সিতাদেলগী গেট অমা লৈরম্মী। নিংথৌনা লৈরিবা মফম অসি বৃটিশগী অইবশিংনা 'সিতাদেল' হায়না হায়রমই; অর্থদি লানবন হায়বনি। মবমদি নোংমৈ-হীদাক, মরু ওইবা খুৎজু খুৎলায়শিং অমসুং নোংমৈ তোপ্নচিংবা মফমসিদা থমলম্মী। ১৮৯১দা খুৎলায় ময়ামদু

ঙাক শেনবগী থৌদাং (ইন-চার্জ) আযাপুরেল মেজর শ্রী চোংথাম নিলমনি সিংহদা শিন্নরমই। নিংথৌনা লৈরিবা মফম (সিতাদেল) অসি মায়কৈ মরিদা গজ ২০০/২০০ ওইবা, ফুট ১৭ ৱাংবা চেক্কী অৱাংবা চেকপন্না চেকশীন্না খাদুনা, মদুগী মনুংদা মৈতৈ নিংথৌশিংনা ঈংনা-চীক্লা, য়ৈখায়-থিনগাইবা য়াওদনা পাল্লম্বনি। মৈতৈগী ঈপা-ইপুশিংনা য়াৎলন্লিবা কংলাগী দিফেন্স অসি মীৎ উইশিল্লগা হঙ্গৎনা য়েংলুবদা মৈতৈ পুম্বগী থম্মোয়দা চাউথোকচবা পোক্লি। টেকেন্দ্রজিৎ যুবাবাজগী মন্দির মনুংদা লৈরিবা শুরুং অসিগুম্বা নিংথৌগী শঙ্গাই যূম্ফম মখাদসু শোয়দনা শুরুং লৈরমগনি। মরমদি মতম অদুগী কোনুং শাবগী চৎনবীনি, কোনুং মনূংদা শুরুং তঙায়ফদনা হাপ্লে। দিল্লিগী রেদ ফোর্টত্তসু শুরুং হাপ্লী। লাক্ষ্ণৌগী নবাবশিংনা শারম্বা মখোযগী কোনুংদসু শুরুং হাপ্লম্মী। মনিপুরগী নিংথৌগী শঙ্গায় যুম্ফমদা ঙসি ফাওবা লৈপাক তৌথোক্তুনা শুরুং থিবা-হুম্বগী চৎথদ্রি। থিজিনবগী তঙাই ফদবা লৈ।





**কংলাদা লৈরিবা শ্রীগোবিন্দগী মন্দির (মনিংথংবা শরুক)**

***ফোটো : অইবা***

# কংলা - শা

মনিপুরনা



নোংচুপ স্নথোং

ভারতকী মপুংফাবা রাজ্য অমা ওইরকপা মতমদা কংলা-শাবু ষ্টেট-এমব্লেম ওইনা শক খণ্ডখি। কংলাশা অসি হেক উবদা-মচি অনি পানবা, ময়া লাওনা কাথোকপা নোংশা হাইরপ মাল্লি অমসুং বৌদ্ধশিংগী পেগোদা মমাঙদা খিনবা নোংশাগী মুর্ত্তিশিং অদুসু হাইরপ মাল্লি। পোংশক্তি

করিনো হায়বা মুন্না খঙদবনা বৃটিশশিংনা 'দ্রেগোন' হায়না লান্না-লান্না ইরমই; তশেংবদি নোংশাসু নত্তে, দ্রেগোনসু নত্তে। মতাংচারিঙৈ অসিদা 'দ্রেগোন হায়বসি করম্বা মখলগী শানো অমুক্তং নৈনবা তঙাইফদে। কংলা শাবু 'দ্রেগোন'নি হায়না শক তাক্লবদি কংলাশাগী অশেংবা শক্তম অমসুং শা অসি শাগৎলকপদা নুংদা ফুমদুনা লৈরিবা মৈতৈগী অরিবা ধর্ম্ম অসুং পরম্পরাগী শক্তম পুম্মাঙ-মাঙখ্রে। দ্রেগোন্না দ্রেগোন্নি; কংলাশানা পুমতোং-তোঙানবা পোৎশক অমনি। কংলাশাদা থাপ্লবা খা-নোংপোক এসিয়াগী চাইনা, জাপান, থাইলেণ্ড, কম্বোদিয়াগী কলচর পুশিল্লকপা অদু য়াম্না চূনদবা যূম্ফম য়াওদবা ৱাফর্মনি। কংলাশাদি কোনুংগী উত্রা মমাঙদা খিল্লম্বা কল্পনা না শেমখিবা শা অমগী শক্তমনি। মসি শাবদা মৈতৈশিংগী অরিবা ধর্ম্ম-সনামহি লাইনিং অমসুং চৎনবী, ভাবতকী অমসুং যুমথংনবা ব্রহ্মদেশনচিংবা লৈবাক্কী কোনুং অমসুং লাইশং মমাঙদা খিন্নবা নোংশাগী শক্তম-পুম্নমক অসিগী কনসেপ্তনা তিল্লবা, মৈতৈশিংতগী ওইবা ৱাখল্লোনদগী পোকখিবা তোপ-তোপ্পা মখলগী শা অমনি।

দ্রেগোন কদাইবু খংনবগে ? দ্রেগোন কৌবা অহিংবা শা অমা লৈতে। মসি খা-নোংপোক এসিয়াগী মফমশিংদা থাজনবা ৱারী লাইরিক্তা য়াওবা (মিথিকেল) শা অমনি। এনসাইক্লোপেদিয়া বৃতানিকাদা অসুম্না ইরি :- 'দ্রেগোন হায়বসি ৱারী লাইরিক্তা য়াওবা, অকিবা শক্তম ওইবা, শেকপীগী মশা পানবা, ময়াদগী মৈবুন কামথোকপা, ঙা মকুগুম্না পানবা চুম নত্রগা লিন মখল অমনি। দ্রেগোন হায়বা ৱাহৈ অসি গ্রীক লোল 'দ্রেকোন' হায়বসিদগী



**দ্রেগোন**

লাকপনি অমসুং মখোয়না ব্রাহে অসি লিন অচৌবা অমা ওইনা খঙনরম্মী। ....ড্রেগোনগী মওং-মতৌ অমসুং মশক অসি থায়না মমাঙঙৈদগী হৌনা অমগা-অমগা মান্নদে, চালদিয়ান দ্রেগোনদি মখোঙ্ মরি পাল্লি; মকু অদু ঙাগী স্কেল (Scale) পাল্লি অদুগা বাইবলদা পল্লস্বা দ্রেগোনশিংনা মকোক ময়াম লোঙই। ইতিহাসকী অঙনবা মতমদা দ্রেগোনগী শক্তম অসি শা-লানগী পোৎশক্কা মরি লৈননা শীজীন্নরমই। ইংলণ্ডদা, নোর্মানশিংনা জয় তৌদ্রিঙৈগী মমাঙ্ ইতিহাসগী অঙনবা মতমদা, নিংথৌশিংগী লানগী শাপোৎ-লানপোৎত্তো দ্রেগোন য়েক্লমই। পৃথিবীগী নোংপোকথংবদা লৈরিবা লমশিংদদি দ্রেগোন হায়বসি মীওইবদা অফবা তৌবা জীব অমনি হায়না লৌনৈ। চাইনীজগী দ্রেগোন 'লু' হায়বসি চাইনীজশিংগী তাইবং শেল্লকপগী ব্রাবীগী মতুংইন্না অতিয়া, নুপা ওইবগী গুন অমসুং সংসার অসিবু খোঙজেল কায়দনা চৎহল্লিবনি হায়না থাজনৈ। দ্রেগোনগী ব্রাখলল্লোন অসি তোঙান-তোঙানবা সংস্কৃতিগী শরুক কয়াগা তোৎনরগা চিনারোমদগী জাপান্দা চঙলকখি অমসুং মখোয়গী দ্রেগোনদি মশা পান্দে।.. দ্রেগোন কৌবা অহিংবা শা অমত্তা লৈতে তৌইগুম্বসুং ইন্দো-মালয়াগী লমদা লৈবা চুম হঙ্কোক্ মচা মচাশিংবুসু দ্রেগোন হায়না খঙনৈ'।

মথক্তা পঞ্জখ্রিবশিং অসিনা তাকপদি অঙনবা মতমগী বৃটিশগী অইবশিংনা কংলাশা অসি করিনো খঙদবতা নত্তনা দ্রেগোন হায়বসি করি পোৎনো হায়বা ফাওবা মুন্না খঙদ্রে হায়বা ময়েক শেংলে। মরমদি কংলাশাদি, দ্রেগোনগুম্বা লিনগী শক্তম নত্তে,শেকপী মশাসু পান্দে, ময়াদসু মৈ কামথোক্তে অমসুং ঙা মকুগুম্না স্কেল পান্দে; করম্না কংলাশাবু দ্রেগোন হায়না হেক্তা কৌশিল্লম্বনো ?

কংলাশা হায়বা মমিং অসি কৌনরকপদি মতম কুইদ্রি; কংলাগী

ময়াইমক্তদা খিনবা মুর্ত্তি অমা ওইবগী 'কংলাশা' হায়না মীয়াম্না কৌনখিবনি। অশেংবা মমিংদি 'নোংশা' হায়না চৈথারোল কুম্বাবদা ময়েক শেংনা ইরমই। মীয়াম্না 'শা' হায়না খঙনৈ।

**অহানবা নোংশা :**

কংলাশা হায়না খঙনবা 'নোংশা'গী মুর্ত্তি অসি ইহান হান্না শাখিবদি শ্রীযুক্ত ফালোক্ ৱাইরং পামহৈবা মৈদিংঙু চৌরজিৎ মহারাজগী স্না হাক্ততনি (১৮০৩-১৮১৩) - 'কালেনগী ২৫নি নিংথৌকাবা শকাব্দ ১৭২৬ উত্রা মমাঙদা নোংশা শাএ' (চৈ:কু:) মতম অদুদা মনিপুরগী কোনুং লাংথবালদা ওইরমই অমসুং 'নোংশা' গী শক্তম অদুসু লাংথবালদা খিল্লম্বনি। নোংশা অনি অদু মনিপুরদা চহি ৭ খুন্তাকপা মতমদা (ইং ১৮১৯-১৮২৫) অৱাশিংনা লোইনা থুগাইখিরমই। অদুবু ঙাসিফাওবা লাংথবান্দা 'নোংশা' দুগী অকায়বা শরূক খরদি উবা ফংলি।

**অনিশুবা নোংশা :**

অৱা লাল লোইরবা মতুংদা শ্রীপঞ্চ যুক্ত জয়মান চৈতৈন্যসিং নরসিংহ মহারাজনা (ইং ১৭৬৫-১৭৭১) (ইং ১৮৪৪-১৮৫০) লাংথবান্দগী স্না কোনুং লোমদা (কংলা) হোংগৎলকএ। থা অনিরোম চঙনা 'নোংশা' শাবা হৌখি অমসুং জুনগী তাং ২, ১৮৪৪ ইংদা লোইখি। শাবা লোইরবা মতুংদা 'নোংশা' গী মুর্ত্তি অনি অদু শ্রীগোবিন্দদা কৎখি - '৯নি য়ুমশকৈশতা (তাং ২৪/০৭/১৮৪৪ ইং) উৎত্রা মমাঙগী নোংশাপু শ্রী পঞ্চযুক্ত মহারাজনা শ্রীগোবিন্দজীতা কৎএ। শা মমাঙতগী থোঙলেন য়ৌনা কেলি থাএ' (চৈ:কু:) সার চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজ স্না হাক্তক্তা, ইংশোক ১৮৬৮দা অকনবা য়ুহারাবা অমদা শ্রীগোবিন্দগী লাইশঙ কীন্থে অমসুং উত্রা মমাঙগী নোংশা অনিদুসু শাথীনা কায়খি-৭নি লংমাইহিজিংদা (তাং১/৩/

 ১

১৮৬৮ ইং) শ্রীগোবিন্দগী দলাল কীন্থে নোংশাসু কীন্থে। (চৈ:কু:) য়ুহারাবদা কীন্থখিবা নোংশাদু শেমজীল্লবা মতুং থা অমরোম লৈরগা সাহেবশিংনা কোনুংদা চঙদুনা ফোটো লৌখি 'শজিবুগী ১০নি থাংজদা... সাহেবনা কোনুংদা চঙদুনা মীগী মওং উত্রা মমাঙদা তসপের নমখিএ' (চৈ:কু:)। মতমদুদা নমখিবা নোংশাগী ফোটোগ্রাফশিং অদুনা মরম ওইদুনা কংলাশাগী শক্তমগী মরমদা য়েৎনবা ঙসিফাওবা লোইদ্রি - শা অদু মচি অনি পানবরা নত্রগা অমখক্তরা অমসুং মমৈ পানবরা পান্দবরা হায়বসিনি।

ইংরেজশিংনা মৈতৈশিংবু, এপ্রিল ২৫, ১৮৯১ ইংদা শোক্লখিবা খোংজোম লান্দা মায়থীবা পীদুনা কংলাদা চঙখি অমসুং এপ্রিল ২৭, ১৮৯১ ইংদা বৃটিশগী ফিবাল ইউনিয়ন জেক-কংলাদা পাইবা হৌখি। কংলা মনুং হেক্ চঙলকপদা ইংরেজশিংগী মীৎয়েং ইহান-হান্না তাখিবদি কংলা শা অনিদুদনি। নোংশা অনিদুগী মশাদা বৃটিশ অফিসারশিংগী ঈনা পূমঙাঙ ঙাঙনা তৈশিন্দুনা লৈরম্বা উরুবদা মখোয় শাউবনা মৈ হৌখি। মখা অমূক খন্থবা তৌরুদনা কংলাশা অনিদুগী কাথোক্লিবা ময়া অদুদা নোংমৈ হীদাক (Gun Powder) পীক থন্না হাপচীল্লগা পূমতোই-তোইনা কাপখায়খি। মদুগী নুমিত্তগী হৌনা ঙসি চহি ১০০ হেল্লবা মতমসি ফাওবা কংলাশাগী শক্তম পূম্মাঙ মাঙহনখি। মৈতৈ মচা অমত্তনা ঙসি ফাওবা উবা ফংদ্রি। অদুবু হন্দক মনিপুর সরকারনা নোংশা অনিদুগী মূর্ত্তি নৌনা শাগৎনবা লৌখৎলক্লিবা খোঙথাঙ্ অসি য়াম্না থাগৎনীংঙাইনি।

কংলাশা অসি কয়া য়াম্না ৱাং-চাউনা শারম্বগে ? বৃটিশশিংনা ইরম্বা রেকোর্দতগী খঙবদি-কংলাশাগী অৱাংবদি মী ৪গী মরেপ ওইফানি হায়রমই। মরম অসিনা মূর্ত্তি অনি অদু চাউরাক্লা ফুট ২০-২২ রোম ৱাংই হায়না লৌবদা থোইনা লাল্লোই নিংজৈ। মূর্ত্তি অদু চেকনা শারগা - শুনু সুর্কিনা চনবনি; মচুনা অঙৌবা তৈবনি।

শারল্লিবা মূর্ত্তি অনি অদু 'নোংশা' হায়না কৌজরবসু নোংশাগী শক্তমদি ওইদে মরমদি মচি অনি পাল্লি। শা অনি অসি ময়া লাওনা কাথোকই অমসুং খূমাঙলোম থংবা শরূক ব্রাংলগা খূদুংগী শরূক্লা নেমথবা লেপ্তুনা লৈবা শক্তমনি। মীয়াম্না খঙনীংলিবা ব্রাফমদি - মসিবু করম্বা শানো? নোংশাসু মাল্লি, মচিসু পাল্লি ! তশেংবদি কংলাশা কৌবা অহিংবা শা অমত্তা লৈতে হায়না মথক্তা পঞ্জখ্রে।

কংলাশাগী শক্তমসি শানবা হোৎনরকপদা সংস্কৃতি কয়ামরুমগী ঈচেলনা তিল্লগা শেমখিবনি। মসিদা হীন্দুগী, বৌদ্ধগী অমসুং মৈতৈগী সনামহি লাইনিংগী মমি তারি। কংলাশাদা মচি অনি পাল্লমলিবসি সনামাহি লাইনীংদগী লৌরকপনি হায়বসি য়াম্না থাজনীংঙাইনি।

মৈতৈশিংগী থাজবা মতুংইন্না কোঞ্জীল তুথুপ পাখঙবদি মচি অনি পাল্লি-মচি নামনা সনা তোপই, মচি অমনা লূপা তোপ্পী হাযরি। মসিগী ব্রাখল্লোন অসিমক চঙলম্বা য়াবগী ওইথোকপা লৈ। মতৌ অসুম্না সংস্কৃতি কয়াগী মচাক্লা মৈতৈগী লাইনিং লাইশোনগী চৎনবীগা তোৎন-য়ান্নরগা, ব্রাখললৈরবা মৈতৈগী পণ্ডিতশিংগী কোক্তগী থোকখিবা শা অমগী মূর্ত্তিনি। কংলাগী চীং লেম্বা অমসুং ফজবা শক্তম হেনগৎনবা শুপ্নত গী লৈতেংগী মশক ওইনা, উত্রা মমাঙদা খিল্লম্বা মূর্ত্তি অনিনি।

অদুবু কনা-কনাগুম্বনা, কংলাশা অসিবু লাই নোংশাবগী মূর্ত্তিনি হায়বসু য়াওই। ব্রাফম অদু অমুক্তং নৈনবা চুমগনি। অতিয়া গুরু শিদবগী মচা নীপা অহুমনি - পাখংবা, অশীবা (সনামহি) অমসুং নোংশাবা। মৈতৈ নিংথৌশিংগী কোনুংদা তঙায়ফদনা - লাই অহুম অসিগী খুভম য়াদুনা লাইশং শাদুনা থমই। ইবুধৌ নোংশাবগী ফুরা তোঙান্না শাদুনা কোনুংদা ঈবাৎ-থৌনি তৌবা হৌরকখিবসি খাগেম্বা মহারাজগী হাক্তকতগীনি। মৈতৈ নিংথৌশিংনা সনামহি লাইনীং থাদোক্নুনা হীন্দু ধর্ম্ম চৎলবা মতমদসু

- কোংনুংদা সনমহি, পাখংবা অমসুং নোংশাবগী লাইশং শাদুনা ঈরাৎ-পুজা তৌবসি লেপ্তুনা চত্থরকখি।

মথক্তা পঞ্জখ্রে - উত্রা মমাঙদা খিল্লম্বা নোংশা অনি অদু তাং ২৪/০৭/১৮৪৪ ইংদা শাবা লোইরগা শ্রীগোবিন্দজিদা কৎএ হায়না কুম্বাবদা ইরমই। কংলাশানা নোংশাবা ওইরম্বা থোক্লবদি - মাবু অমুক হান্না গোবিন্দদা কৎপা অসি নাতৈ চাদবা ব্রাফমনি মরমদি লাই অমা শারগা লাই অমদা অমুক কৎপা-মদুসু মৈতৈগী লাই অমবু হীন্দুগী লাই অমদা অমুক কৎপা হায়বসি ওইথোক্তবা মরম্না কংলাশা হায়বসি লাই নোংশাবনি হায়বা ব্রাফমদু মশানা অরানবনি হায়বদু প্রমান ওইজরে।



**উত্রা মমাঙদা খিল্লম্বা কংলাশা অনি**

কংলা মমাঙদা খিল্লম্বা 'নোংশা' অনি অদু মীয়াম্না 'শা' হায়রগা খঙনৈ। চহি খূদিংগী লৈবাক্কী কুম্মৈ-ফিয়োংগী মতমদা লমজেল তান্নবদা খ্বায়দগী অথোইবা মী অদুনা নোংশা অসি শোকপা হানবা তান্নরমই। মদুবু 'শা' পায়বা হায়না খঙনৈ। হৌজিক্কী মরোলদা হায়রগা লমজেলদা ফাষ্ট তাবা শান্নরোয় অদুবুনি। মসিগী চৎনবী অসি লৈরম্বদগী মনিপুরি সাহিত্যদা ব্রাহে অমা শীজিন্নরমই-ঙসিফাওবসু মরক-মরক্তা শীজিন্নবা থেংনৈ - 'মহাক্না শা পায়খ্রে'; হায়বগী অর্থদি মী অদুনা ফাষ্ট তারে হায়বনি। মসি

নিংথৌ পাল্লিবৈঙে মতমদা কংলাশা পায়বা হানবা তান্নবা মৈতৈশিংগী নাৎকী চৎনবী অমা লৈরম্বদগী শীজিন্নরকপা ৱাহৈনি।

কংলাশানা লৈপাক শীনবা থুংনা মমিং-চৎখিবদি ইংশোক ১৮৯১দনি। মার্চ ২৩/২৪ (১৮৯১ ইংগী) লোন্নবা অহিং নোংয়াইগী থাবল ফরবা, ঈচিক হুল্লবা মতমদা-ইংরেজগী সাহেব মঙা মখোঙদা যোহ্লিং থাংদুনা মৈতৈগী সিফাইশিংনা পুথোরক্লগা শঙলিংবগী মখুত্তা শিন্নখি। অমমমতা ওইনা শা মমাঙদা মঙক কক্তুনা হাৎখি। অহিং অদু মক্তদা মাইবা -মাইবী কৌদুনা ইরাৎ-পুজা তৌরগা-সাহেবশিংগী ঈনা কংলাশাদা তৈশিনখি; অককপা মকোকশিং অদুনা মনাক নক্লা লৈবা 'নুঙ্গোইবী' লাইফমদা লালু চনখিরমই। মৈতৈশিংগী থাজবা পুরানগী ৱারি লৈ - 'শা মমাঙদা অঙৌবা মকোক তাগনি। মতমদুদা লৈপাক মরা তপ্পা ঈংনা পানগনি ঙাহোং-চাহোংগনি'। অসিগুম্বা অন্ধবিশ্বাস অমা লৈবনাওইরম্বা তাই মৈতৈশিংনা মাইবী-মাইবা য়াওনা সাহেপ মকোকশিং অদু লোক্লগা নুঙ্গোইবী লাইফমদা ফুম্লল্লিবা অমসুং কংলাশাদা সাহেপশিংগী ঈ তৈশিল্লীবা অদু। চপচাবা হায়বা ঙমজদ্রে -তৌইগুম্বসুং থৌদোক অদুনা মনিপুরগী মরাইবক লেপ্পতা নত্তনা, কংলাশাগী পুন্সিসু লোইশিনখি। ইংগ্লেজশিংনা মার্চ তাং ২৭,১৮৯১দা কংলা চংলকপদা কংলাশাদা তৈরিবা ঈ ময়ামদু উবদা-শাগী কাথোক্লিবা ময়াদা কান্নুক হানজিল্লগা কাপখায়খিবনি।



# বৃটিশশিংনা মৈতৈগী কলচরদা ইরম্বা অরানবা

## খরা - উত্রা

বৃটিশশিংনা মনিপুরদা লাক্লগা, খঙলম-খঙফাত্তনা মৈতৈ সংস্কৃতিগী শক্তম য়েক্লস্বশিং অদুনা তুংদা হৌবক্লিবা চারোল-শুরোলদা লান্না লমতাকপা ওইনা থোক্কনি; মরম অসিনা মসিগী অশেংবা মশক তাকপা তঙায়ফদে। কংলাশাবু সাহেপশিংনা দ্রেগোন কৌরমই। মমাঙদা কংলাশাগী মপূংফাবা ব্বারেংদা অরানবা অদু মরীকচুম্না ইজখ্রে মথংদা অচৌবা অরানবা খরদং লৌখৎচগে।

### (ক) উত্রা শঙলেন :

কংলাগী নোংচুপ স্নথোঙদগী নোংপোক পাংনা চুমদ্রিং চঙশীল্লগা হেক থেংলিবা য়ুম্ফম, ব্বাং-চাউরবা তাইরেন পাম্বী অমা ময়াইদা ঙসি






উত্ৰাগী সিড়ি

হৌরিবা মফমদু, উত্রা শঙলেন শারম্বা মফমনি। ইংশোক ১৯৪২ পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাওগী মতম ফাওবা লৈরম্বনি তোইগুম্বসুং ঙসিদি পূম্মাঙ্ মাঙখ্রে। শুপ্ন গী সিড়িগী অকায়বা শরুক খরদংদি ঙসি ফাওবা উবা ফংলি। উত্রাশঙ্ অসিগী মমাঙদনি কংলাশা অনি খিল্লম্লিবসি। শা অনি অসিনা খিল্লম্বা চপচাবা মফমদি - লাকতোন্ থোঙদগী গজ ৫০ লাপই হায়না বৃটিশশিংনা নাপ ওল্লগা ইদুনা থমলমই। (মসিগীদমক্তদি, বৃটিশনা ইরম্বনা ঐখোয়দা য়াম্না কান্নবা মচাক ওইবে) তৌইগুম্বসুং, ঐখোয়গী পূক্লিংদা কন্না য়ানিংদবা ফাওরিবদি-মখোয়না উত্রাবু 'কোবোনেশন হোল' হায়বদি নিংথৌশিংগী ফম্বাল তোংফম শঙ্নি হায়না ইরমই অমসুং মীয়াম্না ঙসি ফাওবা কোরোনেশন হোলনি হায়দুনা অদুম লৈনরি। মসিদা খবদং মনুং হুঞ্জিনবা মীৎয়েং অমা থম্বা মথৌ তারে নীংই। ইংশোক ১৮৯১ দগী হৌনা বৃটিশশিংনা মনিপুরবু মায়থীবা পীদুনা লৈবাক অসিগী মপু ওইনা পানবা হৌরকখি। তৌইগুম্বসুং হৌখিবা চহি ১০০ অসিদা ইংরেজশিংনা নিংথৌ ফম্বাল তোংবগী থৌরম অমত্তা উবগী খুদোংচাবা ফংখিদে। মখোয়না ইরম্বা লাইরিক অমত্তদসু মখোযনা উহৌবা ফম্বাল তোংবগী থৌরমগী ৱাবোল অমত্তা শুগাযনা ইরম্বা থেংনদে। অমরোমদসু, হায়বিবা চহি ১০০ অসিগী মনূংদা মৈতৈ পুযা অমত্তদসু নত্রগা চৈথাবোল কুম্বাবদসু, নিংথৌ অমত্তনা কংলা মেন তোংখিবা অমসুং ফম্বাল ফম্বগী থৌরম পাঙথোকখিবা অমত্তা লৈখিদে। শম্না হাযরবদা, নিংথৌদি ওইখি তৌইগুম্বসুং নিংথৌ ওইখিবা মীশক্ খুদিংমক্ ফম্বালদি লোইনা তোংখিদে। শুরচন্দ্র, কুলচন্দ্র, চুড়াচান্দ, বোধচন্দ্র

অমত্তা কংলা মেন তোংখিদে-নিংথৌদি লোইনা ওইখি। কংলাদা ফম্বাল তোংবা হায়বসি থৌরাং যাম্না চাউবা অরুবা রিচুয়েল অমনি; হেক্তা পাঙথোকপা ঙম্বা নত্তে। নিংথৌ অমনা ফম্বাল তোংলমদাইদা শা-লানগী ওইবা ফম্বাল-লান চৎকনি। মহাক্কী হান্না কৌনবা মমিং অদু নত্তবা অতোপ্পা মমিং অমসু থোনগনি; মদুবু ফম্বাল মিংহুল কৌই। নিংথৌ অমসুং লৈমরেম্বী (মহারানি) অনি অদু ফম্বাল তোংবা নুমিত্তা থোইদোকপা ফীজোল অমা হোংগনি। মদুবু ফম্বাল ফিজেৎ কৌই। অখঙ-অহৈশিংনা চীন্থাংদা লীরম্বা ৱারিদগী খঙবদি : ফম্বাল তোংবা নুমিত্তা নিংথৌগী মকোক্তা হৈথগদৌবিবা শেংলবা ঈশিং অদু ইম্ফাল তুরেলগী শুগ্নুদগী, শুগ্নু হঞ্জবনা শোক্তুনা, পুবক্কনি। শেংলবা ফম্বাল ঈশিং অদু পুদুনা মহাক্না কোনুং তম্না লাকপগী লম্বীদা মী অমত্তা ওক্লবা যাদে। মবম অসিনা লৈবাক শীন-থুংনা পাউজেনগনি-মী পুম্নমক মযুম-মযুমদগী অমত্তা মপান থোকরকপা যারোই হায়না।



কংলা উত্রা শঙলেন

চহি লীশিং কয়াগী মমাঙদগী চৎনরক্লবা চীং-লেম্লবা ফম্বাল তোংবগী থৌরম পরেং অসিবু অমত্তা উহৌ-তাহৌদবা বৃটিশশিংনা উত্রা শঙবু করম্না কোরোনেশন হোলনি হায়রম্বনো ? মখোয় মৈতৈ নিংথৌশিংগী ফম্বাল তোংবা উখিব্রা ? ঙসিফাওবা থেংনবা রেকোর্দকী মতুংইন্নদি-খক উখিদে। উত্রাবু কোরোনেশন হোল হায়জিল্লমলিবগী ওইবা যাবা মরম

অমদি : থায়নগী নিংথৌশিংগী ফম্বাল তোংফম অসি উত্রাগী মনাক্, অৱাংথংবা নাকন অদুৱাইদনি মরম অসিনা মনাক নক্না শারিবা উত্রা শঙ অদুবু কোরোনেশন হোল হায়বনি। মখোয়না ইরম্লিবা অদু কূপ্পা থিজিল্লগা ফংবা লীখুলদগী নত্তে; সেকেণ্ডুরি সোর্স হায়বদি খূৎথাঙগী ৱারী মাল্লি। উত্রা শঙ হায়বসিগী অশেংবা শক্তমদি করিনো হায়বসি মৈতৈ পূম্নমক্না খঙজিনবা য়াম্না তঙাইফদে নীংজৈ।

উত্রা হায়বসি কংলাগী শঙ্ অমনি হায়বসিদগী হেন্না পণ্ডিত দিনচন্দ্র অমসুং পণ্ডিত খেলচন্দ্রগী লাইরিকশিংদসু ইরমদে। অইবনা মখাতানা থিজরকপদা উত্রা করিনো হায়বসিগী খ্বায়দগী ওইবা য়াবা অমসুং মরীক চুম্বা পাউখুমদি পণ্ডিত য়ুম্নামচা বুদ্ধিচন্দ্র সিংহদগী ফংজখি। উত্রা হায়বসি সনা কোনুংগী চঙ্ফমদা শাবা শঙ্ অমনি-কোনুংদা শারগা উত্রা খুদম ওইনা কংলা উত্রা, মোইরাং উত্রা অসিনচিংবা কৌবা অদুগা অচৌ-অশাং, ঈনাক কৈরাক খুনবা মীচমগী থোঙ্গান্দা শারগনা হোজঙ্ কৌই। মতৌ অদুগুম্না নিংথৌগী ফমফম্না ফম্বাল, মীচমগীনা তাঙবল কৌই। মৈতৈগী ফম্নাইবা অঙম-অথৌশিংগী থোঙ্গান্দা হোজঙ্ হাপ্লগী চৎনবী অসি মতম শাংনদগী লৈরকই; তোক্লখিবা কুইদ্রি। উত্রা অসি কোনুংগী চঙফমদা শাবা য়াম্না চীংলেম্বা ফজখ্রবা হোজঙ্ অমনি-কোরোনেশন হোলদি নত্তে। মসি শুপ্নগী হোজঙ্নি হায়বগী প্রমানদি-উত্রাগী মমাঙদা কোনুংগী ফজবা শক্তম হেনগৎনবা চীং লেম্লবা শা অনি শারগা খিল্লমলিবা অদুনসু শেংনা উৎলি। মরম অসিনা বৃটিশশিংনা উত্রাবু কোরোনেশন হোল কৌরম্লিবা অসিবু শৌগৎনবা প্রমান অমত্তা থেংনদে। মৈতৈ নিংথৌশিংনা ফম্বাল তোংফম শঙ্ অমা তোপ্না শাদুনা থম্নরমদে।

উত্রা হায়বা কংলাগী শঙ্ অসিগী মওং-মতৌদি, চনম হেমচন্দ্র 'খাবা'গী 'কংলৈরোন' হায়বা লাইরিক্তা অসুম্না ফোংদোক্লি :- ' মৈদিংঙু

শেমবী খাগেম্বনা মহাকথক্তা শাবম্বা অথোইবা যুম, মনাই অথোইবা শেলবী কবো অক্রাচা থোইনা হেন্না মখুৎ মশা হৈবনা উত্রা যুমগী মওংবু থোক্লা মানলং নুংশিৎথোঙ্ ওইনা মনিং থংবা মাযকৈদা শাবনে। মৈদিংঙু শেম্বী খাগেম্বা মহাকথক্কী অথোইবা যুম শঙ্গাই-৯ ফাংনা শাবা যুমনে। যুমলেল মাদি মমাইদু-৯ ফাংবালেললনি'। চৈথাবোল কুম্বাদসু অসুম্না লাচল্লমই 'থিযাম খোমবগী কুম শক্ ১৫৫১ উত্রা শঙ্গাই শাই'।

মথক্কী ব্রাফম অসিদগী ঐখোযনা খঙবা ঙমলে মদুদি চহি কযাগী মমাঙদগী কংলাদা উত্রা শঙলেন শাবগী চৎনবী লৈবকখি। উত্রা শঙলেন কংলাগী হোজঙদা কোনুংগী ফজবা অমসুং চীং-লেম্বা হেন্নবা শাবম্বনি। নিংথৌনা শঙলেন অসিদা লেংথোবক্লগা লৈপাক্কী মচা-মনাইশিংবু উন্নবা মফর্মনি। মবর্মদি নিংথৌ উন্নবা লাকপা মীওই খুদিংমক নিংথৌনা লৈবিবা শঙ্গায যুম্ফম তান্না লোইনা চঙবা যাবমদে। মোগল নিংথৌশিংনসু মতৌ অসুম্না প্রজা মীযামগা উন্ননবা দিৱান-ই-আম অমসুং দিৱান-ই-খাস্ হাযদুনা নীংথীববা শঙলেন অনি শাদুনা থল্লমই; ঙসি ফাওবা শঙ্ অসি দিল্লীগী লাল কিল্লা মনুংদা লৈবিবদু উবা ফংবিগনি। উত্রা হাযবা শঙলেন অসিবু মদুগুম্বা অর্মনি; নিংথৌগী ফম্বালতোংফম শঙ্দি নঙে।

## (খ) ফম্বাল ফিজেৎ :

বৃটিশশিংনা ইবম্বা লাইবিকশিংদা থেংনবা যাম্না চাউবা অশোযবা অর্মদি মৈতৈ নিংথৌশিংগী ফম্বাল তোংবদা শেৎপা ফীজোল অদুগী মবমদনি। সাহেবশিংনা ইবম্মী মৈতৈ নিংথৌশিংনা ফম্বাল তোংবা মতমদা চীংমীশিংগী ফিজোল (tribal attire) শেৎলি। অসিনা তাকপদি মৈতৈশিং অসিসু ত্রাইবেল ওইবম্বনি; অনিমক্কী হৌবকফম পাবী পুবি অমত্তনি... অসিনচিংবা। হাযবিবা ব্রাফম অসি যাম্না হকচীন্না লৌই মবর্মদি মসিনা

মৈতৈশিংগী তোপ-তোপ্পা শক্তমদা চাউনা শীংনবা অমা লাকই। তরাইনা লৈথোকপা চুপ্লোই। তৌইগুম্বসুং ঙসি ফাওবা মনিপুরী স্কোলার কয়ানসু ত্রাইবেল দ্রেশ শেৎলগা কংলা মেন তোংলম্মী হায়বসি অসুম হায়বা থেংনৈ। মসি মুন্না মমুৎ তানা নৈনবা অমা মথৌ তাই। মৈতৈ নিংথৌশিংনা ফম্বাল তোংবা মতমদা (ফম্বাল তোংববু ফলাংমৈ তোংবসু কৌই) শেৎলম্বা ফিজোলশিং অদুবু (ত্রাইবেল দ্রেশবা ?) চীংমীগী ফিজোল্লা হায়বদু অমুক্তং য়েংমিন্নসি। মরমদি ঙসি মৈতৈ পূন্নমক্না খঙনীংলিবদি- অচুম্বদু করিনো হায়বসিনি। অৱাবদি, বৃটিশশিংনা নুংগী অথুপ্পা অর্থদি খঙদনা, মপান্থোংদা উবা খরা অমসুং খুত্থাংদা ফংবা ৱারী খরদা যুম্ফম ওইরগা ইরম্বা, মমল য়াওদবা ৱাহৈশিং অদুনা ওথোবিতি ওইদুনা ঙসি ফাওবা শাংলবা মতমসি কুপ্পা থিজিন্দনা লাক্লিবসিনি।

পণ্ডিত নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহনা ইবা Manipuri to Manipuri & English Dictionary,1964, দা ফম্বাল ফিজেৎ (নিংথৌগী ফিজেৎ) করি-করিনো হায়বা শুগায়না ইরি:- নিংথৌনা শেৎলিবদি লৈরুখক চারি নীংখম ফিরেন ফূরিৎ অমদি শোনফি হাইনীংখম; কোন্থা ফূরিৎ, ইন্নফি লেংদোম ফি হাইনীংখম। অদুগা লৈপাকলৈমগী (মহারানীগী) ফিনা ফিশেৎ লৈরেন লৈচাউ, কুমশঙ্ ফনেক্, কব্রং কানক্, কব্রং খাওন, থবাক্ ঙকথোম্, খুতোং খুতাং শম্ মহুক, তুংথাং অমদি ফৈজুরৈখাঙ্, ফুরিৎ শাচোনবা, ফিরেন কানক্, থারোন ফনেক্, শারোং নমথাঙ্, খোঙলি খাঙ্ফম্ নি। লৈপাকলৈমনা শেৎলল্লিবা ফিজোল অসি - ফনেক মরোল অহুম লোল্লগা শেৎপনি; খ্বাংদা শারোঙ্ অমসুং নমদা খাওনসু ওল্লি। অরিবা ফীজোল অসিগী শক্তম, অন্দ্রোগী পনম নিংথৌ হরাউবদা নিংঙোলমচাশিংনা ঙসি ফাওবা শেৎলিবসি উবা ফংবিগনি। মথক্তা মরীকচুম্না পঞ্জখ্রিবা ফীজোল অসিবু করম্না চীংমীগী ফীজোল ওইগদগে ?

## (গ) কংলা ফোর্ট :

কংলাবু বৃটিশশিংনা কংলা ফোর্ট হায়না কৌবমই, হৌজিকফাওবা শীজিন্নবা থেংনবি। কংলাবু ফোর্ট (লানবন) কৌবসী, পোৎশকসি মুন্না খঙদবদগী হায়বম্বনি খল্লি। ফোর্ট কদাযবু কৌবগে ? ফোর্ট হায়বদি.. buildings specially made or strengthened for the military defence of an area (OED)। অমুক্কস্ Fort is a fortified place usually occupied by troops শম্লপ্না হায়ববদা ফোর্ট হায়বসি লান্দাবকপা



চেকপনগী হৌজিক লেমহৌবিবা শক্তম

*ফোটো : অইবা*

ঙাকথোক্লবা লান্মীশিং লৈনবা যুম হায়বনি। মতাং অসিদা নীংশীংবা যাই ঙাবতকী বাজ্য কযাদা যেক্লবনা চঙবা ঙমদনবা হায়দনা শাবম্বা মমিং লৈববা ফোর্ট কযামকুম বেদ ফোর্ট (লালকিল্লা), বিকানিব, জৈশলমিব, উদযপুব, অম্বব ফোর্ট অসিনচিংবা। তৌগুম্বসুং মৈতৈশিংগী কংলাদি ফোর্ট নত্তে, কোনুংনি। বোযেল পেলেশ কমপ্লেক্স (Royal Palace Complex) হায়বনা হেন্না চুনবমগনি। কংলাব ফোর্ট হায়ববদি তোঙানবা ভাব অমবোমদা চৎখ্রে। কংলা অসিনা মৈতৈ নিংথৌশিংগী কোনুং ওইবা মবম্না, যেক্লবদগী ঙাকথোক্লবা তঙাইফদবা চেকাশন থৌবা চাশংদি মতীক চানা লৌখৎলমই। কংলাগী অকোযবা মাইল মবি অসি চেকপল খালম্মী। চেকপলগী বাংমদা কোযনা থাঙ্গপাৎ তৌদনা থম্লমই, মখোঙ অচৌবা মবি পালম্মী। থোঙ খুদিংমক্ সীফাই সন্ত্রী থমদনা অতিং নংথিল চুপ্পা চেকশীন্না ঙাকশেল্লম্মী। নোংচুপ থোঙদগী নিংথৌনা লৈবিবা শঙ্গাই যুম্ফম

য়ৌবা ফাওবদু থোঙ মঙানা মথং-মথং থৎতুনা লৈরম্মী। মসিদি কোনুং অমা ওইবগী তঙাইফদনা লৌখৎফম থোকপা চেকশীন থৌরাংনি; ফোর্টি নত্তে। সিপাই থম্নবা জাগা নত্তে। কংলাদি ফোর্ট ওইনা শাখিবা নত্তে; মরম অসিনা ঙসি ফাওবা কংলা ফোর্ট হায়দুনা অসুম শীজীন্নরিবসি, মুন্না ৱাখল খন্থবা মতম য়ৌরে।

## (ঘ) সিতাদেল : (Citadel)

মতৌ অসুম্না, কংলাগী ময়োন্দা লৈবিবা নিংথৌগী শঙ্গাই য়ুম্ফম অসিবু বৃটিশশিংনা ইরাই-লায়না সিতাদেল কৌরম্মী। হৌজিক ফাওবা ঐখোয়গী স্কোলারশিংসু সিতাদেল অদুম হায়রি। সিতাদেল (Citadel) কদায়বু কৌবগে ? সিতাদেলগী অর্থদি : Fortress on high ground overlooking and protecting a city (OED) অমুক্তসু Citadel (from the Italian Citadella signifying 'little city') a kind of fort, having five or six sides commonly erected on commanding eminences within towns. It is distinguished from castle by having bastion (Encyclopedia Americana)। শমলপ্পা অর্থদি - সিতাদেল হায়বসি ইতলীগী মরোলদগী লৌরকপনি; অর্থদি অপীকপা সহর মচা হায়বনি। সহর অমবু ঙাকথোক্লবা খর হেন্না ৱাংবা মফম অমদা শাবা ফোর্ট (লালবন) মখল অমনি। মরম অসিনা বৃটিশশিংনা শঙ্গাই য়ুম্ফমবু সিতাদেল কৌরম্লিবসি য়াম্না তৈনরে। নিংথৌগী ম্না শঙ্গাই অসি কংলাগী খ্বায়দগী তোঙবা শরুক-ময়াইমক্তদা লৈ। মসি নিংথৌগী লৈফমনি;সহর ঙাক্লবা শাখিবা সিতাদেল নত্তে। ইংরেজীদা হায়গে হায়রগা 'রোয়েল এনক্লোজর' হায়না ইরম্বনা হেন্না চুনরমদবনি মরমদি নিংথৌনা লৈরিবা শঙ্গাই য়ুম্ফম অসি মায়গৈ মরিদা গজ ২০০/ ২০০ শাংবা, ফুট ১৭/১৮ ৱাংবা চেকপন্না ৱাংনা খাজীল্লগা লৈবা

পলিকোর (enclosure) অমনি; সিতাদেলদি নত্তে। নিংথৌনা লৈরিবা চেকপন্না কোয়শীল্লিবা শরুক অসি থোঙ অহুম ফাৎলি- নোংচুপ, নোংপোক্ অমসুং খা থংবদা। খা থংবদা লৈরিবা অসি নিংথৌনা শ্রীগোবিন্দদগী মন্দির লাই খুরুম্বা লেঙথোরক্লবা থোঙনি মরমদি মদুনা খ্বায়দগী নকপা লম্বীনি।

## (ঙ) উমং লাই :

বৃটিশশিংনা মৈতৈশিংগী শেংলবা উমং লাইবু ফোরেষ্ট গোদ নত্রগা সিলৱান দেইতি (Sylvan deity) কৌরম্মী। মসিগী মখা শমথরকপা ওইনা-অইবা খরনা 'জঙ্গল ভগবান' কৌই। মখোয়না থোনবিরম্বা মমিং অসিনা ঙসি ফাওবা (মৈতৈগী স্কোলার কয়ামকমসু য়াওনা)উমং লাইবু ফোরেষ্ট গোদ হায়না অদুম ইবা থেংনরে। মসিদগী হেন্না লানবা অমসুং মৈতৈশিংগী কলচরদা অমুবা কালি হেন্না তৈশিনবা অমমুক্ লৈখ্রবোই। মৈতৈগী সমাজ অমসুং সংস্কৃতিগী অথোইবা ঈফুৎ অমা ওইদুনা চহি লীশিং কয়া লীশাং শীৎনা শাগোন্নদুনা লাক্লবা ঐখোয়গী শেংলবা উমং লাইবু ফোরেষ্ট গোদনি হায়বা মতমদা ঙসি ফাওবা কনানসু আপত্তি তৌনদে। মসি মুন্না খন্থরুদদনা ওইরম্বা য়াই। হৌজিক্তি ইংরেজী হৈবা মৈতৈগী স্কোলার কয়া মশিং লাকঙমদনা লৈবে; সাহেবশিংনা হন্দোক্লিবা অর্থ অসি অমুক্তং নৈনবিবা মতাং লাক্লে। ফোরেষ্ট গোদ হায়বসি হেক তাবদা ঐখোয়গী উমং লাই হায়বসি উমং-ৱামং, নারক-মোংশোং অমসুং জঙ্গলদা পঙলৈ লৈবা হিংচাবা, তমথীবা মীচাবগুম্বা লাই জাৎ অমগুম্বা অমগী শক্তম-পূক্লিংদা ফাওই। উমং লাইদি ফোবেষ্ট গোদ নত্তে। অদুদি, উমং লাই কবিনো ? পণ্ডিত ঙরিয়ানবম কুলচন্দ্র সিংহনা ইরম্বা 'কংলৈ হরাউবা' কৌবা লাইরিক্তা 'উমং লাই' হায়বগী অর্থ করিনো; 'লাই হরাউবা' হায়বা'সিগী নুংগী অর্থনা করিনো হায়বনচিংবা মরীক চুম্না শুগাইনা ইদুনা থম্বিরম্লে।

মনিপুরগী কলা সংস্কৃতিবু নুংশিবা মীপুম খুদিংমক্না তঙাইফদনা পাদবা য়াদবা লাইরিকনি। মদুতদা মৈতৈশিংগী অরিবা সভ্যতা অমসুং সংস্কৃতিগী অশেংবা শক্তম খঙবা ঙমগনি। পণ্ডিত অসিনা হায়বিরম্বশিংদগী খরদং লৌখৎচরগা-উমং লাই কবিনো হায়বদু য়েকচগে। উমং লাইগী 'উমং' হায়বা ৱাহৈ অসি সাধারন ওইবা অচম্বা ৱাহন্থোক্তা, উ-ৱা থন্না হৌবা বন নত্রগা জঙ্গল নৎত্রগা ইংবেজী লোনদা হায়রগা 'ফোরেষ্ট' হায়না অর্থ হনবা লাল্লি। মসিদা শীজিন্নরিবা 'উমং' হায়বা ৱাহৈসি - 'উবা' অমসুং 'মংবা' হায়বা ৱাহৈ অনিগী সন্ধিদগী, উ+মং=উমং ওইখিবনি। শম্না হায়রবদা, উনা-উনা মংশিনখিবা নত্রগা মমশীনখিবা লাই 'উমং লাই' হায়বনি। নুংদা ফুমদুনা লৈরিবা মমল য়াল্লবা ৱাখল্লোন অসিদি হিবম অসোমদা মুন্না থিজিল্লবা পণ্ডিতশিংতনা খঙবনি। বৃটিশশিংনা উমং লাইগী মরমদা ফংলিবা ৱারিগী লীখুল অমসুং অর্থ অসি মতীক চাববা মৈতৈ মায়চৌশিংদগী নত্রে হায়বা ময়েক লানা উরে। মনাক নক্না লৈবা মীনাই-মীশনশিং-চাকথোংবা, খানসমা, শগোল শেনবা, শজীক ফানবা, ওর্দলি.. অসিনচিংবা লাইরিক লাইশু খঙদবশিংদগী ফংবা ৱারী ওইরম্বা য়াবগী ওইথোকপা লৈ। মরমদি সাহেবনা হংবদা, নুংগী অর্থদি খঙদবনিনা শোয়দনা পাউখুম পীরমগনি-'উমং' হায়বদি 'জঙ্গল'; 'লাই' হাযবদি 'ভগবাননি'। বুদ্ধি লৈরবা ইংরেজশিংনা, মরম অসিনা উমংদা লৈবা লাইদি 'ফোরেষ্ট গোদনি' হায়খিবনি। মসিমক্ ইশাগী মোংতা মতৌ করম্না উমং লাইনা ফোরেষ্ট গোদ ওনখিবনো হায়বগী শম্লপ্পা ইতিহাস ওইগদ্রা হায়না নীংজে। অৱাবদি, লাইরিক-লাইশু নীংথিনা হৈরবা মনিপুরী স্কোলর কয়াসু ঙসি ফাওবা উমং লাইবু ফোরেষ্ট গোদ হায়না অদুম্মক শীজীন্নরি। মসি খুদক্তা থাদোকপনা মৈতৈগী অশেংবা কলচরগী অচুম্বা খোঙথাং ওইগনি। অদুগী মহুত্তা মৈতৈগী উমং লাই ইংরেজীদসু "Umang Lai" হায়না অদুম্মক অর্থ হনবনা হেন্না ফজবা হেগনি। খঙনীংবা মীনা মনুং

হুজিন্না থিজরকপা ওইসনু। উমং লাইবু 'সিলভান দেইতি' হায়না অর্থ হন্দোকপসু তোয়না থেংনরে। সিলভান দেইতি হায়বসু ফোরেষ্ট গোদ হায়রিবনি। মরম অসিনা উমং লাইবু সিলভান দেইতি হায়বসু অরানবনি; লানবদগী হেন্দোক্তুনা ৱাহৈ অসিনা থোইনা হেন্না মৈতৈগী উমং লাইবু মশক থীহল্লে। 'সিলভান' হায়বসি করি পোৎনো ? সিলভান হায়বা ৱাহৈ অসি লাটিনগী ৱাহৈ সিলভানসতগী লাকপনি। সিলভানস হায়বসি লাই নৎত্রগা লাইগুম্বা জাৎ অমনি। মহাকসি মশাদি মী ওইরগা, মচি পাল্লি অমসুং মখোঙগী লোংখূমদি হামেংগী পাল্লি। গ্রিকশিংগী লাই 'সিলেনি' অমসুং 'পান' গা হাইরপ মান্নে। মহাক অসি খুঙ্গংগী সিমানা ৱাংমদা, লৌ-শীং উদবা, মী তাদবা অশোঙবা মফমদা লৈ। মশক উগে হায়বা পাক-পাক ফংদে; মশক্ শক্লোন ওস্থোক্লগা লৈবসু ঙমই অমসুং মাবু ওক্করুবদা অমাঙ-অতা থোকপা য়াবা য়াম্না কিনীংঙাই ওইবা লাই অমনি। মী-পোং তাদবা, খুঙ্গংগী ৱাংমদা কোয়চৎ চৎত্তুনা লৈবা লাই অদুবু সিলভান হায়না খঙনরম্মী। ৱাহৈ অসিদগী ইংলিশ লিতরেচরদা, রেতোরিক (rhetoric) ওইনা, সিলভান হায়বসি উমংগী ভাবতা শীজীন্নরমই। অদুবু ৱাহৈ অসিগী হৌরকফমদি কয়াদা মশক থীখ্রবনো ? মৈতৈগী উমং লাইবু 'সিলভান গোদ' কৌবা মতমদা ঐখোয়দা থোইনা লেমজনীংঙাই ওইদে। উমংলাইদি ইংরেজীলোন্দা উমংলাই হায়না অদুম্মক অর্থ হন্দোকপনা ঐখোয়গী কলচরবু ঙাকপগী অশেংবা খোঙথাং ওইগনি।

## (চ) লাই হরাউবা :

বৃটিশশিংনা লান্না-লান্না শীজিন্নরম্বা ৱাহৈ'মনা লাই হরাউববু 'মেরি মেকিং ওফ দি গোদস' নত্রগা 'গোদ হেপিনেস'... হায়না ঈরাই লায়না হেক্তা অর্থ হন্দোকই। লাই হরাউববু মেরিমেকিং ওফ গোদস হায়না অর্থ হন্দোকপা মতমদা লাইহরাউবগী ৱাংলবা নুংগী অর্থ পুম্বা পুম্মাঙ্

মাঙখ্রে। লাই হরাউবা হায়বসি করিনো ? অতিযা গুরু শিদবগী পীবুক্কুংদগী লাই মযাম্বু হোই লাউদুনা মপান্দা হোইদোবকই হায়বগী 'লাই হোই লাউবা' কৌই। মতুংদা লোল থৈথবক্কুনা-লাই হোই লাউবদগী লাই হরাউবা লাকখিবনি। লাই হরাউবগী জগোয অসি মেবিমেকিং ওফ গোদস নত্তে তাইবঙ্ লৈশেল্লমকপগী জগোযনি। Dance of creation হায়না অর্থ হন্দোকপনা হেন্না অচুম্বা ওইগনি। কনা-কনাগুম্বা স্কোলাব খবনা অতোপ্পা মোত অমা ফোংদোবকপসু থেংনৈ মদুদি ইবেজীদা অমুক অর্থ হনবগী মথৌ তাদে; Lai Haraoba Dance হায়না অদুম লৈজসনু। মসিসু যাম্না ফজবা ৱাফম অমনি; ঐখোয যানীংই। লাই হরাউবগী জগোযদা উৎলিবসি মালেম লৈশেম্বা লোইববা মতমদা মদুদা খুন্দা লৈতাহন্নবা তাইবঙ্ মী শেল্লে। মীওইবগী হকচাং কাযাৎ মযাম মথং-মথং শাবকপগী জগোই যাওবি। মথংদা তাইবঙ্ শেল্লবা মতুংদা লৈননবা যুম শাবগী জগোই শাই। অদুগী মতুংদা পাম যান্দুনা লৌ শিং উবা হৌবক্লে মদুগী তোঙানবা জগোই মতাং অমমুক... মতৌ অসুম্না মীওইবগী হৌবকফম, সভ্যতা অমসুং লৈতা খুন্দাবকপবু জগোযগী মতেংনা ফোংদোকপা জগোই অদুবু লাই হরাউবা জগোই কৌই; মেবিমেকিং ওফ দি গোদস্তি নত্তে। খণ্ডদবা ইংবেজশিংনা হায়বল্লবসু ইংবেজী নিংথিনা খণ্ডলবা মৈতৈগী স্কোলাবশিংনাদি বাহৈ অসি থাদোকপনা চুমগনি। মদুগী মশুঙা অর্থ হন্দোকপীদনা, উমং লাইবু উমং লাই হায়না অদুম থম্বগুম লাই হরাউবসু ইংবেজীদা লাই হরাউবা হায়না অদুম্মক অর্থ হনবনা ফগনি।



# তাঙবল্লোয় চাবা

যেল্লৌঙৈদগী হৌনা মৈতৈ নিংথৌশিংনা পীবম্বা মনাশিংগী মনুংদা খ্বাযদগী মগুন লৈবা অমসুং চাং লেম্বদি 'তাঙবল্লোয চাবা' হাযবা মনা অসিনি। শ্রীনিথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহগী 'অবিবা মনিপুবী সাহিত্যগী ইতিহাস' কৌবা মনিপুব ষ্টেট কলা একাদেমীনা ফোঙ্বা লাইবিক অসিনা যুম্ফম ওইবগা, 'তাঙবল্লোয চাবা' হাযবা মনা অসিগী অশেংবা শক্তম খঙবা ঙমগনি। তাঙবল্লোয চাবা হাযবসি চাগে হাযবগা চাবা যাবা মনা নত্তে নত্রগা নিংথৌনা চাল্লি, মবী-মতা থোকই হাযনা মীপুম খুদিংদা পঙপী পীবা যাবা মনাসু নত্তে। মনা অসিদি অকন-অথৌদা পীবা শুপ্নগী শাফা-লানফাগী ওইবা খ্বাযদগী অৱাংবা মনানি। "লালশীং ১০০ ফাববা নত্রগা শাশীং ১০৫ ফাববা নত্রগা নিংথৌগী মখ্বায কন্না শা ফাবা নৎত্রগা

লান্দা যেক্লবগী মাযকৈগী নিংথৌ ফাবা, নৎত্রগা নিংথৌগী মথ্বায কনবা অঙম-অথৌশিংদা পীনবা মনানি। তাঙবল্লোয চাববা অঙম্বশিংদি চীঙ্গোন থেন কাবসু যাবে। তাঙবল্লোয চাবা অথৌবশিংদা, মনা অসিগা লোযননা পীবম্বদি নিংথৌ ফি ওঙ্গা (হকচাংগা) খুৎফা শাকোনবা, খোঙ্গ্রাই মথক মখা, খুবোম যাই শিবোনবা, খূদাং যাই চৌখুবা, খুৎশি, তানশি, উবিকশেৎ, নোংনিংখোই, যেন্দু লাংমৈ, সনা লৈখম, সনা লীক লীকতোম, লৌপবি ৫০ ইল্লি'। লৌ পবি ৫০ অসিগী মথক্তা, তাঙবল্লোয চাবিবা অঙম্বা অদুদা নিংথৌগী তালোয নৎত্রগা, মচানুপী অমা থাজবসু চৎনবমই। মথক্তা পঞ্জাখ্রিবা থোইদোক হেন্দোকপা থবকশিং অসি পাঙথোকখিদবা অঙম্বা অমত্তদা 'তাঙবাল্লোয চাবা' হাযবা মনা অসি ফংবা যাদে।

নিংথৌ মথ্বায কন্না শা ফাবা-(১) মোইবাং নিংথৌবু কৈনা চাগদৌববা মতমদা পুবেম্বনা কৈ তবেৎ চঙনা ফাখি হাযবা মোইবাং কংলৈবোনগী বাবী ঙসি ফাওবা শক্লবি শোন্নবি। মোইবাং নিংথৌবু মথ্বায কনবগীদমক্ পুবেম্বনা তাঙবল্লোয চাখি, লোযন লোযননা নিংথৌনা মহাক্কী নুপী অতোম্বী, মতমদুদা গর্ভ লৈববী, ঙাংখৈলেমবু, পুবেম্বদা তালোয ওইনা মনা পীখি। (২) খাগেম্ব মহাবাজগী মতমদা মযাংশিংগা তৌবুলদা শোক্লবা লান্দা, নিংথৌনা শগোলদগী তাদুনা যেক্লবনা মঙৎ কক্লগে .তৌবা মতমদ লাইবিকমেংবম নোংশাম্মৈনা (অশেংবা মমিংদি ধনঞ্জয কৌই; নোংশামুক থৌই হাযদুনা নোংশামে হাযনা কৌনখি) মযাংদ হাৎতুনা খাগেম্বা কনবা মতমদা, নোংশাম্মৈবুনা শামু মথক্তা তোংহল্লগা খাগেম্বা

মহবাজনা মখোঙনা মতুং ইন্দুনা লাকখি। নিংথৌনা লানদা মায পাক্লে পাউ ফংবদা, অথেনপোৎকা লোযননা ওক্লবা ঙাইবল্লিবা লৈমকোনগী নিংথেমনুবীশিংগী মফমদা অঙকপা দৃশ্য অমা ওইনা থোক্লমই-কবিনো নিংথৌনা, লৈপাক্তা খোঙনা লেঙবা অদুগা নোংশামৈনা শামু তাযবোৎ মথক্তা নুংঙাইনা ফম্বা ! খাগেম্বা মহাবাজগী মথ্বায কনবগীদমক্ নোংশামৈ তাঙবল্লোয চাখি। অপাম্বা মনা অমা হাইযু হাযনা নিংথৌ সনা যাথং ফংলবদা, নোংশামৈনা ননাই ইশাগী ওইনা অপাম্বা অমত্তা লৈজদে। ননাইগী লাইবিকযেংবম শাগৈ অসিনা সনাকোনুংগী লাইবিক ইবা-খোৎপগী থবক অসিতংদি পীবিয্ হাযদনা নিজখি, নিংথৌনা বাফম অদু অযাবা পীখিবমই। লাইবিকযেংবম শাগৈ অসি যেলহৌভৈদগী ওইনা লাইবিক-লাইশু হৈবকপা কাঙব্ ওইবমই।

(৩) অতোপ্পা বাবী অমত্তংগা লীজবগা, তাঙবল্লোযগী ব্রাবেং অসি 'সিব্রাইদা তেনশিঞ্জবে। নিংথৌখোংজা মেঞ্জবনা হবিদিগব কোংনুংদগী কাছাব নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্র ফাকুবগী মনা ওইনা তাঙবল্লোয চাখি। মতমদুদা নিংথৌখোংজা মেঞ্জবগী নুপী নিপান লৈবিব্রনি। অদুবু তাঙবল্লোয চাবগী মনা ওইনা নিংথৌমচানুপী অমসু অমুক্তা লুহোংদুনা পীবা তাবমই। চন্দ্রকীর্ত্তি মহাবাজগী মতমদ্দা থাজ যোঞ্জবা যাবা মচানিংঙোল অমত্তা লৈতবা মবম্লা, নিংথেম শাগৈদা কনাগী থাজবা যাবা নিংঙোল লৈবগে থিনবম্মী। মমৈথঙদা, মবুধৌ অনন্তশাই মন্ত্রীগী মচানা পোকপা, মশুনুপী থাজ-যোঞ্জবা যাববী অমা শগোলবন্দ মন্ত্রী লৈকাযদা লৈবমদুনা, নিংথৌখোংজা মেঞ্জবগী মাপন শুবা নুপী ওইনা লুহোংদুনা পীখি।

মতৌ অসুম্না, থোইদোক হেন্দোক্লা মতীক মথৌনা লৈবগীদমক থাঙ্গাল জেনেরেল তাঙবাল্লোয় চাখি। থাঙ্গাল কৈদি ফাখি তোইগুম্বাসুং কৈযাংদি থেকখিদে।



# অপোং ইংখোল

পোংশিংবু মৈতৈশিংনা অপোং কৌই। পোংশিংনা লৈবম্বা মফমদুবু অপোং ইংখোল হায়না খঙনবকখি। কংলা মনুংদা চেল্লম্বা ইম্ফাল তুবেলগী মথক্তা ইনা মথক্ কূপ্পা উগী থোং অমা লৈবম্মী। মসি নিংথৌনা লৈবিবা শঙ্গাই যূম্ফম অদুগী হেক নোংপোক্তনি অমসুং থোং অদুগী মমিং নোংপোক থোং হায়না খঙনবমই। নোংপোক থোং শাবম্বা মফম অদু ইম্ফাল তুবেলগী খোঙনুংদা থোংখোঙ্ অতেকপগী শরুক খবা ঙসি ফাওবা উবা ফংলি। নোংপোক থোং লাম্বোক্লগা, নোংপোক থংবা মাযকৈদা নোংমাইজিং চীংখোং ফাওবা শন্দোকখিবা লম অসিবু 'অপোং ইংখোল' কৌই। মফমসিদা পোংশিংনা চহি ১০ লৈবমই। ঙসিদি মফমসিদা মী তাশিনখিবা অমসুং খুল শেমগৎখিবনা মবম ওইদুনা অপোং ইংখোলগী শক্তম পূম্মাঙ্-মাঙখ্রে। ঙসিগী চাবোল অসিনা মমিং ফাওবা তাখিদ্রবনা অপোং হায়বসি কবিনো

হায়বা অমত্তা খঙনদ্রে। কংলাগী ৱারী মথং-মথং ইরকপদা, পোংশিংগা মৈতৈগা লৈনরম্বা মরী অদু অমুক নৌহৌননা নীংশিংবা মতাং য়াম্না চারে

অপোং ইংখোলদি ইতিহাসকী ঈরোলনুংদা লূপখ্রে; মমি ফাওবা উবা ফংখিদ্রে তৌইগুম্বসুং 'অপোং লম্বী' দি ঙসি ফাওবা লৈরি; মীয়াম্না শীজিন্নরি। নোংপোকথোং লাল্লগা মিনুথোং হাটাদগী নোংপোকলোমদা চুমদ্রিং চৎখ্রিবা লম্বী অসিনা কোংবা তুরেলদা থেংলে; মদুসু লানথোক্লগা শেলোই লংমাইচীং ফাওবগী লম্বী অসি ঙসি ফাওবা অকোয়বদা তারিবা খুঞ্জশিংনা 'অপোং লম্বী' হায়না অদুম্মক কৌনরি। পোং হায়বসি করম্বা কাঙলূপ্নো? মখোয়না মৈতৈ লৈবাক্তা চহি তরা লৈরম্মী হায়বসি করম্বা ফীভমদা লৈরম্বনো? মখোয়না মৈতৈশিংবু মায়থীবা পীদুনা, মৈতৈশিংগী মথক্তা নিংথৌ ওইনা পান্দুনা লৈরম্ব্রা .... অসিনচিংবা ৱাহং কয়ামরূম চোংথোরকই। ঙসিদগী চহি লীশীং অমা চহুমলোমগী মমাঙগী লিরবা অমসুং শাংলবা ৱারীনি। অকাউবগী লৈরোন্না মথং-মথং কূপখ্রবা, কংলাগী লৈমায়দা ফুমদুনা লৈখ্রবা তাঙলবা ৱারী অসিবু তুংদা লাক্কদৌরিবা চারোলগীদমক্ শুগাইনা পাওদমজনিংই মরমদি মণিপুরগী ইতিহাস অমসুং সংস্কৃতিদা কাঙলুপ অনিসিগী তৎন-থানা য়াদ্রবা লেঙদ্রবা শরুক য়াওরি।

পোং হায়বা কাঙলুপ অসি চিনাগী খা থংবা শরূক্, ব্রম্মদেশগা তাইনবা লমদা, নিপালশুবা শতাব্দী অদুৱাইদা মতীক মঙাল নাইনা পাল্লম্বা শান কাঙলুপনি। মৈতৈশিংনা পোংশিংবু 'কবো' হায়নসু খঙনৈ। মতম অমদা মণিপুরগী পোলিটেকেল এজেন্ট ওইরম্বা কেপ্তেন আরঃ বিঃ পেমবর্তনগী 'রিপোর্ট ওন দি ইষ্টর্ন ফ্রন্তিয়ার ওব বৃটিশ ইণ্ডিয়া' হায়বা লাইরিক অসিদা কেপ্তেন পেমবর্তননা শানশিংগী ক্রোনিকলগী ইতিহাস মরীক চূম্না ইদুনা থম্লমই। মহাক্কী মতমদা শানশিংগী ক্রোনিকল

(নিংথৌরোলগী ৱারী) অদু মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লম্মী। অরিবা মৈতৈ ময়েক্না ইরম্বা শানশিংগী ৱারী ৱাখোঙ্ য়াওবা পুয়া অদুগী মমিং 'সোরারেনগী মচানা খুনগুম্বা অমসুং পোংগা মৈতৈগা লময়েন' কৌই। ঙসি ফাওবা খুৎই ওইনা লৈরি (মণিপুরগী স্কোলার অমনা লাইরিক ওইনা অথুবা মতমদা পুথোক্লবা হোংনবগী পাউ ফংই) কেপ্তেন আরঃ বিঃ পেমবর্তন (মৈতৈশিংনা শেংনা হায়বা থোকতদুনা মহাকপু 'পেমতোন সাহেব' কৌই) গী রিপোর্টতা য়ুম্ফম ওইবগা, পোংশিংগী শমলপ্না ইতিহাস মখাদা পীজরি।

পোংশিংনা মণিপুরদা লাক্লম্বসি ইতিহাসকী অঙন্বা মতমদনি হায়বদি মৈদিংঙু নাউথিংখোংনা পানবা মতমগী অরোইবা শরুক্তগী মৈদিংঙু খোঙতেকচানা পানবা মতম ওইগনি। 'শকাব্দ ৫৮৫ (খৃষ্টগী চহি ৬৬৩)দা নাউথিংখোংনা নিংথৌ ওইএ। শকাব্দ ৬২০ (খৃষ্টগী চহি ৬৯৮) পোং নিংথৌ সু-কান-ফাগী মনাউ নিপা সাম-লূংনা পাশা (পেমবর্তন্নদি 'বাশা' হায়না ইরম্মী) য়ৌনা লোই চল্লুরগা মৈতৈগী লমদা থোক্লক্তুনা অপোং ঈঙ্খোলদা চহি ১০ লৈরমএ। অৱাংলমদা ইরিল মকুলমদা চৎখিএ' (চৈঃ কুঃ) পোংশিংনা মণিপুরদা লাক্লম্বসি শানশিংগী ক্রোনিকলদা মরীক চুম্না ইদুনা থম্লম্মী। তৌইগুম্বসুং লাক্লমবা চহিদি অমগা অমগা খবা ননশিন্নরে। চহি ৬০ রোম চেন্নরে; অদু ওইদুনসু মচং ওইবা ৱাবোলদি অনিমক্তা চপ মান্নে। পোংশিংনা মৈত্রবাক্তা চহি ১০ লৈরম্মী হায়বসিদি লেঙ্দ্রবা ৱাফমনি। এনসাইক্লোপেদিয়া বৃতানিকাদসু ৱাফম অসি মযেক শেংনা ইদুনা য়াওরি। ঙসি ইতিহাসকাব অমসুং কলচব অমসুং হেরিতেজবু নৈনবা স্কোলারশিংগী মফমদা থোইদোক্লা মমল লৈবিবা ৱাফমদি - পোংশিংগী সভ্যতাগী মমিনা, ঙসি চহি লিশিং অমা হেল্লবা ফাওবা মৈতৈ লৈবাক্তা তারিবা অসিনি। 'পোং হৱাই' ঐখোয়না ঙসি ফাওবা পাকশন্না চানবি। 'পোং হৈতোল' (ৱাহৈ থৈথরক্তুনা, পুংতোল নৎত্রগা পুংদোল কৌনরকখি) হায়বা হৈ অসি হীদাক্লি, মাগী মনা অসি ইতোন ফাইবা ফৈ হায়দুনা

পোংশিংনা ইহান হান্না মৈত্রবাক্তা পীরম্বনি। কবোশিংনা খুন্দারম্বা মফম অদুবু 'কবো লৈকায়' হায়না খঙনরম্মী। সরকারগী রেভিন্যু রেকোর্দতা ঙসি ফাওবা 'কবো লৈকায়' হায়না অদুম্মক ইরি (হৌজিক্কী দিঃ এমঃ কলেজ, দিউলালেগু, লো কলেজ, সেকেগু এমঃ আরঃ, হোতেল ঈম্ফাল লৈরিবা মফমশিং অসিনি)। পোংশিংনা শেমলম্বা লম্বীবু 'অপোং লম্বী' হায়না হৌজিক ফাওবা খঙনরি।

খৃষ্টগী চহি ৭৭৭দা পোং নিংথৌ শিরবদা মচানিপা অহল সু-কান-ফানা নিংথৌ ওইখি। মহাক্না মনাওনিপা সাম-লুং-ফাবু শক্তি লৈবা অচৌবা লান্মী অমগী লুচিংবা ওইনা হাপ্লগা নোংচুপলোমগী থংনবা লৈবাকশিং জয় তৌবা থারম্মী। মশীং লাকঙমদ্রবা শগোল শামু ময়াম পুরদুনা চীংগী লম্বীদা চৎত্তুনা পোংশিংনা পাশা (বাশা) নিংথৌগী লৈবাক্ জয় তৌরম্মী। কেপ্তেন পেমবর্ত্তনগী মতুংইন্না বাশা হায়বা লম অসি থায়নগী অরিবা কোনুং বঙ্গ ওইবম্বা য়াই হায়রি। বাশা নিংথৌগী লৈবাক্ অসি লৌশিল্লবা তুংদা সাম-লুং-ফানা তখেল (ত্রিপুরা) য়ৌরক্তুনা লৈবাক অদুবুসু লোই চল্লম্মী। তখেল লৈবাক্তগী, চীংগী লম্বীদা তুবৎ শমদুনা হল্লক্লগা মোইরাংগী মনাক্তা কুমথরক্তুনা মণিপুর তম্পাক য়ৌরক্লমই। হায়রিবা থৌদোক অসি চহি লীশীং অমরোমগী মমাঙদা থোকখিবনি। শম্না হায়রবদা, পোং লৈবাক্কী ঙমখৈ অসি নোংচুপ্তা আসাম ফাওবা পাক চাউনা শন্দোক্লম্মী। সাম-লুং-ফানা আসামদা লৈরিঙৈ মতমদা মহাক্কী লোয়নবী অমসুং মচানিপাসু মফম অদুদা লাক্তুনা মখোয় ইমুং মনুং পুন্না পানখি। মচানিপাদুগী মমিং চৌনাখুম কৌই। আসামদা পাল্লম্বা অহোম নিংথৌশিং অসি মঙোন্দগী শমথরকপা চাদা-নাউদানি হায়না থাজনরি। অহোমশিংগী বুরুঞ্জিদসু (রোয়েল ক্রোনিকল) মখোয় অসি শানশিংদগী হৌরকপনি হায়না ইরি। পোংশিংনা তামথ্রবা ব্রহ্মাদেশদগী আসাম য়ৌনা মখোয়গী লোই-লম শন্দোরকপা অসিনা খ্বায়দগী অঙনবা মতমদা ইন্দো-চাইনিজ কাঙলুপকা ভারতকী নোংপোক চিদাইদা লৈবা কাঙলূপশিংগা শম্নরকপা



**কুশি নগরদা লৈরিবা বুদ্ধদেবনা মহানির্ব্বান ফংবগী মুর্ত্তি (reclining Budha)**

খ্বায়দগী অহানবনি। মতম শাংনা মণিপুর তম্পাক্তা (মৈতৈ নিংথৌনা লৈবিয়ু হায়জবদগী) লৈরম্লবা তুংদা পোংশিংনা ইবিল তুরেলগী মরুরোমদা তুরেলগী খোংলম তুংইন্না অৱাং পাংনা চৎখিদুনা মরৈবাক পোং য়ৌখিরমই। পোংশিংনা মতম শাংনা লৈরম্বা মরম্না মণিপুবদা বৌদ্ধ ধর্ম্ম অমসুং মখোয়গী কলা-কৃষ্টি অমসুং সংস্কৃতিগী মমি তাদুনা লৈহৌই। লৈবাক অসিদা লৈপাক তৌথোকপদগী ফংবা লাইগী মুর্ত্তি অয়াম্বা বুদ্ধদেবগী শক্তমনি। ময়ামদুগী মনুংদা মণিপুরদা খ্বায়দগী মীয়াম্না খঙনবদি ইঙৌরোক্তা লৈরিবা, ইঙৌরোক মহাদেব অসি পোংশিংনা লাৎলম্বা বুদ্ধদেবগী হিপ্তুনা লৈবা শক্তমনি (reclining Budha)। কাইনথংদা মৈতৈনা হিন্দু ওল্লক্পা মতদা, ইঙৌরোক মহাদেব ওইনা ঈরাৎ-পূজা তৌবা হৌনখিবনি।

মতমকুইনা মৈত্রবাক্তা লৈখিবদগী শানশিংগী ঈ মৈতৈগা তিনশিন্নখ্রে। শান কাঙলুপ কয়া মৈতৈগী য়েক-শলাই মনুংদা চঙখ্রে। শানশিংগী মশক মতৌ, শাওং শাদা কয়াদা মৈতৈশিংগা য়াম্না মান্নবদগী বৃটিশগী অইবশিংনা মৈতৈশিং অসিগী হৌরকফম শান লৈপাক্তগীনি হায়না ইরম্মী। মসি পূমচুম চুম্বা ৱাফমদি নত্তে; ঙসি ফাওবসু নৈনবা লেপত্রি। মৈতৈশিংগী হৌরকফমসি খবগা হেন্না মখাতানা থিজিনবা অমা তঙাইফদে।

মথক্তসু পঞ্জখ্রে - পোংশিংনা মৈতৈ লৈবাক্তা চহি ১০ পান্দুনা লৈরমই হাযবসি। পোংশিংবু মৈতৈ নিংথৌনা অদুক্কী মতীক লুনা চান্না তৌবা অমসুং ঈকায়খুম্নবা ব্যবহারগা লোযননা মৈতৈ লৈবাক্তা মতম খরদং

লমদন্দুনা পোত্থাদুনা লৈবিনবা হাযবল্লিবসিগী চাউববা মবম অমা লৈ। মীপূম খূদিংনা হংনীংলিবা ব্রাফমদি অনি অসিগী মবক্তা কবম্না থোইদোকপা মবী লৈবগে? কূপ্না থিজিল্লুবদগী খঙ্‌বা ঙম্লে - পোংশিংগা মৈতৈগা মচীন-মনাও থোকনৈ; পু তিন্নে। চৈথাবোল কুম্বাবদা ইবি - 'পোং নিংথৌ চৌফা খেখোম্বগা ক্যাং খম্বাট্ জয় তৌদুনা হল্লকপদা মশু-মপু চহি হংনৈএ'। মৈদিংঙু ক্যাম্বান। পোং নিংথৌদা ইপু কৌবির্বাসিগী কবি মবম লৈবগে? ক্যাম্বদগী পোং নিংথৌ চৌফা খেখোম্বনা হল্লিবসি চহি ২০ বোমদনি। অদুবু মিংগৌনা যাদদনা 'ইপু' কৌবনি মবমদি কাঙলুপ অনিমক্ অসি নোংতা লাইবেন পাখংবগী মচা ঙাক্তনি। "নোংতা লাইবেন পাখংবনা মৈতৈ লৈমা লাইস্না পান্নদুনা খুযোই তোম্পোক পোকএ। শকাব্দ ৭৬ (খৃষ্টগী চহি ১৫৪) দা খুযোই তোম্পোক্না মৈত্রবাক্কী নিংথৌ ওইএ।" (চৈথাবোল কুম্বাবা) "পাখংবনা লৈশুক লৈশোই যাম্বীগা লিলামপিগা পান্নদুনা পোংগা পাইখুগা পোকএ (পাইখুনা অবা ওইখিএ)। মপানা পোংথাং মনা মানবা থাঙ্ অমগা চৈশুথাঙ্ মানবা অমগা পীবগা পোংবু নোংপোক মাযগৈ ঙাকউ হাযনা থাখি" (থাঙলেন থাঙচৎ)। মথক্তা পঞ্জাপ্রিবা ঈগী মবী অসি লৈবনা মৈতৈগা পোংগা নুংশি চান্নবা পানমিন্নবকপনি। মদুগী লাববা খুদম অমা মৈদিংঙু ক্যাম্বগী মতমদা (১৪৬৭-১৫০৭) উবা ফংঙী। ক্যাম্বনা পোং নিংথৌ চৌফা খেখোম্বগা মীচঙ্ ওইদুনা ক্যাং খম্বাট লোই চল্লম্মী অমসুং মৈতৈগা পোংশিংগা লম যেন্নদুনা লৈবাক অনিগী ঙমখৈ যাথোক্লম্মী। লানঙম্বগী নুংঙাইবা ফোঙদোকপা ওইনা নিংথৌ অনিনা মাগী মাগী লমদগী পুনবকপা লৈজবা অচা অথক্ পুথোক্লুনা চামিন্নবে। মৈতৈ নিংথৌনা ঙাপ্রুম শিংজু পুথোকই হাযনৈ অমসুং পোং নিংথৌনা ক্কাগোক পুথোক্লুনা অনিমক্ ক্কা চামিন্নবমই। মৈতৈ নিংথৌনা নুমিৎ অদুদা ক্কা পান্বী অমা থাবমই হাযবগী লমদম অদুবু ঙসি ফাওবা ক্কাথা হাযনা খঙনবি। নিংথৌ অনিনা সনাগী লীফক্ মথক্তা ফমদুনা, পাত্র অমত্তদগী ঈশিং থকমিন্নদুনা ঈগী মবী ওইবগী নুংশি চান্নবা ফোঙদোক্লবম্মী। অদুগী মতুং তাবদা নিংথৌ অনি খূদোলপোৎ

শিন্নরমই- পোং নিংথৌনা মখোযগী পেবেশিংগা খোংবা অমগা মৈতৈগী শেক্তা পূংয়েবা অমগা শিন্নবম্মী (চৈথাবোল কুম্বাবা)। তৌইগুম্বসুং কুম্বাবা অমসুং শানশিংগী ক্রোনিকলদসু থেংনদবা রাফম, অদুবু যাম্নদি মরু ওইবা, অমদি - মৈদিংঙু ক্যাম্বনা লমাংদোংদা লাৎলম্বা বিষ্ণুগী মুর্ত্তি অদুগী মরমদনি।

মীযাম্না চীন্থাংদা ঙসি ফাওবা তানবিবা রাবীদি - পোং নিংথৌ চৌফা খেখোম্বনা ক্যাম্বা নিংথৌদা বিষ্ণুগী মূর্ত্তি অমা খুদোলপোৎ ওইনা পীবম্মী হাযবা অসিনি। ক্যাম্বা নিংথৌনা লমাংদোংদা ফুবা অমা শাবগা মূর্ত্তি অদু লাৎপা হৌখি হাযবগীদমক লমদম অসিবু বিষ্ণুপুব হাযনা কৌর্নখিবনি। রাবী অসি চহি ৫০০ হেল্লবা মতুং ঙসি ফাওবদা মৈতৈ পূম্নমক্না থাজদনা লৈরিব। মতুং শমথবকপা ওইনা, বিষ্ণুগী মুর্ত্তি অদু মৈত্রবাক্তা পার্নখিবা নিংথৌশিংনা মশাগা শাগোন্নদুনা কোনুংগী সনা শঙ্গাযনুংদা থমদুনা নিংথৌবোল মথং মথংনা সেবা চৎতুনা ঙসি ফাওবা লাক্লি। নিংথৌনা চৎপা খূদিং বিষ্ণু লোযনৈ। লৈবাক্কী অচৌবা কুম্মৈ-ফিযোং খূদিং - হীযাঙ তান্নবা, রাক যাত্রা, হৈগ্রুহিদোংবনচিংবদা বিষ্ণু লেঙথোকই। হীন্দু বৈষ্ণব ভক্ত সমাজনা ঙসি ফাওবা বিষ্ণুনি হাযনা থাজনদুনা ভক্তি অমসুং শ্রদ্ধাগা লোযননা ঈবাৎ পূজা তৌনবি। থাজবা অদুবু ঐনা ঈকাইখুম্নজৈ।

তৌইগুম্বসুং, বাফম অসি হৌজক্তি খবদং মমং তানা, মনুং হুঞ্জিন্না অমসুং মখা তানা খাজিনবা অমা মথৌ তাবক্লে শাংজৈ। মুর্ত্তি অসি হেক যেংবদা, বৌদ্ধ ধর্ম্মগা মরী লৈনবা খা নোংপোক এশযাগোমগী মুর্ত্তিগা শকফম্নি; হীন্দুগী মূর্ত্তিশিংগা চাউনা খেন্নবা উবা ফংই মাস এক্সপার্টকি মত লৌবগা অচুম্বা খঙদোকপা মথৌ তাবে। অনাশুবদা, পোং নিংথৌগা মৈতৈ নিংথৌ ক্যাম্বগা খুদোলপোৎ শিন্নে হায়বসিমাদ লেপ্লদ্রবা রাফমনি: মৈতৈগা পুযাশিংদা লাচন্দনা থনম্লে। অদগা পোং নিংথৌনা খুদোল তৌবম্বা পোৎশক অদু বিষ্ণুগী মূর্ত্তিনি হাযবসিদি, মৈতৈগী অনিবা



বিষ্ণুগী মূর্ত্তি
(নাকললোমদগী উবা)
*ফোটো : অইবা*



বিষ্ণুগী মূর্ত্তি
(মমাংলোমদগী উবা)
*ফোটো : অইবা*

পুযা খবদা পল্লম্বা নত্তনা, অতৈ অতোপ্পা লীখুন অমত্তা ফংদে। তৌইগুম্বসুং পোং নিংথৌনা পীবল্লিবা মূর্ত্তি অদুবু ভগবান বিষ্ণুমক্কী ওইবব্রা নৎত্রগা মখোযগী ধর্ম্মগা মবি লৈনবা থোইদোকপা মূর্ত্তি অমবা? মূর্ত্তি অমা খুদোলপোৎ ওইনা পীবম্বা যাবগী ওইথোকপদি লৈ; চিংননীংঙাই ওইবা ব্রাফমদি মদুমক্ বিষ্ণুগী মূর্ত্তি শোযদ্রববা হাযর্বসিনি মবমদি পোং নিংথৌ হীন্দু ধর্ম্ম চৎপা নত্তে; বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎপনি। অমবোমদা, মৈতৈ নিংথৌ ক্যাম্বসু হীন্দু ধর্ম্ম চৎলমদে সনামহি লাইনীং চৎপা নিংথৌনি। মবমসিনা, ঐখোযগী মাঙদা চোংথোবক্লিবা ব্রাফর্মদি হীন্দু ধর্ম্ম চৎত্তবা নিংথৌ অমনা, হীন্দুশিংগী অথোইবা লাই, বিষ্ণুগী মূর্ত্তি অমবু, হীন্দু ধর্ম্ম চৎত্তবা মৈতৈ নিংথৌদা খুদোল তৌবম্মী হাযবসি তবাই তবাই লৌবা চুমদে নীংই। চিংননীংঙাইনি। ওইবা যাবা ব্রাফম অর্মদি পোং নিংথৌনা পীবম্মী হাযবিবা মূর্ত্তি অদুনা মৈত্রবাক যৌববা মতমদা, হৈ শিংলবা বুদ্ধি লৈববা ব্রাহ্মনশিংনা বিষ্ণু ওলহনখিববা? মসিগা হাইবপ মান্নবা খুদম অমা মমাঙগী লামাযশিংদা পঞ্জখ্রে ইঙৌবোক্তা লৈবিবা যাতাদুনা লৈবা বুদ্ধদেবগী শক্তমবু মতমগী ঈচেল তুংইন্না তপ্না তপ্না ইঙৌবোক মহাদেব ওনখিবা হাযবদু। মখা তানা অমুক্কা থিজিনবা দবকাব ওইবি।



# চিরাই থাঙ্গাল

*- শৈথাবীদ্রবা নীংতম লান্মী অমা।*

ইংরেজশিংগী সাম্রাজ্যবাদী লৈঙাক শাসনগী মখাদা লোইলম শন্দোকপা অমসুং নম্ফু শাসন চলাইবগী চৈথেং চীংলোন মাপন্না কোয়শীল্লবা থাপ্লবা মনিপুর লৈবাক্তস়ু অকনবা শাফু মায়োক্লখি। ইং কুমজা ১৮৯১ দা মরৈবাক মনিপুরবু ইংরেজশিংগী মখুত্তগী কন্নবা অমসুং মরৈবাক্কী অপূনবা শক্তম ঙাক্লবা হোৎনবদা নোক্লা নোক্লা ফাঁসিগী শগাই কাদুনা শহীদ ওইখিবশিং অদু মৈতৈ ঙাক্তা নত্তে; চীংমী অমসু য়াওরি।

চহি খুদিংগী আগষ্ট তাং ১৩বু বাজ্য অসিনা শহীদ দিবস হায়না লেপ্তুনা পালন তৌদুনা লাক্লি। নুমিৎ অসি ইংশোক ১৮৯১ দা ইংরেজ সবকারনা যুববাজ টেকেন্দ্রজিৎ বীরসিংহ অমসুং কাংঙবমচা চিদানন্দ সিংহ

ওর্কে থাঙ্গাল জেনেরেলবু সাহেব মঙা হাৎপদা চেন্নবা অমসুং বিলাটকী মহারানী ভিক্টোরিয়াগী মায়োক্তা লালহৌবগী মরালদা, মীয়াম মমাঙদা পুথোক্তুনা ফৈদা পূংদা (হৌজিক্কী বীর টেকেন্দ্রজিৎ পার্ক) ফাঁসি তৌদুনা হাৎখি। মরৈবাক মনিপুরবু যেক্লবা ইংরেজশিংগী মখুত্তগী কন্নবা হোৎনবদা ফাঁসিগী শগাই কাখিবসি শুপ্লতগী থাঙ্গাল ১সুং কোয়রেং যুবরাজ অনিসিদা নত্তে হায়বসি সাধারন প্রজা অযাম্বনা খঙনদে। বৃটিশশিংনা ইংশোক ১৮৯১ দা ফাঁসি তৌখিবসি মীওই মঙানি:-

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | পুখ্রম্বম ফিঙাং ওর্কে কাজাউ | - | মে ২৫ দা |
| ২। | নিরঞ্জন সুবেদার | - | জুন ৮ দা |
| ৩। | কাংঙবম চিদানন্দ সিংহ ওর্কে থাঙ্গাল জেনেরেল | - | আগষ্ট ১৩ দা। |
| ৪। | যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ বীর সিংহ ওর্কে কোয়রেং যুবরাজ | - | আগষ্ট ১৩ দা। |
| ৫। | চিরাই থাঙ্গাল | - | ওক্টোবর ১৩ দা। |

মরৈবাক মনিপুরগীদমক মথ্বায় কখোকখিবা শহীদ ময়ামসিগী মনুংদা ঐগী থম্মোইদা থোইদোক্লা অকনবা শাফূ পীখিবদি চিরাই থাঙ্গাল (বৃটিশশিংগী রেকোর্দতা চিরাই নাগা হায়না ইবমই) হায়বা চীংমী অসিনি। মরমদি, ঙসি চীংমী-তম্মী হায়দনা খাইবুং-খাইবুং তৌনরবা মতম অসিদা, মণিপুরদা পোকপা লমদম অসিগী লৈহাউদা চাউখিবা মণিপুরগী চীংমী অমনা মরৈবাক্কী নীংতম্বা ঙাক্লবা হোৎনবদা মশাবু বলিদান তৌখিবা অসি অতাঙবনি। হাওনি মৈতৈনি হায়বগী খেন্নবা লৈরমদে; পূম্নমক নিংথৌগী মনাইনি; পূম্নমক মনিপুরিনি।

ময়াঙখাঙ্দা য়ুংলিবা নীংশীং-নূংপাক অনি অসিনা ঙসি ফাওবা মনিপুরগী নীংতম্বগী ইতিহাসগী ব্রারী লীরি - চিরাই থাঙ্গালগী মরৈবাক নীংবগী লারবা খূদম অমসুং মরৈবাক মনিপুরগীদমক অরোইবা বলিদান তৌখিবগী কাউঙমদ্রবা থৌদোকশিং।

নূংপাক[১] অদুদা ইরি :-

১। "দব্লিউ: বি: মেলভীল, সুপরিনতেনদেন্ত গোভর্নমেন্ট টেলিগ্রাফ দিপার্টমেন্ট, ইং ১৮৯১, মার্চ তাং ২৪দা মফমসিগী মনাক্তা হাত্তোকপিখিবা : মহাক্কী শেংলবা স্মৃতিদা" (য়ুংবা নূং)।

২। 'মার্চ ২৪, ১৮৯১ ইংদা মফম অসিগী মনাক্তা হাত্তোকপিখ্রবা জেমস্ ও'ব্রেন, টেলিগ্রাফ দিপার্টমেন্টকী সিগনেল্লরগী শেংলবা নীংশীং খুভম'।

চীংদা পোকখিবা, চীংদা চাউরকখিবা চীংমী মনিপুরি অমগী মরৈবাক নীংবা অমসুং কখোকপা নুমিৎ থানা লৈরিবমখৈ কাউররোই; নীংতমলালগী ইতিহাস ইবদা চিরাই থাঙ্গালগী মমিং অমসুং মহাক্না লৌখিবা থৌদাং সনাগী কালিনা ইদুনা লৈহৌরগনি। মতম অদু ওন্থোক্লা ফরমইদা! চীংমী তম্মী পূন্নমক্ জাৎ-বিজাৎ অমসুং ধর্ম্মগী খেন্নবা থমদনা মনিপুর অসি মপূং ফাবা অমসুং অমত্তা ওইবগী শক্তম উৎলমই। ইংশোক ১৮৯১ গী মার্চ ২৫ দা, ইংরেজশিংগী মথক্তা মৈতৈশিংনা লান তারে লাউথোকখি

১ ঃ ইংশোক ১৯৬০দা অইবনা মাঙ মবামগী এস দি ও ওইবিঙৈদা মেমোবিযেল স্টোন অসি উবকখি। অদুবু ঙসিদি মফম খঙদনা মাঙখ্রে।

অমসুং, নিংথৌনা যাথং তৌবমই - সাহেব অমত্তা মনিপুব ব্রাংমা লান্না চেলহনখিবা যাদে অমসুং মদুদা কবিগুম্বা মখোযনা অথিংবা পীবক্লবদি, মথ্বায লৌগদবনি। নিংথৌগী সনাযাথং অসি মনিপুবগী চীংশাং নাপোম থুংনা শন্দোকখিবমই; মৈতৈঙাক্তা নত্তনা চীংমী পূম্নমক্কী থম্মোইদা মমা পোক্লফম লমদমবু নুংশিবা অমসুং অপূনবা শক্তম ঙাক্লিংবগী অকনবা ঈহৌ অমা হৌবকখি। মতম অদুদা চিবাই থাঙ্গালনা লৌখিবা অচৌবা থৌদাং অদু নৌহৌননা নীংশীংবা মতম যৌবক্লে, লোযন-লোযননা মার্চ ২৫, ১৮৯১ ইংগী অহিংদা ইংবেজশিংগী তেলিগ্রাফ শিগনেল্লব জেমস্ ও'ব্রেন অমসুং তেলিগ্রাফকী সুপবিনতেনদেন্ত দব্লিউ: বি: মেলভীল মতৌ কবম্না শিখিবগে হাযবদু।

ইংশোক ১৮৯১, মার্চ ২৩গী অহিংদা যুববাজ টেকেন্দ্রজিৎ সিংহবু নমদুনা ফানবা ইংবেজশিংনা কংলাদা লোন্না লান্দাবমই। নাকন অনিনা নোংমৈ কাপ্পদুনা অকনবা লান শোক্লববা তুংদা যেক্লবশিংনা যুববাজগী শঙ্গাইদু কোযশীল্লমই তৌই গুম্বসুং যুববাজবুদি ফাবা ঙমহৌদ্রে; নাম্হোক্তুনা চেনখ্রে। অদুগী মতুং তাবদা ইংবেজশিংনা নিংথৌগী কোনুংলোমদা ওনশিন্দুনা অবেপ্পা লৈতনা নোংমৈ কাপশীল্লমই, মবাল লৈত্রবা প্রজা কযা মথ্বায মাঙখিবমই; কযা অমনা অশোক অপন নংলমই। মতৌ অসুম্না নুমিৎচুপ্পা কাপ্পবদা মাযপাকপা ঙমদ্রদনা মার্চ ২৪, ১৮৯১গী নুংদাং পূং ৮ তাবা মতমদা লাল লেপ্পবসি হাযনা ইংবেজশিংনা হাযজবর্কখি। পূং ৯ লোম তাবা মতমদা মৈতৈশিংগা সন্ধি তৌবগী ব্রা ঙাংননবা, ইংবেজশিংগী অফিসাব মঙা কংলা মনূংদা চঙলকখি। মখোযশিং অদুদি :-

(১) মি: এ: জে: কুইন্টন, চিফ কমিশ্নর, আসাম।

(২) মি: গ্রিমউদ, পোলিটিকেল এজেন্ত, মনিপুর।

(৩) কর্নেল স্কিন, কমান্দিং অফিসার, ৮২শুবা গুর্খা লাইট ইনফেন্ত্রি।

(৪) মি: কোসিন্স, এসিসতেন্ত সেক্রেটরী টু দি চিফ কমিশ্নর, আসাম।

(৫) লেফতেনেন্ত সিম্পসন, ৪৩শুবা গুর্খা লাইট ইনফেন্ত্রি।

(৬) বেঙ্গুল খোংবা অমা।

হৌখিবা অহিংদা বৃটিশশিংনা লোন্না কংলাদা লান্দাদুনা নোংমৈ কাপশীল্লকপদা মথ্বায় মাঙখ্রবা প্রজা কযাগী খোয়শাওনরবা মরীমতাশিংনা 'সাহেব হাৎলো' হায়না লাউদুনা ফূজীল্লকখি। ফন কন্না ঙাকশেনবগী থৌবাং তৌরবসু মীয়াম্না হৌবকপা 'মোব' ওইবা মরম্না থিংবা ঙমদ্রদনা, চবাঙ্নবা মরক অদুদা পৃথ্রম্বম ফিঙাং ওর্কে কাজাউনা তানা থিন্দুনা পোলিটিকেল এজেন্ত মি: গ্রিমউদ মথ্বায় থারমই। মতুং তারকপদা, লেমহৌরিবা সাহেব মরি অমসুং বেঙ্গুল খোংবা নিপা অদুসু পুথোরক্তুনা কংলা শা মমাঙদা শঙলিংবনা অমমতা ওইনা মঙক কক্তুনা হাৎলমই। কনাগী য়াথংনা সাহেবশিং অদুবু শা মমাঙদা মঙক ককখিবনো ? কনানা হাযনৈ - থাঙ্গাল জেনেবেলনা পীবা হুকুমনি; কনানা হায় - টেকেন্দ্রজিৎ যুবরাজগী হুকুমনি। চপ চাবা হায়বা ঙমদে; ঙসি ফাওবা অমম্বা অমা ওইবি; লেপ্তুনা নৈনরি। তুংদা লাক্কদবা স্কোলবশিংনা নৈনদুনা অশেংবা অমা পুথোবকপা ওইসনু।

সাহেব মঙা মঙক ককখিবা শঙলিংবা নিপা অদুগী মমিং শগোলশেম ধোনো সিংহ, চহি ৫০, পিং মৃতু অনিন্দ্রাম; খোংনাং ফৈদেকপীদগীনি। মহাক্কী বিচাবগী মতমদা মশাগী জবান্দগী ঐখোয়না

মযেক শেংনা খঙবা ঙমই - সাহেব মঙা অদু মওং কবম্না হাৎপগে হাযবদু। 'সাহেবশিং অদু অমমতা ওইনা শা মমাঙদা পুথোবকই। সাহেব অদুনা মমায নোংচুপ ওন্দুনা লেপই; মীহাৎপা (শঙলিংবা) অদুনা মমায অৱাং ওল্লি। মখুত্তা তেন্দোঙ থাঙ্ অমা পাযদুনা, মীহাৎপা শগোলসেম ধোনো সিংহনা সাহেবশিং অদু অমমমতা ওইনা মঙক্ কল্লমই। বেঙ্গুল খোংবা অদুগা লোযননা মীওই অহুমদি অমুক ককপদা মঙক কেল্লমই অদুগা সাহেব অনি অমদি অমুক্তা মঙক তৎলু যাদদনা অনিবক্তা মঙক কেল্লমই'।

সাহেবশিং অমসুং বেঙ্গুল খোংবা নীপা অদুগী মঙক কল্লবা তুংদা মমাঙদা তানা থিন্দুনা শিববা মি: গ্রিমউদকী মঙক অদসু ককথৎলমই। অককপা মকোকশিং অদু অহিং অদুদা মাইবা মাইবী কৌবগা নুঙগোইবী লাইফমদা লালু চল্লমই (ফুম্লমই)। মকোক যাওদ্রবা সাহেব অশিবশিং অদুনা, মখোঙদা থৌবী থুবগা চিংদনা পুবগা খ্বাইবস্বন্দ কৈথেল ৱাংমদা ফুমজিল্লমই।

মথংগী নুমিৎ হাযবদি মার্চ ২৫, ১৮৯১ ইংদা মনিপুবগী মহাবাজ শ্রীকুলচন্দ্র ধ্বজ সিংহনা ইংবেজশিংগী মথক্তা লাল তৌবে হাযনা ফোংনা লাউথোক্লমই অমসুং মদুগা লোযননা মৈতৈগী থানা পূম্নমক্তা পাউ থাবমই ইংবেজশিং পূম্বা অমত্তা চেলহনখিবা যাদে, লোইনা ফাগদবনি। চেনগে হোৎনবা পূম্নমক মথ্বায লৌগদবনি। যাথং অসিগী মতুং ইন্না মাযকৈ অহুমদা শগোলতোংবা লান্মীশিং থাবমই ইম্ফালদগী জিবি যৌবা অমা, ঈম্ফালদগী টুমু যৌবা অমা অমসুং ইম্ফালদগী মাও থানা ফাওবা অমা। হৈক্রেজাম্বা পোইলা অমসুং শাপা সুবেদাব - অনিগী লুচিং মখাদা মৈতৈগী শগোলতোংবা লান্মী খুৎপু অমা ঈম্ফালদগী মাও ফাওবা থাবমই। মখোযনা

➲

শেকমাইদা ফন্নিবা ইংবেজশিংগী থানা য়ৌবা মতমদা, মফমদুদা লৈরম্বা সাহেব পূন্নমক খুৎলাই থাদোক্তুনা মৈতৈশিংগী মফমদা চঙজরমই। অদুগী তুংদা হৈক্রুজাম্বা পোইলাগী খুৎপু অদুনা অৱাংপাংনা থৌগৎলমই। মখোযনা মযাংখাঙ যৌবা মতমদা সাহেব অনিখক ময়াংখাঙ্ ডাক বাংলাদা থুংদুনা লৈবে হায়বা পাউ ফংলমই।

অশাং কুট কৌবা মৈতৈগী অঙম্বা অমা মযাঙখাঙ্ দাক বাংলাদগী মাইল অমা মখাযবোম থাপ্লা লৈবা মযাঙখাঙ্ খুন্দা থাবমই অমসুং খুল অদুগী চীংমীশিংদা ইংবেজশিংগী মথক্তা লাম্থেংনবদা শব্দক যানবা অমসুং মতেং পাংবিনবা হাযজবমই। মৈতৈ লান্মীশিংনা মযাঙখাঙ্ বাংলাদা নোংমৈ কাপশীনবা মতমদা, চীংমীশিংনা লালগী খোল্লাউ লাউবমই। ডাক বাংলা অদুগী মনুংদা সাহেব অনি - জেমস্ ও'ব্রেন, সিগনেল্লব অমসুং টেলিগ্রাফকী সুপবিনতেনদেন্ত মি: দব্লিউ: বি: মেলভিল - মফমদুদা থুংদুনা লৈবমই। নোংমৈ কাপশীনবা অদুদা মি: জেমস্ ও'ব্রেন খুদক্তা মথ্বায থাখি। তৌইগুম্বসুং অমম্বা অহিংগী খুদোংচাবা লৌদুনা, মি: মেলভিলদি বাইফল অমগা লোযনবগা নাম্থোক্তুনা চেনখিবমই। অহিংচুপ্লা মীযাম হুপ্লা মহাকপু থিবমই। মথংগী নুমিত্তা চিবাই থাঙ্গালনা মি: মেলভিলবু ঈশিং খোং অমগী মনাক্তা শোক্তুনা লৈবম্বা থেংনবমই। মহাকপু হাৎলগা মাগী মকোক অদু কক্তুনা লানগী 'ত্রোফি' ওইনা মাগী খুন্দা পুবক্লমই। থৌদোক থোকপা মতম অদুদা চিবাই থাঙ্গালগী মশাগী চহি ৩০ বোম দমক্ ঙাইবি।

এপ্রিল ২৫, ১৮৯১ ইংদা শোক্লখিবা খোংজোম লান্দা বৃটিশশিংনা মৈতৈশিংবু মাযথীবা পীদুনা এপ্রিল ২৭ দগী কংলাদা বৃটিশগী ফীবাল পাযবা হৌখি। বৃটিশ অফিসাব হাৎপদা চেন্নবা অমসুং বিলাটকী মহাবানীগী

মায়োক্তা লালহৌবগী মরালদা মীওই কয়ামরুম বৃটিশশিংনা ফারমই। চিরাই থাঙ্গালবুসু ফাদুনা বৃটিশশিংনা বিচার তৌরমই অমসুং মি: মেলভিল অমসুং মি: ও'ব্রেন হাৎপগী মরালদা শিবগী চৈরাক পীরমই। ওক্টোবর ১৩, ১৮৯১ ইংদা চিরাই থাঙ্গাল জেল মনুংদা ফাঁসি তৌখি। মহাক্কা লোয়নবা থৌদোক অদুদা চেন্নবা ময়াঙখাঙগী মীওই খরসু মরাল লৈরে হায়দুনা মখোয়বু পুন্সি চুপ্পগী ওইনা জেলদা থম্বা অমসুং মনিপুরগী ল্বাংমদা আন্দমানদা জিলা খারিজ তৌবা হায়না রাই তারমই । মখোয়শিং অদুদি :-

(১) চৌকামি নাগা, ময়াঙখাঙ্ খুল।

(২) গৌহো নাগা, ময়াঙখাঙ্ খুল।

য়াম্না ঙকপা অমনা, চিরাই থাঙ্গালগী বিচারগী মতমদা মাগী মায়োক্তা শাক্ষী পীখিবশিংগী মনুংদা ময়াঙখাঙ্ খুলগী চীংমী অহুম য়াওই। মখোয়শিং অদুদি :-

(১) চিরাং নাগা, পিতা অকিং নাগা, চহি ৪০।

(২) কথাই, পিতা কাংবা ।

(৩) ইনাউবা, পিতা, সরিকো, চহি ১৮।

মৈতৈ লান্মীশিংগা বৃটিশশিংগা ময়াঙখাঙ্দা শোক্নখিবা লানফমদু, ময়াঙখাঙ্গী প্রজা ঙাক্তা নত্তে; চঙৌবুং খুলগী চীংমী প্রজা কয়ামকুমসু শরুক যাখি।

মতাং চাবিঙৈসিদা, থাঙ্গাল হায়বা মশীং লীকপা চীংমী কাঙ্লুপ অসিগী মরমদা খরদং পঞ্জনীংই। 'থাঙ্গাল' হায়বা ল্বাহৈ অসি তশেংনা পাকশন্না মনিপুরগী মফম পূম্নমক্তা তানখিবদি ইংশোক ১৮৯১ দনি।

অমসুং মসিগী অমত্তা ঙায়রবা মরমদি জেনেরেল থাঙ্গালনি। গম্ভীরসিংহ, চন্দ্রকির্ত্তি সিংহ, শুরচন্দ্র সিংহ অমসুং কুলচন্দ্র সিংহ-নিংথৌরোল মরি মথং মথং স্না থৌগল ফংলক্লবা জেনেরেল থাঙ্গালগী মমিং অসি মনিপুরদতা নত্তনা সমুদ্র ৱাংমা লান্না বিলাট য়ৌনা তানখিবনি। বৃটিশশিংনা মহাক্কী মমিং ইবদা **THE TONGAL** হায়না ইরমই। জেনেরেল থাঙ্গাল হায়বসি থাঙ্গাল হাওরা নত্রগা মৈতৈরা হায়না নৈনবদি ঐগী ৱারেং অসিগী ৱাংমদা লৈখ্রে। নৈনকব্বগীসু করিসু থোইদোক্ত্রে খঞ্জে মবমদি ৱাফম অসি পণ্ডিত খেলচন্দ্র সিংহনা ইবা **"Thangal General"** হায়বা লাইবিক্তা থাঙ্গাল জেনেরেলগী পাবী-পুরী অমসুং বংশাবলী মবীক চূম্না ইদুনা ফোঙখ্রে।

থাঙ্গাল হায়বা চীংমী কাঙলুপ অমা লৈ হাযবসিদি খঙনরকপা কুইদ্রি হাযবা য়াই মবমদি থাঙ্গাল হাযবা জাতি অসি অতৈ অমা নত্তে, কোইরাউ নাগানি (খোইরাউসু হায়, বৃটিশশিংনা **KOLYA NAGA** হায়না ইবমই)। হৌজিক হৌজিক কোইরাউশিংনা হায়বদি থাঙ্গালশিংনা খুন্দারিবা মফমশিংদি, সেনাপতি জিলাগী মনুং চনবা ১) মপাউ থাঙ্গাল ২) থাঙ্গাল শুরুং ৩) মকেং থাঙ্গাল ৪) তুমনৌ পোকপী ৫) যাইকোং পাউ ৬) টি খুলেন হায়বদি তুমুয়োন খুলেন ৭) নিংথৌফম ৮) ময়াঙখাঙ্ ৯) গাইলোংদে নি।

মথক্তা পঞ্জরিবশিং অসি নত্তবা তমেংলোং জিলাগী নুংবা সব ডিবিজন মনুংচনবা থাঙ্গাল কৌবা অতোপ্পা খুল অমসু লৈ। খুল অদুগী মীশিংদি থাঙ্গাল জাতি নত্তে - রোংমৈ নাগানি।

থাঙ্গালশিংনা লোল্লিবা লোল অসি মবাম অমসুং লিয়াংমৈগী লোলগা য়াম্না নক্লে। মখোয়গী কলচরসু মরাম নাগাশিংগা য়াম্না মান্নে।

মখোয়গী মরক্তা চারৌ-মৌরৌনবসু চৎনৈ। ইংশোক ১৯৮২ দা চথখিবা ট্রাইবেল বেঞ্চমার্ক সর্ভেগী মতুং ইন্না থাঙ্গালশিংগী মীশীং ১৫৯৩ অমসুং য়ুম্নাক্লা ২৯০নি । চহি ২০ লোমগী মতুংদা ঙসিদি থাঙ্গালশিংগী মীশীং অসি লীশীং অনিরোম শুরন্বা য়ারে।

মনিপুর সরকারনা শক খঙলবা সিদ্যুল ত্রাইবকী মনুংদা থাঙ্গাল হায়বা ত্রাইব য়াওদে; কোইরাউ হায়না য়াওই মদুগী মনুংদা থাঙ্গালসু চনখ্রে।

*Source . (The Koırou Trıbe of Manıpur - Mutua Museum)*



# পাফল

**ৱাহ�ৌদোক :**

পাফল করিনো হায়বসি ঙসিগি চারোন্না অমত্তা খঙদ্রে হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই তৌইগুম্বসুং পাফলবু মশক্ খঙদ্রবদি মৈতৈ ঐখোয়না ইশাগী অশেংবা শক্তম অমসুং সংস্কৃতি খঙ্বা ওইথোক্লরোই। পাফল হায়বসি পাখংবগী শক্তমনি হায়দনা চেৎনা লোত্তুনা থম্লে; য়েংবা য়াদে হায়দনা য়েংহন্নদে। মতৌ অসুম্না তাবু নুংদা মতম শাংনা থূপ্পুনা লৈখিবনা পাফল মশক খঙবা মী তাঙলে। তোঙান তোঙানবা পণ্ডিতশিংগী মখুত্তা পাফল কয়ামরুম লৈরি। অদুবু মতম কুইনা লোত্তুনা থম্লকপা অসিনা পাফলগী শক্তম মাঙশীল্লকপগী চাউরবা মরম অমনি। হৌরক্লিবা অঙাংশিংদি থম্বু থমখিসি, চহি য়াম্লবা অহল্লোল ফাওবা অখঙবা অমত্তা য়াওদ্রে। মদুগী খুদম, তশেংনা থোকখিবা থৌদোক অমা পাউদমজনীংই।





ইংশোক ২০০২, জানুৱারী তাং ২৯ দা মনিপুরগী মতমদুগী গভর্নর, পদ্মশ্রী বেদ মারৱাহ্না অথোইবা আতিথি ওইদুনা সনা কোনুংদা পাফলগী একজিবিসন্ অমা হাংদোকপিখি। অয়ুক পুং ৯/১০ তাবা অদুৱাইদনি - সিক্যুরিতিগী মীওই ৪/৫, মখোয় পুম্নমক মৈতৈমচা ঙাক্তনি, সনা কোনুং তান্না য়াম্না তফিং-তফিং গাড়ী থৌজিল্লকই। ঐ লৈরম্বা তাঞ্জা অমা থোক্কুনা, ঐঙোন্দা চঙশীল্লক্কুনা হংলকই, "পাফল হায়বসিবু কদাইদা লৈবগে"।

"করিগীনো ইবুংঙো, কৈদৌরবগে?" ঐনা হংলমই। "রাজ্যপালনা মণিপুরগী পাফলগী একজিবিসনদা প্রধান অতিথি ওইগনি হায়বদুদা, সিক্যুরিতিগী ওইনা ঐখোয় পাফল থিজরকপনি। ফনা য়াম্না থিরুরে, থিবা ফংদ্রে। ঐখোয়গী মথক থোংবা অফিসার মখৈসু মাথা শানরে; পাফল অসি ফংনবা থিরুচো নত্রবদি রাজ্যপালগী সিক্যুরিতিগী চেকশিন থৌরাং লৌখৎপদা অকায়বা কয়া থোরকপা য়াই"।

পাফল হায়বসি করিনো, হায়বা শমলপ্না হায়রে অমসুং মসি থিবা ফংবা পোৎ নত্তে হায়বদু খঙ্হল্লবা তুংদা, পাফল থিবা লাকপা মৈতৈমচাশিং অদু হনখিরমই। থৌদোক অসি লীজরুবগী মরমদি ঐখোয় অসি ইশাগী সংস্কৃতি অমসুং শক্তমবু কয়াগি মতীক খঙদনা লৈরম্লবা !

খৃষ্টানশিংগী মফমদদি লিন হায়বা জাৎসি ফত্তবনি; মখোয়গী য়েক্লবনি হায়দনা মাঙহন্নবা হোৎনৈ। মাসি বাইবলদা য়াওবা মখোয়গী থাজবগি মতুংইন্না মীওইবা জাতিগী মপা মপু ওইরিবা এদামনা মহাক্কী লোয়নবী ইভপু লিননা থেমদুনা 'লৌশিংগী উহৈ' (Wisdom fruit) লোন্না পীজরুবদগী স্বর্গদগী তান্থোরকখি অমসুং মালেমদা লৈহনখি। মরম অসিনা

খৃষ্টানশিংগী ব্রাখল্লোনদা লিন হায়বা জাৎ অসি শোইতান্না ওল্লকপনি, ফত্তবনি হায়না লৌই। মসিগী ওন্নতৈনবদা, মৈতৈশিংগী মফমদদি মদু খক ওইদে। লৈপাক অসিবু কোল্লিবা ইবুধৌ পাখংবা অমসুং মহাক্কী শাদোং তাউরোইনাউগী ব্রাখল্লোল অসিনা মৈতৈশিংগী লূ-তাংদা চঙ্দুনা লৈখিবা মরম্না লিন খুদিংমক পাখংবা ওইরবোই হেক্তা খল্লি। তশেংবদি পাখংবদি লিন নত্তে; পাখংবগী শাদোং তাউরোইনাউবু মৈতৈ অয়াম্বনা খঙদবদগী পাখংবা ওইনা লৌনৈ। মসিগী ব্রাখল্লোন অসিনা অসুক্কী মতীক্ হকচিন্না মরু তাখ্রে মদুদি মৈতৈ অমনা লিল অমা হাৎত্রিঙৈদা পূক্লিংদা চামরক্ হন্না চিংনবা পোকই। মসিবু পাখংবা ওইরমদুনা তোক্কদ্রা থোইদোক হেন্দোক্লা, ইথা-থাজদবা মফমদা, খূদম ওইনা য়ুম মনুংদা নত্রগা তূম্ফম কাদা, সনামহি কাচিলগুম্বদা লিন অমা লৈরম্বা থেংনরবদি মদুবু হেক্তা হাৎপগী মহুত্তা, লা লাতোন অমদা চেঙ্-থোইদিং খর হাপ্তুনা থাদোক্লগা তপ্না ইমুংদগী মপান্দা তাম্থোক্লে। মাসি অন্ধবিশ্বাস ওইরম্বা য়াই তৌইগুম্বসুং মসিনা ময়েক লানা উৎলিবদি পাখংববু কয়াগী মতীক্ লুনা অমসুং কিনা মৈতৈশিংনা নীংবগে হায়বদুনি।

পুয়াগী মতুংইন্না মৈতৈশিংনা থাজনৈ পাখংবদি অয়ুক নুংথিলদা লিলগী শক্তম লৌই, নুমিদাংগী মতমদনা নমু তাইবং মী ওই। চহি অমগী মনুংদা লৈরিবা নুমিৎ ৩৬৫ অসিগী ওইনা ইবুধৌ পাখংবগী তোঙান তোঙানবা তুথূপ ৩৬৫ লৈ (পণ্ডিত খরগী মোত্তা ৩৬৪ নি হায়) অমসুং পাখংবগী তুথূপ অসিবু পাফল হায়না খঙনৈ। লৈপাক অসিগী তোঙান তোঙানবা মফম কোনবা পাফল লৈ অমসুং পাফলগী তুথূপ মতুংইন্না লমদম অদুবু কোল্লিবা লাই অদুগী মচু, য়েক-শলাই অমদি চাকচা তোঙাল্লি, হায়বদি, কবি করম্বা পোৎলমশিং লাই অদুদা কৎকদগে, করি পোৎপুনা কৎপা য়াদবগে.... অসিনচিংবা অসি মফম অদুবু কোল্লিবা লাই অদুগী মতুংইন্না ঈবাৎ থৌনি খেৎনৈ।

## মালেম শেম্বা অমসুং পাফল :

নোংদোন থক্তা লৈরিবা অতিংকোক্ গুরুনা মাগী মচানিপা অতিয়া শিদবদা মালেম শেম্লুনবা য়াথং পীবমই। অহানবদা মালেম অসি ঈশিংতনা চোন্না লৈদুনা তরং মালং ওইরমই; অকংবা কংফাল মচেৎ অমত্তা ফাওবা লৈরমদে। তাইবংপাল অসি, মৈতৈশিংগী থাজবা মতুংইন্না, মতৌ করম্না শেম্লকপগে হায়বা ৱারীদা - মালেম অসি মরোল ৮ মথং মথং লোন্নদুনা শেমখিবনি। লৈরোন অমনা থেঙ্গুনা, অমনা ওক লাবনা, মথং শামুনা... মতৌ অসুম্না মথং মথং পুদুনা লৈ। ইহান হান্না লৈথোলবনা থেঙ্গুগী মনমগন্দা, মথংদা ওক অমগী মনমগন্দা লৈথোল্লি; অহুমশুবদা শামুগী মথক্তা .....। মতৌ অদুম্না লৈরোল ৮ অসিগী মনুংদা লৈবোল অমদি মতোক্ লীশীং পানবা পাফলগী মথক্তা লৈপাক শীজিন্দুনা মালেম অসি শেমখিবনি।

মালেম অসি ঈশিংনা চোন্না লৈখিবনা লৈথোনবা য়াদ্রবদা, অতিয়া শিদবনা মচানিপা অতোনবা পাখংবদা থৌদাবমই - নহাক্লা ঈশিং মথক্তা পাফল শারো, মদুগী মথক্তা লৈথোনবা হৌনবা। মপাগী য়াথং মতুংইন্না পাখংবনা মখল মখলগী লীরৌ কয়া শারমই - পং ফকশা, হঙ্গেল ফক্শা, হৈবোং ফকশা, লাইচীং ফকশা, তাকফি ফক্শা, নীংখাঙ্, মথাঙ্, ফৈবোই যুংখৎ, লীরোন ওইরোন, লিসি-খোইসি, লীফা-খোইফা, লীসেম-খোইসেম, লীতীন, শুমপরৈ, লং-খুরৌ ...অসিনচিংবা। মথক্তা পঞ্জিবা লীবৌ খুরোনশিং অসি পাখংবনা শারগা, ময়াম্বা অশীবনা মথক্তা লৈপাক শীবমই। অহানবদা হামৈ[১] অমুক্তা পাক্লা থোল্লি। মতাং অসিদা অতিয়া গুরু শিদবনা মচানীপা হারাববু[২] লৈথোনবা অদুদা মতেং পাংলুনবা

১ হামৈ : ...জল অমুক্তা পাকপা যু শুংবদা শীজিন্নবা পোৎচ... অমনি। মেতৈশিংনা হীন্দু ধর্ম্ম লৌদ্রিঙৈদা যু শুংজমই, থক্লমই। ঙসি ফাওবা চীংগী মীশিংনা য়ু শুংবদা হামৈ শীজিন্নবি।

২ হারাবা : সনামহিগী অতোপ্পা মমিংনি।

থাখিবমই। অদুবু, মতেং পাংবগী মহুত্তা লৈপাক থোল্লিবশিং অদু থুগাইবমই; লৈথোনবা ঙমদ্রে। ব্রাফম অসি মপা ইবুংঙো গুরু শিদবদা হঙ্গৎলুবে। গুরুনা নোংথাঙ লৈমা থাবক্লমই - হবাববু থেম্নবা। অতিযা তবংগী মথক্তা তকুপ তকুপ তবেং-তবেং ঙান্ন শানা নোংথাং লৈমনা লাকপা উবদা হাবাবগী থম্মোই শুমহৎখিবমই; হাযবকই "শুল তবংগী মথক্তা মৈবাগী মশককুম্না ঙান্বা শানা লৈবিবী! নঙবু পাইমা ঐগী নুংচংবী, তিলাং খোযদাবীবু থোল্লবেদো, পেমা! নঙবু কনানো?" অসুম্না হাবাবা অমসুং নোংথাংলৈমা অনিনা নুংশি নুংওনগী প্রমান-পান্থে কযা তৌনা ঙাঙনৈ। মসিদা শীজিন্নবিবা ব্রাহে-ব্রাতা অমসুং প্রমানশিং অসিদগী মযেক লানা উবা ফংবিগনি - অবিবা মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কে অসি কযা যাম্না ঈনাক খুনবগে হাযবদু। খুদম ওইনা, নোংথাঙলৈমনা খুমএ, "হে ইপু নহাপাও! যাবৌদগী শঙাইনা মচি কেক্রু থোন্দবি, ললহামপুংগী কাকফৈনা মনা হুমাই শাদবি, তোকফমদগী ঙমুনা খোইচু তোলোং চিন্দবি, কোংবদগী ঙাখানা পোলাং-নক্তবি, শুক্লা মহে যান্দবি, যাংকোকনা মপান শাদবি, নোংমৈ লৌজখিও"। মতৌ অসুম্না ব্রাবী শানবিঙৈদা অসাইগী লৈপাক অদুদি অতিযা শিদবনা অশীববু শেমহনবা লোইবে (পুদিল)। লৈশেম্বা মতমদা পাখংবনা ওইখিবা তোঙান তোঙানবা তুথূপশিং অদুবু পাফল হাযনা খঙনৈ। মথক্তা পঞ্জখ্রে, পাফল মখল ৩৬৫ শুই। চহি অমগী নুমিৎ খূদিং পুবা তোঙান তোঙানবা পাফল লৈবি; মদুগী মমিং তোঙাল্লি, মচু অমসুং যেক-শলাই তোঙাল্লি। নিংথৌজা শলাইগী পাফল মচুদি ঙাংযেকনে (ঙাংলৈনবা), অঙোম শলাইগী অঙৌবা, চেংলৈগী অঙৌবা অব্রাওবা, খাবা শলাইগা অশংবা; লূব্রাংগী হীগোক মচু; খূমনগী অমুবা অমসুং মোইবাংগী অশংবা অবাংবা মচুনে।

পাফল অসি মৈতৈশিংনা পাখংবমকনি হাযনা থব্রায যাওনা, কিনা লুনা ঈবাৎ পুজা তৌনৈ।





চহি অমগী মনুংদা নুমিৎ খুদিংগী পুবা তোঙান তোঙানবা পাফল লৈবগুম, লৈবাক অসিগী তোঙান তোঙানবা মফম-কোনবা পাফল লৈ; মখোয়গী মমিং তোঙাল্লি শক্তম তোঙাল্লি।

## তোঙানবা ৱাহঙ্হোক্তা পাফল শীজীন্নবা ঃ

মৈতৈলোল অমসুং সাহিত্যদা পাফল হায়বা ৱাহৈ অসি তোঙানবা অর্থদা শীজীন্নবসু থেংনৈ। সাধাবন ওইবা ৱাহৈদা মরী-মরাং খুরৌ লোনশীন্নবা অসিবুসু পাফল অদুম হায়। খূদম ওইনা, মীওইবগী হকচাং মনুংদা চৎলিবা শিংলি মায়াম অসিবু 'শিংলি পাফল' কৌই অমসুং খাগী হকচাংবুনা শিংলি তোলোম্বা কৌই। মসিদা শীজিন্নরিবা পাফল হায়বা ৱাহৈ অসি পাখংববু হায়বা নত্তে; পাফলগী লীরৌ-লীথুপকী মতৌগুম্না শিংলি ময়াম অমগা অমগা য়েৎনদুনা লৈবা অদুবুনি। অতোপ্পা অর্থ অমদি পাফলনা ঐখোয় মীওইবগী হকচাং পুরিবনি অমসুং শিংলি ময়াম অসি পাফল মকনি হায়বনি। মসিগী ৱাখল্লোন অসি মৈতৈগী অরিবা পুয়াশিং - শিংখোল লাংহৈ, পাখংবা লম্বুবা, মহৌ, মরিলিশাবা, মরু নোংখাইবনচিংবদা উবা ফংগনি।

মথক্তা পঞ্জখিবগুম, পাফলগী ৱাখল্লোন অসিনা মৈতৈশিংগী লূ-তোং অমসুং কোক্তা, খঙ্না নত্রগা খঙদনা, অসুক্কী মতীক লুনা মরা তাশিনখ্রে মদুদি মসিগী ইথিলনা মৈতৈগী সমাজিক, রাজনৈতিক্, ধর্ম্ম অমসুং সংস্কৃতিগী লমদা চাউনা মমি তারি। পাফলশিং অসি অঙকপা মন্ত্র-শক্তি চেল্লি হায়না থাজনৈ। ঐখোয়গী ইশাদা চঙ্লক্কদবা অনা-অয়েক, অশোয়-অঙাম কয়া পাফলনা ঙাকথোকপা ঙমই হায়না থাজবদগী মৈতৈশিংনা যন্ত্র মনুংদা পাফল হাপ্লগা ঙক্তা নত্রগা পাম্বোমদা শিনৈ। কনাগুম্বগী য়ুমদদি থোঙজীন মথক্তা পাফল য়েক্লগা থেৎনবসু য়াওই। অদুম

তৌরবদি তীনমু-লাইমু চঙবা ঙমদে হায়না থাজবদগীনি। মতমগী য়াওন মতুং ইন্না তান্ত্রিক্কী খুদমশিং, ময়েক অমসুং ৱাহৈ কয়ামরুমসু পাফলগী মনুং অমসুং মপান্দা হাপচীন্দুনা শীজিন্নবা হৌরকখি।

মতাং অসিদা তান্ত্রিকশিংগী মরমদা শমলপ্না খরদং পনবা মথৌ তারকই। তান্ত্রিকশিংনা শীজিন্নবা খুদমশিংগী (সিম্বোল) মনুংদা লিলগী শক্তম মানবা য়াওই। মদু লান্না পাফল ওইনা লৌখিবা য়াবগী অকিবা লৈ। মরম অসিদা মতাংচরিঙৈবা খরদং শেংদোকচনীংই।

তান্ত্রিকশিংগী থাজবা মতুংইন্না সংসার অসি শেম্লকপগী হৌরকফমদি - মেরু কৌবা চীং অমা লৈ। মীওইবগী হকচাং অসিমক মখোয়না সংসারনি হায়না লৌই অমসুং য়াঙলেন শরূ অসিবু মেরুমকনি লৌদুনা মেরুদণ্ড হায়না খঙনৈ। য়াঙলেন শরূ লূজাউ অসি চক্র হায়বদি থম্বাল লৈনা মানবা শরূক কয়ামরুম থোক্লা খায়দোকই। অসিগুম্বা চক্র মখা ইথং-থংবা নীংজোলদগী (মুলাধার) হৌরগা মথকলোমদা খর-খরা চৎখৎলকপনা লৱাই লেম্ফু (সহস্রধার) ফাওবা মথং-মথং লৈ হায়না লৈখ্রি। তান্ত্রিকশিংনা মসিমসু থাজৈ - সংসার অসি অকক্লবা নিয়ম অমগী মতুংইন্না অমসুং শক্তি অমগী মখা পোন্না চৎলি। মতৌ অদুগুম্না, সংসারগী পাংখক ওইরবা মীওইবগী হকচাং অসিসু শক্তি অমনা চালাইরিবনি অমসুং মদুগুম্বা শক্তি ময়াম অদুগী তূংনফমদি লিলগী মতৌগুম্না কোনশীন্দুনা য়াঙলেন শরূগী মখাথংবা অরোইবা শরূক্তা লৈ। মসিগী শক্তি অসিবু কুণ্ডলিনি (অর্থদি কোনশিন্দুনা লৈবা হায়বনি) শক্তি কৌই। অমসুং মসিবু য়াকায়হনবনা তান্ত্রিকশিংগী লাইনীংগী অথোইবা শরূকনি। মীওইবগী হকচাংদা থূপ্তুনা লৈরিবা কুণ্ডলিনি শক্তি অসি তান্ত্রিকশিংনা লিন মানবা খুদম অমনা মহুৎ শিল্লি।

মসি নত্তবা চিত্র কলাগী মতেংনা অয়েকপা খূদম কয়াসু সাধকশিংগী পূক্লিং চিংশিন্নবা অমসুং ঈশ্বরবু ফংনবা হোৎনবদা মতেং ওইনবা শীজিন্নবা উবা ফংই। সংসার অসি নুপী-নুপা অনিনা তিন্নরগা ওইখিবনি। হীন্দুগী দর্শন শাস্ত্রদা প্রকৃতি অমসুং পুরূষ হায়না খঙনৈ। তান্ত্রিকশিংনা নুপীগী সিম্বোল অসি মথক মখা ওন্নবা ত্রিভূজ - ▽ - অসিনা মহুৎ শিন্না শীজিন্নৈ অমসুং চুম্না ইবা ত্রিভূজ - △ - অসিবুনা নুপা খঙনৈ। অনি অসিবু তিনশিন্নবা খুদম- ✡ - মচীন ৬ লোঙবা থৱানমিচাক অসিনা শেংলবা নুপা-নুপী অনিগী মিলন ওইবগী খুদমনি।



তান্ত্রিকশিংনা শীজীন্নবা কুণ্ডলিনিগী শক্তম

পাফল খুদিংমক্ মমৈসি ময়ানা চীক্কুনা লৈ। অসিগুম্বা মখলগী পাফলদি লাই অফবনি হায়না লৌনৈ। মমৈ মতোন ময়ানা চীক্তবা পাফলসু লৈরি। মখোয় অদুবু পাখঙবা তাউবা হায়না খঙনৈ। অদুগুম্বা পাফল অদু লাই ফত্তবনি; ওক্লরবদি লায়চুই হায়না কিনৈ। অখঙ-অহৈশিংগী মোত্তা, মকোক্না মমৈ চীক্কুনা শমজিন্নরিবা অসিগী নুংগী অর্থদি - হৌবা লোইবা নাইদবা, অতৎ-অখম লৈতবা তাইবং পুন্সিবু খঙহল্লি। অনিশুবদা, পাফলশিংগী শক্তম অসিনা ফোংদোক্লিবদি - থৱাই পানবা জীব পূম্নমক অসি তাইবং শেম্বা মপু মঙোন্দগী হৌরক্লগা, অরোইবদা মাগী মশাইগোন্দা অমুক হন্না তিনখিগদবা ঙাকনি।

## লাই হরাওবদা পাফল :

লাই হরাওবা হায়বসি মৈতৈশিংগী থোইদোক্লা শীংথানীংঙাই ওইবা কূম্মৈ অমনি অমসুং মৈতৈগী সংস্কৃতিগী যূম্ফমনি। লাই হরাওবা করিনো হায়বসি মমাঙগী চেনাশিংদা শুগায়না ইজখ্রে। শম্না হায়রবদা

তাইবং মপুনা লৈশেম্লকপগী ৱারীবু জগোই-ঈশৈগী মতেংনা ফোংদোকপা কুম্মৈ মখল অমনি। চহি খুদিংগী কালেন থাদা (ইঙা-ইঙেন ফাওবা মখা তানা হরাউবসু লৈরি) মণিপুরগী মফম পূম্নমক্তা পাক-শন্না লাই হরাউবগী




*লাই হরাউবদা চৎলিবা পাফলগী খোঙচৎ*

কুম্মৈ পাঙথোক্লে। লাই হরাউবা মনুংদা নুমিৎ খুদিংগী ওইনা তঙাই ফদনা পাঙথোক্তবা য়াদবা থৌরম অমদি 'লাইরেন মথেক চৎপা' হায়বা অসিনি। হরাউবগী লাইবৌচোংবা হেক লোইরকপদা, থৌগল তৌবা য়াওরিবা লায়নীংথৌ অমসুং লাইরেম্মগী খুৎপু অনিমক্লা, খুৎকা-খুৎকা শম্নদুনা পরেং অমত্তা ওইনা লেংগনি। অদুগী তুংদা, অমাইবনা লুচিংদুনা 'চোঙখোঙ' ৪ য়ুংলিবা অদুগী অকোয়বদা, লাইরেন্না চৎপগুম, থেক্লা খোইনা চৎকনি। চোঙখোঙ্ ৪ য়ুংলিবা অদুনা মায়গৈ ৪ বু শক্তম লাকপনি। মতৌ অসুম্না, লাই হরাউবদা চোঙখোঙ্ ৪ গী অকোয়বদা লিনগী মতৌগুম্না চৎপা অদুবু লাইরেন মথেক্ চৎপা হায়না কৌই। চৎলিবা খোঙচৎ অসি অতৈ নত্তে; পাফল শাবনি, য়ুমজাউ পাফলগী শক্তম লাংবনি। মরম অসিনা লাইরেন মথেক্ চৎপা মতমদা পরেং তৎহৈদে হায়না মৈতৈশিংনা য়াম্না কিনা-লুনা লৌনৈ। পরেং তৎলবদি খুল অদুদা অমসুং হরাওবা য়াওরিবা মীশিংদা অৱা-অনা তাবা অশি-অনা নংবা য়াই হায়না হকচীন্না কিনৈ অমসুং থাজনৈ।

লাইরেন মথেক, মখল ৯ শুই। মদুগী মনুংদা কংলৈ হরাউবদা

চৎলিবা লাইরেন মথেক অদুনা যুমজাউ পাফল কৌই: মোইরাং হরাউবদা চৎলিবা মথেক অদুনা 'তিল্লু লাইরেন পাফল' কৌই।

## মণিপুরী নট সঙ্কীর্ত্তনদা পাফল চঙশীল্লকপা :

ধুমেন হায়বসি মণিপুরগী নত সঙ্কীর্ত্তনগী তৎন-থানবা য়াদবা শরুক অমা ওইদুনা লাকখি। ধুমেন য়ৈবদা, পুংয়ৈবা ১৪ অমসুং ঈশৈ শকপা ১৬ না শরুক য়ারি। মমাঙৈঙে নিংথৌ পাল্লিৈঙে মতমদদি, কোনুংদা নিংথেম কীর্ত্তনগুম্বা মরুওইবা পর্ব্বদিন তাবা মতমদতা পাঙথোক্লরম্বনি। তৌইগুম্বসুং হৌজিক্তি খুল্লক-ইরক্কী মাগুপ্তসু পাঙথোক্লরে। ওল্লকলিবা য়াওল অসিমক্তি য়াম্না পূক্লিং থৌগৎনীংঙাই ওইবা খোঙথাং অমনি মবমদি মসিনা মৈতৈশিংগী মুৎখিগদৌববা পরম্পরা অমসুং সংস্কৃতিবু কনবদা অচৌবা মতেং অমা শোয়দনা ওইগনি।

ধুমেন হায়বসি শম্না হায়রববদা, পুং ময়াম য়ৈবনি। মসিদা পূংয়ৈবা ১৪ না শরুক য়ারি। মখোয় খূদিংনা তোঙান তোঙানবা সঞ্চার ১৪ য়ৈরবা তুংদা লোইশিল্লকপা থৌরম মতেক অমা হাপচীল্লি অদুবু লাইরেন মথেক চৎপা হায়না খঙনৈ (লিনগী মতৌগুম্না থেক্লা-খোয়না চৎলি হায়বগীদমক্লি) পূংয়ৈবা ১৪ অদু, পূংকোক চৎপা অদুনা লুচিংলগা, মাগুপ মখোঙ্ ১২ অদুগী অকোয়বদা লৈনা লৈনা লিনগী মতৌগুম্না পূং য়ৈদুনা চৎলি। মসিবু লাইরেন মথেক্ চৎপা হায়না খঙনৈ। পূংয়ৈবশিং অদুনা চৎলিবা খোঙচৎ অদু পাফল ময়েকনি। পণ্ডিত ঙরিয়ানবম কুলচন্দ্র সিংহনা ফোংদোকপীরম্বা মোতকী মতুংইন্না



ধুমেন্দা চৎলিবা পাফলগী খোঙচৎ

য়ুমজাও পাফলগা নক্লবা পাফলনি।

ধূমেন মখল ৪ শুই - মহা ধূমেন, গৌড় ধূমেন, দেবী ধূমেন অমসুং নিত্যাই ধূমেন। ধূমেনশিং অসি মহারাজ চন্দ্রকির্ত্তি স্নাহাক্তক অমসুং মতুং তারকপদা নরসিংহ মহারাজগী স্নাহাক্তকতা অহানবা ওইনা শেম্লকপা মতমদা লাইরেন মথেক চৎপগী শরুক অসি য়াওরমদে; অথেঙ্বা মতমদা মতমগী য়াওন মতুং ইন্না হাপচীল্লকখিবনি।

মসিনা তাকপদি লৈপাক অসিগী জগোই-ঈশৈ, নট সঙ্কীর্ত্তন অমসুং কলাগী পোৎশক কয়ানা ঈনাক খুল্লবা পূক্কৈ অসি চহি চা কয়া লীশাং শীৎনা লৈজরম্লবা অরিবা পরম্পরা অমসুং সংস্কৃতিনা কয়া য়াম্না হকচীন্না শাফু পীবগে হায়বদু উৎলি।

ব্বারেং অসি, পাফল করিনো হায়বা শক্তম খঙনবা শমলপ্না পাউদমনি; মপূং-ফাবা অমসুং পাকশন্না নৈনবা পাফলগী রিসার্চ ব্বার্ক নচ্চদে। পাফল ৩৬৫ মক শুনা মফম অসিদা নৈনবসু ওইথোক্তে। মরম অসিনা মরু ওইবা খরদং নীংতম্না লৌখৎচরগা, পাফল মশক তাক্লবা হোৎনজরি। অরোইবদা ব্বাফম অমত্তং শেংদোকপা তঙায়ফদে নীংজৈ মদুদি মৈতৈশিংদি লিন লাৎপা অমসুং লিন পুজা তৌবা জাতি নত্তে। ভারতকী মফম কয়াদা অমসুং এশিয়াগী খা-নোংপোকথংবা লমদমশিংদা লিল ঈরাৎপগী চৎনবী লৈ। ভারতকী রাজ্য খরদা নাগ পুজা তৌই; নাগ পঞ্চমীগী থৌরম পাঙথোকই। মণিপুরদদি অদুগুম্বা ধর্ম্মগী চৎনবী লৈতে। পাখংবগী শাদোং তাউরোইনাউবু মৈতৈশিংনা পাখংবমকনি থাজনৈ। ইবুধৌ পাখংবদি অয়ুক-নুংথিলদা লিল ওইবা অহিংদা তাইবং মীগী শক্তম লৌই হায়বা পুয়াগী ব্বাফম অদুদা চেৎনা থাজবা থম্ই। অদুবু মৈতৈ অমত্তনা থেংনবা লিন ওক্লবা লিন খুদিংমক্ ফাদুনা পুজা তৌবগী ব্বাফম লৈতে। পাখংবগী ব্বারীগা লাইরেনগী ব্বারীগা তোৎনদুনা

মতমশাংনা মৈতৈশিংগী থোপ্তা চঙখিবদগী, লিনশিং অসি পাখংবা ওইরমগদ্রা হায়না পূক্লিংদা হেক্তা চিংনবা পোকই। মসিগী ৱাখল্লোন অসি শুপ্নগী মৈতৈশিংদতা ফাওবনি; মৈতৈশিংতনা খঙ্বনি। লমদম অসিগী লৈহাউ অমসুং ঈশিং-নুংশিত্তা চাউরকপা মীওই অমা নত্তনা অতোপ্পা জাতি অমদা পাখংবা মশক খঙনবা তাকপসু লুনা থোক্কনি। পাফল খরা লৌখৎচরগা মখাদা শক তাক্লবা হোৎনজরি।

**অঞ্জি :**

অঞ্জি হায়বা অসিনা পাফল পূম্নমক্কগী অথোইবনি। মসিনা মীওইবা হায়বসি শেন্নকপা ফোংদোক্লি - অতিয়াগুরু শিদবা অমসুং লৈমরেল শিদবী অনিগী হৈরূ তিন্নদুনা (প্রকৃতি অমসুং পুরূষ) তাইবং মীওইবা অসি শেমখিবনি হায়বসু ফোংদোকলি।

অতোপ্পা মোত অমগী মতুংইন্না - অঞ্জিনা ময়েক পূম্নমক্কী অহৌবনি। ময়েক ৩৫ অসিদা অঞ্জি হাপচিল্লগা ৩৬ নি। ৱাহৈশিং অসিগী খ্বাইদগী অহানবনি হায়বগী মসিবু মপী কৌই। ময়েক ৩৫ অসি পরেং ৫ থোক্লা খায়দোকই; অমসুং অহানবা ময়েকপু মপী কৌই। ময়েক ৭ নি। ময়েক ৭ অসি চয়োল ৭ কী মহুৎ শিনবনি (পাখংবা নাউয়োম) ময়েক পূম্নমক্কী হৌবদি অঞ্জিনা ওইবনি; অঞ্জিনা হৈরু ওই।

পুদিন, লৈথক লৈখারোন, লৈখারোন অমসুং লৈরোন নোঙলোন্নচিংবা অরিবা পুয়াশিংদা অঞ্জিগী মরমদা শুগাইদুনা তাক্লি। লাইরিক অসিদা 'লৈরোন নোঙলোনদগী' মতেক অমত্তং লৌথোকচরগা অঞ্জিগী মশক তাক্লবা হোৎনজগে।

" আসি খৈপীকপুসুনা।। তাইপঙপালপা মাপুতা লৈপাকিপু তাইপঙ্ পালপা মাপু তা কৌনা লৈথেয়।। নিলফুকি মতোলতা তাইপঙ

পালপাকি মাপুকি।। ফমপীনে।। মারুতী সনাচীঙনে।। লিলফু মহাক্তি আতিংকোককি ফমপীনে।। মারুতি আমমপাকি ফমপীনে। মাচুতী সনাচীঙনে।। সনাচীঙ মহাকতী আতিং কোকনে।। সনাচীঙকি মতোলতা।।

(১)



তোঙান-তোঙানবা অঞ্জিগী শক্তম ।

আমমপা লৈথেয়।। আমমপাকি মমিংতি।। রুংসংলেঙ কৌয়।। আমমপাকি মাথকতা।। আতিংকোক্ লৈথেয়।। আতিংকোক মামিংতী হরিংস কৌয়। আতিংকোককি মাথকতা।। তাইপঙ পালপাকি মাপুনা লৈথেয়। তাইপঙ পালপা মাপুকী।। মমিংতী।। অসল তারং হ কৌয়।। মাহই আথোইপাতী সুন্যনে।। সুন্যা মহাকতী।। তাইপঙ পালপা মাপুকি।। ফমপীনে।। মসাতী সুন্যনে।। সুন্য মহাকতী।। অতিংকোককি ফমপীনে।। মানাতী অলচীনে।। অলচী মহাকতী আমমপাকি ফমপীনে।।

**অনৌবা লোন্দা শমলপ্পা অর্থদি :**

তাইবং পানবসি অহাঙবনি, অহাঙবগী মপুবু তাইবংপানবগী মপু কৌই। হৌরকফম লেম্ফু অদু তাইবংপানবা মপুগী ফম্বীনি। মউদি

সনচীংনে। লেম্ফু মহাক্তি আতিংকোক্কী ফম্বীনে। মরুদি অমম্বগী ফম্বীনে। সনচীং মহাক্তি অতিংকোকনে। সনচীংগী মতোন্দা অমম্বা লৈয়ে। অমম্বগী মমিংদি মৈ ঈশিং নুংশিৎনি। আতিংকোককী মমিংদি হরিংস (মৈ ঈশিং নুংশিৎ) কৌএ। অতিংকোককী মথক্তা তাইবংপানবগী মপু লৈএ। অসল (অহাংবা নুংশিৎ ঈশিং) তরং মদুগী অকোয়বদি সুন্যনি - সুন্য মহাক্তি তাইবংপানবা মপুগী ফম্বীনে। মনাদি অঞ্জিনে। অঞ্জি মহাক্তি অমম্বগী ফম্বীনে। মসিনা অরেপ্পনি।

মতৌঅসুন্না অঞ্জি হায়বা ময়েক অসিদা থুপ্তুনা লৈখ্রিবা তাইবংপান শেম্লকপগী ৱাখল্লোন অসিদগী হেন্না ৱাংবা অমমুক লৈরম্লরোই খঞ্জে। মৈতৈ খুদিংমক্না অঞ্জি হায়বসি করিনো খঙবা তঙাইফদে নীংজৈ।

**ফম্বাল পাফল :**

মৈতৈশিংনা হিন্দু ধর্ম্ম চৎত্রিঙৈদা, মশাগী হান্না লৈজরম্বা লাইনিং লমচৎকী তুংইন্না লুহোংবদা বড় কন্যা অনিনা ফমগদৌরিবা লুহোংফান মখাদা ময়াইদা মনা ৮ পানবা থম্বাল শাৎপা পাফল অসি য়েকই।




লুহোংবদা শিজিন্নবা ফম্বাল পাফল

*অয়েকপা : বিক্রম*

## (৩) নুংজেং নাহা পাখংবা



**সলাই নিংথৌজা**

সলাই নিংথৌজানি রূপ অসি য়েকলগা জলত্রা অোইনা সিয়ু অরূম হৌবা হৌনতে খঙঙো নুংজেং পুবনি।। সনা কোনজন তুথোকপা কৌয়ে।। রূপ অসি যেকলগা বিজা অসি হাপতুনা সিজৌ জনত্রা অোইনা ঈসিংদা লৈবতা নিংথমবা হৌনতে।

## (৪) তাওরোইনাই পাখংবা



**মালেম পুবা পাখংবা**

মহিরেন সনামহি পাখংবা হায়নসু কৌএ।। মহিরেন সনামহি পাখংবা সেনবা মতাও কৌএ।। থোকলকলবা কান্দা নুংঙাইবা কৌয়ে।। মমিং অখন্বা মিংখৈদি ঙৌবরেন সনাহিংবা কৌএ।।

## (৫) অব্রাং কৌব্রু অসুপপা কৌয়ে



অব্রাং কৌব্রু অসুপপা কৌব্রু লাইখা সেকমাই খমপাৎ সনা কোননুং অব্রাং, কংলা গুরু সনাহন পাখংবা কৌয়ে।। লৈখম সনাসু কৌয়ে।। য়াইবীরেল পাখং কৌয়ে।। লোকচাওরেমবা কৌয়ে সনাহনসু কৌয়ে।।

## (৬) খুমলনে



**পুপা লমতী : লোকতাক্ কফুৎনে।।**

লোকতাক করাং কফুৎ ইরেন পাখংবা কৌয়ে।। লাইচুগল্লি অরুবনি খুমন লাইনি খংও।। ইরগা ঈশিংদা থাদরগা মচুম পিথকও লাইচুবা ফৈয়ে।। শলাইদি খুমননি।।

# (৭) খাবাঙালবা সলাই তীলনাবানি



খাবা তুবী লাইবেন মব সনাবেমগা। তুবেন তূসাং থোংগ্রাংবি যীবেন ঈবেন কোর্মথি সনা নাওকোন ইবেন সীবা সনা পাখংবা কৌযে।।

## (৮)



"কংলৈ খমগোল পাখংবা কৌএ"।
যেকলগা যন্ত্র ওইনা শিনৈ।।

## (৯) লুৰাং সালাম ঙমবা



পুবালম : খোমিদোক ইরেল হৈঙাংকোন্থা কোংবা তুরেল তুসাং, সালাম ঙমবা পাখংবা

## (১০) খুমন-নিংথৌজা



তোলোং সিরিগুরু ক্কাকতা মরু তুবী পাখংবা কৌয়ে

পুবালম :- তুরেল তুসাং আচৌবা থৌবান তুরেল ইরিল তুরেল খুগা তুরেল লোকতাক ইরেল কোচিন মোংবা তুথুপ লম আসিনা চিংবতা খুমলগা তিলনাতুনা কোইনা পুতুনা মিৎয়েং সিনথা নোংতম্‌লি খংজৌ। ওভু ক্লিঁ শ্রিঁ শ্রি হরি মলজুরি অনঙগ তরঙগ হরি বিলতু মমনম ক্লিঁ রথি নাম স্বহা।।



## (১১) মোইরাং সলাইনি

মিংনা লিকলা সা সংযুকতা কৌযে।।

সনা সংখুবা কৌযে।।

পুবালম খুগা লোকলেল যীবেন খাইলিক লাই সনা সংযুক্তা কৌযে।। হিখাও পাৎ উৎত্রাপু হুলান চৎলমদাইদা কোকতা পুল্লু।। তোববুং হিযাংথাংদা লৈ।। মসক অসি যেকলগা জনত্রা আইনা সিযু ঙকতা লানদা চিখাকতা পুললু অদুগা চঙঙু সিবা লৈবোই।। যেকনবা মাংগনি।। সোইদনা ঙমজগনি। খঙঙো।। অবোইবা মিংখৈদি দ্রিঁ তেনা স্বাহা।।

## (১২) নিংথৌজানি কুরু মিরেল নুমিৎনি



কংলা পাফল যুমবীথুংবা

কংলা ফমবালাং পাফল যুমবী যুংফম উখুল তৌফম ৮ আসিকি কাইবা যাদে।। খংউ।।

## (১৩) সলাই লুৱ্রাংনি



নোংলৈ পাখংবা খুগা লোকলেল্ য়ীরেল খাইনা সাংথাবা কৌএ।।

পুবা লম : খুগা লোকলেন্ য়ীরেন্ তোরাপুং হিখাও পাৎ য়ৌনা লৈ।। মসক অসি থাঅোইনা ঙকতা সিজৌ লানদা কোকতা পুললু মিনা আকিবা অোই আমসুং নিংবা থুংগনি খংঙো।।

## (১৪) মোইরাং সলাই



সনা খেরাংথাং সনাহল লাইরেল পাখংবা কৌয়ে

পুবা লম : লৈসাংখোং ময়াংয়ুমফাল হৈয়েল হংগুল য়ীখুরোক পাৎ আসিনা চিংবা

মথক্তা পীজখ্রিবা পাখঙবগী পাফল খব অসি পাবিবগা খঙবা ঙম্বিগনি মদুদি পাফলশিং অসিদা লাইগী শক্তি চেল্লি হায়না থাজনৈ। 'কপ অসি যেকলগা জলত্রা অোইনা সিয় অকম তৌবা হৌনতে খঙঙো' ।। "কপ অসি যেকলগা বিজা অসি হাপত্নুা সিজৌ জনত্রা অোইনা।। ঈশিংদা লৈবতা নিংথমবা হৌনতে" । 'ইবগা ঈশিংদা থাদবগা মচুম পিথকও লাইচুবা ফৈযে' ।। 'মসক অসি যেকলগা জনত্রা অোইনা সিযু ঙকতা লানদা চিখাকতা পুলল্ অদুগা চঙঙু সিবা লৈবোই ।। যেকনবা মাংগনি ।। সোইদনা ঙমজগনি খঙঙো' ।। 'মসক অসি থাঅোইনা ঙকতা সিজৌ লানদা কোকতা পুললু মিনা অকিবা অোই অমসুং নিংবা থুংগনি খংঙো' ।। অসিনাচিংবা ........

মবমশিংসি লৈবদগা মৈতৈশিংনা খোংজোম লান চঙবা মতমদা পাফলগী বপ অসি যেক্লগা শিখাদা পুল্লি হায়না চীন্থাং বাবীদগী তাবা ফংই । তশেংনমক্, পাফলশিং অসি যেক্লবদগী ঙাকথোক্লবা শক্তি চেনত্রা ? মাস নৈনবা যাবা বাফম অমা থোক্লে, মৈতৈ ঐখোযগী চেৎনা থাজবনি।





**শ্রীচোংথাম সমরেন্দ্র সিংহ**, কৈশামথোং, ইম্ফাল, ইংশোক ১৯৩৪ গী ওক্টোবর তাং ১০ দা তাইবংদা খোঙদাবকখি। মতম অমদা মণিপুরগী শান্ন-খোংনবা অমসুং মতৈ- মশিং তম্বগী লমদা লৈবাক্লা শকখঙনখিবা ওঝা বেনুধর সিংহ অমসুং রাজকুমারী স্নাতোম্বী দেবী অনিগী মচা তরাহুমদোইগী মনুংদা খ্বাইদগী অহলনি। শ্রীসমরেন্দ্র সিংহ, নহা ওইরিবৈদগী লাইরিক লাইশুদা মমান্নবশিংদগী মাঙজীন থাদুনা লাকখি। ১৯৫২ দা চুড়াচান্দ হায়স্কুলদগী মেট্রিক পাস তৌখি। ইম্ফালগী ধনমঞ্জুরী কলেজদগী ১৯৫৬দা গ্রেজুয়েৎ অমসুং এলাহাবাদ ইউনিভর্সিটিদগী পোলিটিকেল সাইন্সদা ১৯৫৯দা পোষ্ট গ্রেজুয়েট পাস তৌখি। অথেঙবা মতমদা সরকারগী কর্ম্মচারী ওইনা লো তমদুনা, লাইরেনময়ুম সব্যসাচী লো কলেজ, ইম্ফালদগী এল: এল: বি পাস তৌখি। থরক্তগী পোথাববা মতুং ইং শোক ১৯৯৫ দা বার কাউন্সিল্ ওফ আসাম, নাগালেন্দ, মেঘালয, মণিপুর, ত্রিপুরা, অরুনাচল প্রদেশ অমসুং মিজোরামনা হায়কোর্টগী এদভোকেট্ অমা ওইনা প্রাকটিস তৌবগী অযাবস্ পীরকখি।

ইং শোক ১৯৫৯ দা ধনমঞ্জুরী কলেজগী লেকচরর অমা ওইনা থবক তৌরম্লগা, ইউনিয়ন পব্লিক সার্বিস কমিশন্না ১৯৬০ দা এক্সত্রা এসিসতেন্ট কমিশনর ওইনা খল্লক্লুনা মণিপুর সরকারগী কর্ম্মচারী ওইনা, তোঙান-তোঙানবা ফম পায়দুনা থবক তৌরম্মী অমসুং শোক ১৯৯৫ দা থরক্তগী পোথাখি। পোথাববা তুংদা, রজির গান্ধী সেন্তর ফোর কলচর, মণিপুরগী সেক্রেটারি ওইনা ঙসি ফাওবা থৌ পুরি। শ্রীসমরেন্দ্র সিংহনা মণিপুরগী ডিরেক্তর আর্টস এন্দ কলচর ওইনা থৌ পুরম্মা অদুনা মহাক্কী পুন্সিগী অথেঙবা মতমদা অকনবা শাফু অমা পীখি; মৈতৈগী ইতিহাস, ত্রেদিসন, কলচর অমসুং এস্থেটিক্সকী মরমদা কুপ্পা খিজিনবা তৌখি অমসুং অকনবা কলচরেল এক্টিভিটি অমা ওইনা ঙসি ফাওবা লেপ্পুনা চৎখি।

***অইবগী ফোঙথ্রবা লাইরিকশিং :-***

(১) সেক্সপিয়রগী 'ওঠেল্লো' (অনুবাদ) ১৯৬৫ ইং।

(২) 'নুমিৎনা থোরকফম জাপান উকবদা' (লমকোয় রাবী), ১৯৯৫ ইং।

(৩) 'মেজর চোংথা মিযা' (ঐতিহাসিক জীবন চরিত) ১৯৬৫ ইং।

***মথং ফোংলকদৌরিবা***

(১) হেবমন হেস: গী 'সিদ্ধার্থ'

DTP CD Byte Computers, Yaiskul Police Lane, Imphal